# খাগেম্বা লাঙজৈ

ঈনাম ভোগেশ্বর সিংহ

# খাগেম্বা লাঙজে

মৈতৈ ময়েক অরিবদগী শিন্দোকপা

শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ

চিংঙামথ লিরঃ মাইবম লৈকাই।




তাম্রা পাব্লিকেসন্স, ইম্ফাল

থাগেম্মা লাঙৌজ

মৈতৈ ময়েক অরিবদগী

শিন্দোকচবা : শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ

অহানবা থুংনম : ১৯৬৭ ইং

অনিশুবা থুংনম : ২০০১ ইং

কোপি : ৫০০

নৌনা ফোংদোকচবা : মাইবম নিংঙোল পুখ্রম্বম ওংবী দেবলা (মতৌলৈবী) না ভাম্মা পব্লিকেসন্সকী দমক ফোঙজবা।

মমল : লুপা ৪০/-

নম্ফম : পি, এস, প্রিন্টিং এন্দ ষ্টেসনরী
সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক মচিন, ইম্ফাল।

# রামাং য়ানবা

'খাগেম্বা লাঙজ' অরিবা মৈতৈ পুরাণনি। মৈদিংঙু খাগেম্বনা সনামহি চেৎন। নিংজবদগী সনামহিনা খাগেম্বগী মচা ওইনা শাইওল্লকপা, চহি নিপান শুরকপদা চহি মশীং শুরে হায়দুনা লাই ওইখিবা, মহাক্না থোইনু অহোঙবি কৌবীদা পাওমেল্লকপা. থোইনু অহোঙবিনা কোন্নুংদা চৎতুনা খাগেম্বা নিংথৌদা পাওদম্নবা, নিংথৌনা খাজদবা, মথংদা রাঙ্গোইদা লৈবা লৈশাংথেম খোম্মাদা 'সনা রাপিহন চীঙ. লাইওইবনা' রাঙ্গোইদা ফুর। লাইশং শাবিদুনা মহাক্না শক্তমবু 'তরেং শেনহিং হৈরগা' ইরাংপিয়ু হায়না খাগেম্বা নিংথৌদা হায়রু হায়না তাকলম্বা, নিংথৌনা খাজদ্রবদ। থোইয়ুম লাইপাউ ওইনা তরঙদগী লাউরকপা, মপারী সনা রাপিহনগী মশক নিংথিববু লিক্লাই মিংশেন্নংদা তরং তরংনা চোংথোরকপা উবা, মদুদগী রাঙ্গোইদা মপারিগীদমক ফুরা শাবা, ফুরা মন্নুং অদুদা শেল অহিংবনা সনামহি কোলু হৈদুনা ঈরাংপগী রারীনা হৌবা মৈতৈ পুরাণনি। নিংথৌরোন মথং মথং খুঞ্জাউবা, পাইখোম্বা, চরাইরোংবা হাকথক কাওবা লাই অসি অসুম ইরাংতুনা লাকপনা পামহৈবা নিংথৌ সনা হাকথক্তদি শিলোটতগী শান্তদাস অমসুং মাগী চেলা ভগবানদাস অমসুং নারাণদাস অদুম মৈত্রবাক্তা থুংলদুনা মৈর্ব্বাক লম্বোইবশিং অসিন। রামান্দি ধর্ম্ম শন্দোক্লরে। মৈদিংঙু পামহৈবনা 'রাম রাম' শোনববু খংপাম পায়্লমই। ধুপ-থাওমৈ থাদুনা রামায়ণগী মঙ্গলাচরণ হৌরকপদ। নোং থংমং মংলক্তুনা বজ্র তারক্তুনা মদুদগী মৈ হৌরক্তুনা রামায়ণ মৈ চাকখি। মদুদা মৈর্ব্বাক লাম্বোইবশিং অদু হায়নিংঙাই লৈতনা ইকাইবা নংখি। শাস্তদাস মহন্ত রামায়ণ অমমুক লৌবা শিলোট তান্ন চৎখি। মহাক্না চেলা ভগবানদাস অমসুং নরাণদাস অনিদুদি শ্রীরামকথা রারী নুংঙাইবা তৌদুনা পামহৈবা নিংথৌগা লৈহৌই। মৈত্রবাক্তা মতিক মগুণ লৈবা লাই করহবু লৈবগে হায়না থিগৎলকপদা মাইচৌ লৌরেম্বা খোংনাংথাবা কৌথংলে, হকচাং ঙমদে হায়দুনা কোন্নুং কারকখিদ্রে। মথংদা মোইরাং ললহাম্বা কৌথংলে। লাই অরুবা

হায়নরকপদা মোইরাং ললহাম্বনা লাইনিংথৌ সনামহিদি অরুবা লাইনি হায়রমই। পামহৈবা নিংথৌনা মৈত্রবাকী য়ুমথোং খুদিংদা রামান্দি ধর্ম্ম চৎহনগে সনামহিগী মিংথৈ থাদোকহল্লগে হায়রকপদা মোইরাং ললহাম্বনা সনামহিগী মিংথৈ অথোইবা অসিদি থাফদে হায়রমই। মতাং অসিদা পামহৈবনা মোইরাং ললহাম্ববু থাগ্গা ভাম্হোকখি। প্রজাশিংনা কিনবগীদমক্তা নিংথৌনা মোইরাং ললহাম্ববু হাৎননবা চৈরাক পিখি। ফৈদাপুংদা পুতুনা নিংথৌ মনাইশিংনা ললহাম্ববু মঙক্তা থৌরী থুতুনা হাৎকদবগী থৌরাং তৌরম্লবদা লাইনিংথৌ সনামহিনা মঙক থৌরী হুকপবু মৈ হৌহল্লক্তুনা ললহাম্বগী মথরাই কনখি। শেন অহিংবনা শাই হায়রিবা সনামহিগী মূর্ত্তি অতু থুগায়দ্রবদি রামান্দি ধর্ম্ম শন্দোকপা ইয়া য়াররোই খন্দুনা নিংথৌ য়াথং মতুং ইন্না শান্তদাস মহন্তগী চেলা ভগবানদাস অমসুং নারাণদাস অনিনা মুংথং পায়তুনা সনামহি কোলু থুগায়খি অমসুং লিন্দুখোং পাৎতা থাদখি। 'খাগেম্বা লাঙজৈ' হায়রিবা পুরাণ অসিদা ইরিবা য়ারৌসি মসিনি। অসিগুম্বা মণিপুরগী ঐতিহাসিক সাহিত্যগী মমল নাইদ্রবা লাইরিক অসিবু শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহনা সম্পাদন তৌতুনা মণিপুরী সমাজদা লাম্হোকপিরকপা অসিগী দমক্তা থাগৎতনা লৈথোকপা ওমজদে। স্বর্গীয় ওজা ৺দীনচন্দ্র পণ্ডিতনা হৌজিক চৎনরিবা মৈতৈরোল্দ লাইরিক অসিগী অর্থ শম্লগা পুথোকপিরম্বা শরুক অমা লাইরিক অসিগী মনিংদা হাপ্লিবা অসিনা লাইরিক অসিগী মগুণ অমুক্তা তেনগৎহল্লে।

রাজকুমার শ্রীম্নাহন্দ্র সিংহ বি-কোম
এ/ও সিভিল হোসপিতাল
ইম্ফাল।

থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল
তাং ১।৭।১৯৬৭ ইং

# রাহৌদোক

## ( অহানবা খুৎনমদগী লৌথোকচবা )

মৈতৈ ইজাতিগী শেংলবাময়েক লৈজে হায়বা মৈতৈ ঐখোয়না খংনরি। অসিগুম্বা ইজাতিগী ময়েক অসি চহি ২২০ রোমগী মমাংদা মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা লৈবাক্কী মপি মপা শরুা নাউকোম্নবিরম্বা মৈদিংঙু পামহৈবা সনা হাকভক্তা শিলেটতগী লাকপা রামানন্দ শান্তদাসনা রামান্দি ধর্ম্ম প্রচার তৌরকপদা ইজাতি অসিগী ময়েক্তা কোন্নবা লাইরিক পুয়া কয়া মৈ থাখি। তৌইগুম্বসুং মতম অদুগী মমাংদা মৈতৈ লৈবাক্তা চহি ১৪০০ দগী তাদনা লৈরক্লবা য়ুমথোং খুদিং শীনবা থুংনা লৈনখিবা মরম্না মৈতৈ লৈবাক্কী পুয়া মশীং শুনা খোমদুনা মৈ থাবা ঙমখিদে। অসিদসু নত্তনা চেদা ইবা থরদং মৈ থাজখরবসু মৈতৈ পুম্বগী থম্মোইগী ময়েকশিংদি মৈ চাকখিদে। মরম অসিনা নিংথৌরেল অসিগী মমাংগী নিংথৌরেল ৫ হাইগংপ, মৈদিংঙু তুবি খাগেম্বা সনা হাক্তা থোকখিবা তাইবং মীগ। খোইয়ুম লাইগা লৈনবা মরীগী রারীবু অহল লম্মনশিংনা ইজাতিগী ময়েক্তা ইদুনা থম্বিরমই। রারী অসিগী মমিং খাগেম্বা লাঙজে থোম্মম্মি। মৈদিংঙু খাগেম্বনা হে তেংবানবগী মপু! নংবু তাইবং ওইবা খুদিংনা নশক নওং নাইদে, নতৌ নচং খঙদে, অরেপ্পা মওং লৈতে, হায়বসিবু চুম্বরা ননাইবু খংহন-উহনবিয়ু হায়না লোইদাম থাবুম কয়াবু নীঙজরবদা তেংবানবগী মপুনা খৌজানবিদুনা নিংথৌ মচা ওইন, পোকপিরে। মাসিবু ঐখোয়না হৌজিক ফাউবা সনামহি হায়না খঙনরি। তৌইগুম্বসুং সনামহি হায়বসি নিংথৌ মচাবু সনামহি কৌগনি হায়না লোয়ন শিলোনদা তাক্লি। অদুম ওইনমক তেংবানবগী মপুবুসু সনামহি কৌই। মিং অনি মান্নরুবতনি। অদুগা মৈদিংঙু অসিগী মতমদা তেংবানবগী মপুনা শাইওন তৌদুনা মথং মথং খুঞ্জাউ-লৈচাউনা লৈবাকপু নুংঙাই য়াইফনবা

পাউতাক পিবিজুনা নিংথৌ মরোল ৩ লক ফাউবা ( মরক্কী য়াউদনা ) লাংওন তৌনা খোইয়ুম মতিক উৎপিখি । মরম অসিদগী পুয়া লাইরিক অসিগী মখিং খাগেম্বা লাঙজৈ থোনলি । মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা চীংঙু শিদবনা লাংওন তৌবা হিরম্ব্ ছৈশকুবা পুয়ানি হায়বগী খাগেম্বা লাঙজৈ থোনবিরমই । অম্মুম্না লৈখিদ্রবা নামৈরাকপম ৺দীনচন্দ্র পণ্ডিত অচৌবনা তাকপিরম্মী । থায়নগী অরিবা লোন্দাদা লৈরম্বা লোনশিং অসিগী শম্লপ্পা রারীম্ব্ পণ্ডিত অসিনা পিবিবদগী মপুং ওইনা লাইরিক অসিগী মমৈদা ফোংদোকচরি । অসিগুম্বা থাইনগী অহল লম্মন অমদি নিংথৌমক্না চপয়ুংনা নিঙবা রাখল লৈরবদি উঙমদ্রবা, ফংঙমদ্রবা ঈশ্বর ফাউবা উবা ঙমই । লাইগা মীগা তাইননা ব্র. ঙাংনবা য়াই হায়বসি লাইরিক অসি পারগা খন্দবা ঙম্মক্তে । অসিগুম্বা সাহিত্যগী লোন্দাদা ইজুনা থম্বিরম্বা অহল লম্মনশিং, মসিবু পিবিরকপা য়ুম্নাম বুধিচন্দ্র সাং পিশুমদা লৈবগী অমদি লৈখিদ্রবা পণ্ডিতকী মফমদা ঐনা তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

মথংদা লাইরিক অসি ছাপা তৌবগী অরুবা মতাং লাক্লবদা শ্রীযুক্ত চিংঙাখম পিশক সিংহ এম, এ, প্রিনসিপল, মণিপুর কলেজনা য়াবমথৈ তেংবাংবিবদগী লুম্লবা ভার অসি কোকচখি । মাসিগীদমক অমদি লাইরিক অসিগী রামাং য়ানবিবা শ্রীরাজকুমার স্নাইহল সিংহ বি-কোম এ, ও, সিভিল হোসপিতাল মণিপুর, নচিংবা পুম্নমক অসিগী তৌবিমল ঐনা কাউঙমদবা ভার লৌজরি । অদুগা মৈতৈ ইজাতিনম্ব্ ইপোৎনি খম্ন হরাউ তয়াম্বীগনি নিংজৈ ।

শ্রীভাগেশ্বর সিংহ

## য়াউফম তাকপা

# মৈতিংঙু তুবি খাগেম্বা

চয়াহে খোইমোম লাইয়িংথৌ অরাং ফাংলৌ নৈমাংখোম্বা য়াইবী মতুম্মগী অতিংঙা উংলৈ অথুপ্পদা তাইবং অপকমা পুন্নমাদগী কাচেং থাংকোকতুগুম্ববু চাচন হৌরকপা লাইয়িংথৌও ! কোরৌলক্কী তমথরকপা রাংবনলক্কী খাইথরকপা নুংনাংথক্তা লাইজা ঈরোয়ননা লাইজা তরং ঈপাকথক্তা শেকমোম কাউবি লিকপু পরিং লেপ্তুম হুনবা অমম মথৈ নৈতবা অতিয়া পুন্নুং পান্দম নাইদবদগী লমহৌরকপা কোরৌ ফান্দা ফমদেংবা চীংঙু য়াইবি হুমজাউবা থরাউ তিলনি য়াইমরু শিদব ও ! খোইমোম সনা নখোং খাদা মানবি খুৎতপ্পনা মূকমু নৈতোন-কোন কাউবি চীগা লূক খুৎফাং চাংজৌ ১০ মাবু চেপ্পা লোন্না পুরুমজরকে। খোইমোম লাইয়িংথৌ তাইবং নমু শংশঙ লোন্দীন্নবা চীংঙু য়ারা খোঞ্জেললেন্না কোরৌ অরাংববু তাইখৎপা রাংবন তাইচিনবা নোংপোক সনা চীংদোন পনয়াই মরূদা ফমফম্বা পামেল উ পুনসিদা কায়দোঙবা নতিক ঙমথৈ নৈতবা খোইরা লীহৌ ময়েং থঙদবা নংবু কোরৌ চুমিথাংগুম্ববু নাপ ম্লেং রাংবন নুমিদাংগুম্ববু নাতম খন্না তেংথাররকে। খোইমোম শিদবা নংনা লাইরেন মৈতিংঙু শেনবি খাগেম্বদা শাংহৌনোং থংদা নোংপালনোন কোরৌ নোংথিল চায়রবি চকপা মংশাঙমবী লেনখেনলোংবা ফাবি থোংনাং নমপুবা শারৈগুমবিদা শাংহৌনোংগীবু শৈথিরককে ॥

লহানবোং লাইরেন নপা মৈতিংঙ্ শেনবি খাগেম্বনা পোইরৈ সনাপুংদা চোয়নৌ সনা ফম্বাল তোংলবদা খোইমোম লাইতিনফম চীংঙ্ য়াইবি মপা নঙনা খোইমোম নশানওনবু শানকোংগে হায়না লাইরেন নপা মৈতিংঙ্গী লৌশিং পুকনিং ঙক্না চীংঙ্ নঙবু থোকাউহল্লবদা হাউরৈ নোংচূপ খানা পাংবরমগী ময়ুম *মংকন তানা তাবানা নিংথৌরেন শেনবি খাগেম্ববু খোয়বা লীরৌগে তীঙয়িগুম লাংওনগে মারাংকী নাউশাগে হায়বগী মাকা চিরা খুৎথোল পূনা কপুই অশম লৌওনববু থৌশীরকলে। পোইরৈ তমদা তানা লাইরেন সনা মখোংখাদা মাকা চিরা খুৎথোল কৎনা কপুই অশম লৌওনবনা কাউবী চীগালূক মানবা খূতপ্পনা পুরুমজখিয়ে। লাইরেন মৈতিংঙ্ ইবু ঙ্ তাউও! ময়ুম মংকন মনিংথৌনা লমলেন †কুরাই ইতৈ মপান্দা নয়িম পোইরৈ মনিল নাইবগা শমু খুৎশম্লনা পোইরৈ ঙাইওইনসে হায়না নদাইরেম ঐবু থৌশিরকয়ে হায়না পুরুমলকয়ে হায়না পুরুম্লবদা লাইরেন মৈতিংঙ্ নিংথৌরেল শেং বি খাগেম্বা কোরৌ নোংশা মৈগুম্বনা লাইরেন পায়মা উনকোয়নুংদা ব্রাংনথিয়ে। ইদাইরেম পোইরৈ খুনফংথৌ ওয়ম নাইফংথৌ তুবি হয়রাং ইচুশা লাইরেন তাউজিং ইহৈকোন ইমাতোন্না পোকপা লাইরেনতোন্না য়েনবা থাইচেং লেংনাতিন লেমচেং লেম্না ফাংবা লাংখম মারেং শিনবা-ও! ময়িম মংকন মনিংথৌনা কপুই অশম লৌওনববু থৌশীরকয়ে। লাইরেন ঐবু *থোংনাং কুরাই ইতৈ মপান্দা শমু খুৎশিন্নসে হায়রকয়ে। হয়েং পোইরৈ ভেৎনৌ চিতাই-নাই পাংশোয় নীক্লগনে হাইথরবদা হোইদা লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ তাউও! হয়েং পোইরৈ চেপ্প হৈ ব্রাংঙম পাংশোয় নীক্লগনে। লাইরেন সনা নখোং লেঙফরোইয়ে হায়না ব্রাকৎচববু তুবি পায়ম উনকোয়নুংদা অনৌবা অমরক নীঙখনখিয়ে। ইদাইরেমশিংও! নংখোইনা হয়েং পোইরৈ চেপ্পরোই ব্রাংবন পুম্না হায়ব্লগনে হায়বসিবু তৌয়িগুম নিংথৌ ইমান্নবা সনা চোঙলেন খানবনে,

*মংকন=মোগোল। †কুরাই ইতৈ=গ্বাইগী ঈশিং থন্নথবা।
*থোংনাং=কাছাড়রোমদা তাবা মী (ময়াং)।

তাংজ। টকায়য়ে। হুইয়াই শেনখায়য়ে। মংকন মনিল নাইবনা খোয়বা লীরৌ ঙম্লবস্নুং তুবি চৌংঙ্‌ ইরাইবক য়ামচেং ইতুরৈগীনে। লাইরেন সনা ইখোং লেঙদফরোইয়ে। ইদাইরেমশিংও! কোরৌ নুমিৎ অফবা থাপান অশেংবদা হাউরৈ নোংচুপ লায়না পাংবরম পোইরৈ খুনজা-হৌ তয়ম নাইচা হুগ্না লমলেন কুরাই ইতৈ মপানবু ইন্দানসে হায়না লাইরেন সনা খোঙহৌখিয়ে। মৈতিংঙ্‌ শেনবি খাগেম্বদি থোংনাং কুরাই ইতৈ মপান্দা রাকৈয় হিথাং-লী অরোনবদি লাইজা য়িদাতুম তেৎনৌ কৌরোং শেম্না ঙাইখময়ে। রাকৈয় হিথাং লী অরোনবদি শীঙকা নারেংথাং লাইজ য়িদা তাউনা ঙাইখমখিয়ে লাইরেন মৈতিংঙ. শেনবী খাগেম্বদি লাইরেন শাংতিং মনিংখম ওকয়া তেমচিন-শা তুবি পুন্নুং মফুরিৎপু চৈরৈ মঙান্নাই মানলৌ ময়িনফিবু লানপোং মঙান্নাই শয়াং মতানশি সনা তমফা খুৎক্কাং লয়না-শি চৌংলাই শাবনা চুঙলেন নাপ্প-ঙান তুবি থাঙলেন মখুৎস্নুং থীং থীং মিংথাবা কাচেং নোংথাং য়েক্লবা সনা কৈখেল ও থোইবা থাঙবু থাঙলেন নামৈ য়েপ্পা তুবি টিমেন মখুৎস্নুং সনা খেরে থোংফবা খোক্লাং তাংমিৎ খুদিংদা সনা হাচন য়ৈফবা য়ুংশিৎ কোয়রেং টাবু টিমেন খুত্তা-শ্‌ সনা চুংকোই য়াইওইবা শরা তুরৈ য়েংওইননা লোইদাম নিনমাং থাগুম মকায়ফববু নমদা হুন্না লমলেন কুরাই ইতৈ মপান্দা লৈরায় চাংজোথক্তা লাইজা ইরাই ঙান্না ঙাইখমলে। ময়িম মংকন মনিল নাইবস্নুং লাইরেন মৈতিংঙ্‌বু হাউমন্দুগুম মরাঙ-হৌ ঙাইরোং মপাল থেক্কে হায়না ময়িম মংকন মনিল নাইবদি রাকৈয় হিথয়জিল্লক্লবদা মৈতিংঙ্‌ মদাইরেম সনা হাকথংগী লোংজম জোংয়াই নাহা অতোন মোংবিজাম্বা হাউমু য়ান্নাবনা মংকন রাকৈয় মখুনেৎতা হান্না চোংথৎলে। লাইরেন মৈতিংঙ্‌স্নুং তুবি সমু মখুৎতোন থমবৌ লৈরায়োনগুম্ববু লয়রায় চাংজোথকী তুবি শমু মখোং পাংমানা রাকৈয় হিদা নেৎলিঙৈ লাইজা ম্বিরাংমা কুরাই ইতৈ মপান্দা লাইজা হিথেম-লেন্দা মংকন অথা কায়না কামার নোংমৈ খোঞ্জেল চাউরক্লবদা রাকৈয় হিথাংলী অরোনববু শানফোংলবগী লাইরেন মৈতিংঙ্‌না মংকন মীনম্বগী

থরক মীরৌ খঙনা তুবি কলহৌ-নীক লাইরেন থাংশা পানবনা লাইরেন নোংশা শারাকতম্না রাকয়ৈ হিকুম্নুংগী মংকন খুৎনা ফংনা মংকন অরাক তম শমলাং তরয়ননা থরক লুচিংবা পাঙল মীরোংখন অননখা মংকনখা হুয়েন লানপুম ও মাপু পাঙন চঙনা ফারৌরে। লাইরেন মৈতিংঙুস্সু লয়রায় চাংজোথক্তা চোংথলে তুবি থিংকু মথিনাই লাইরেন কলহৌ নীরুবৈঙনে। তুবি চৌংহৈকাপ রাংবন লোনলৈ থাগুম্বা নোংথৌরেননে। তুবি থিংলৌয়'ইদা-তা মরোঙ চৈচেনফমা লাইশ্রা কাকফৈ ঈবু তাহৈদবা মচানে। লাইরেন লাবনা খায়ফদবা নোংথৌরেননে। লাইরেন ইপা মৈতিংঙু থাংরাই নিংথৌ শেনবি মুংয়াম্বনা কোরৌ ন্নমিৎ অরুবদা হাথফবা ইপল মৈতৈ লৈম্বা থংবা নোংপাললোন কায়নৌ চাংপোমবিনা থাপান অফবদা কোরৌ অশেংবদা নাউনৌফবা নোংথৌরেননে হায়না য়ুংশিৎ কোইরেং টাবু টাঙিল মৈরিকথোক কানম্বা চুংকোই য়াইওইববু শমু থুত্ত শ, কাচেং নোংথাংলৈমা চুংশেমনা তুবি শমু মথোংদোনবু মালেম লয়দা তা চৌংনুং নোংথৌ কূপকুম থৌশাখিয়ে হায়দবরা। মদাইরেম স্চিন লাইরিক য়েংবা *চকসিং লৌশিংবনা থোংনাং লোনলক্লা পাঙন লোনদিন্নবা লয়রায় চাংজো থক্তা য়ারা খোনজেল চাউবা পাউমেনখিয়ে। মংকন মীনমবা থরক অতাইবা নংখোইনা রাকয়ৈ হিকুম্নুংদা হাপ্পা পুজবা মৈতিংঙু মদাইরেম হাউম্নু য়ারাবা অতোন মোংবিজাম্বা অহুবু তুবি চৌংখোং নাক্তেংগী সন শেনপাক ফম্বনে। য়াঙনা হলরাইহমকও হায়না পাউমেনববু নাতারবগী ময়িম মংকন মনিল নাইবদি লাইজা ইরাংমদা ইচাউপিজা থাংমান্নবা তকলৌ শিদংশোন উনথমপিজা য়িরাম্নবা মুংওন শিমা ওন তাংজা ইকাই নংনা হলরাইখিরে। লাইরেন মৈতিংঙুস্সু তাংজা ইকাই নংনা নোংশা খুমন হম্না মরান ওন্দেরকলে। তুবি মহি হিনা মেঙ লাইরেন ময়াই য়াইনা হৈনা পোইরৈ সনা-পুঙ তুবি য়োইকোনম্নুং কংলা নোংলৈয়াং শেরী য়াঙতেক্লা থুজাই নারৈশঙ য়িমলেন চামন লাকফবা থাঙথুম

*চকসিং = জগসিং।

থয়াক শা মোনলাং লয়না য়াম্না হেনমোই শঙ চোয়নৌ সনা ফম্বাল্লাং ইরেন লাংয়েনখক্তা ৱায়থুঙলে। তুবি শংগাই মাংগোললোয়দা য়াচংখিরে। য়োইবু মশানৌ মুংখোম কৈথেল থানবিদা ময়িম পাঙন তানা তাবনা লাইরেন মৈতিংঙ্ খোম্নবুং মরৌ চাউনা হাউমন মরয় লৌগে হায়না থৌরাংঙম্ববু পাউদম্নবদা য়োইবু মশানৌনা লাইরেন ইশাবী তুবি কোরৌ ইনেংখৌ ৱাংবন ইকাশা লোকলৌ পলংলা ইনমখাং খোঙলেন তারা মীপাইপাই লাংচেং চারা ঈরু-থেৎতমও। লাইরেন সনা নাথাং অসিবু য়োইবু মশানৌ ঐনা তাবদি ময়িম মংকন লৌওনবগী থরূক খুৎতা চনখিরবদি পোইরৈ তেৎনৌ চিদাইনাইনা মালেম পাংশোয়নীক কৌচেং য়াম্বা মীচীক্তা থিংবা য়াম্না লাংতক্লনা পোইরৈ চিকনেম-নেম ৱাংবন চীকথম থম্লঙেনে। য়োইবু ঐস্নুং মকোই পুকথোং হাংনা চীংঙ্ লাইবকথী য়ামচেং কাখা চাউ শৱা তুরৈ শোয়রবিবু ওইরঙেনে হায়না ভুংওনখিয়ে। য়োইবু মশানৌ পোইরৈ মৈতৈ লৈমা মুংখোং কৈথেল থানবিগা লাইরেন মশাবিগা পোইরৈ চৎৱা হায় ৱাংঙম মুৱা তেম্না পোইরৈ লৈপাক ঙাকলিঙেদা লহাননোং থোংনাংগীদি হিথেললেন্দা মংকন খুৎশম্নবা ৱাকয়ৈ হিরেননুংদা হাপনা পুখিবা মৈতিংঙ্ মদাইরেম চীংখোং নাকতৈগী অতোন মোংৰিজামবা হাউমু য়ারাবা মংকন মপুংয়াইদা তেৎনৌ য়োৎহিং-চন লাংহে কুমশিং ৩ শুনা লৈরববু লহাননোংদা ময়িম পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌগী চীংখোং নাকতৈগী ১ না মংকন নংখোইনা পুখিবা অদুবু মৈতিংঙ্ মদাইরেম চীংখোং থৌতাইরেম ভুংচানবনে, মাঙফরোইয়ে হায়না পাউমেনবা অদুবু লেপ্প মওইরে হায়না মংকন মখৈগী ৱারক অরুম্বা তেৎনৌ য়োৎহিংচনববু লৌথোকপিরবদা অতোন মোংবিজামবদি অৱা ঈশৌ লাংনা তরা চাথং লাম চৈরৈ অয়িন-তামলবগী লাংগোই শজিক ফাম্না তরা চারাননগে হায়বগী খোয়মা নারোননুংদা মরান খৌচৎপদা শদৌ তোনলোংবা তৌরেন লাংকমবিচাগী খোয়মা লকাতোনদা খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংঙ্ তাইবং খায়বা খোইমোম মতা হম্নু নারোন ময়াই ওইবা অমবু তানফংলুববগী পুকনিং

হরাউচঙ মুংঙাই খুৎথুম চননা হলরাইরকলে। নোংলেন ইমুং'মাগী খোমলেন মংলানচানদা মুঙলেন য়াইওইবা অহুবু নমু পোংশক ওননা রাহমলময়ে। ইদায়রেম অতোন মোংবিজামবা নংবু পোইরৈ নীঙনা তেনা হলরাইরসে হায়না পাউমেনববু নদাইরেম ঐদি পোইরৈ সনাপুং য়োনবা য়াংলৌ লমথোঙ খঙলরোইয়ে হায়না পাউথুমলবদা খোইমোম লনকু হৈবিনা তয়মও! য়াংলৌ লমদাং শাংবদি চীংঙ, ঐনা চিংঙেনে হায়না পাউমেনববু কোরৌ ৩ নি শুনা হন্না হন্না খোমলেন মংখৈনরবদা চীংঙ, তাইবং খায়বা মরনকুগি থৌজান য়াথং মতুং ইন্না মংকন মপুঙয়াইবু নমদ-হুন্না মরান চেনওননরকপবু হুনাই মপুঙয়াইবু য়োঁরবগা হয়েং কোবা মনোংশোয়দা পোইরৈ সনাপুং লায়না পাংলকপা য়াউরৌ লমদাং খঙদনা হুনাই মপুংয়াইদা কোরৌ নোংশৌঙ য়াম্না নোংথোইঙমবা নমু মীপুম ৯ দংবু ঙাইরোইননা পোইরৈ সনাপুংদা ইন্দাললকয়ে। চীংলেন-য়োঁঙম কা য়িরোক লাইচম লাননা রাংঙম ওমদা তারকয়ে হায়ববু লাইরেন শেনবি খাগেম্বনা নাতারবগী নোংথৌরেননা লগানোং মংকন খুত্তা চনখিমথৈবু উনবি লয়নিংশিংনা ময়িম মৈতিংঙ, পোইরৈ খুনজাউবা খোংলেন মখুৎফা লোইয়া মালংপান্দা মদাইরেম অতোন মোংবিজামববু লমওকলুরে। চেংলৌ শকউনরবদা মদাইরেম অতোন মোংবিজামবা হাউমু য়ারাবনা মংকন মপুংয়াইগী হুংশি অরা নংলকপা খোইমোম মরনকুনা তানফংলকপা মরান ওন্দেরকপা রারম অয়ামববু তুবি সনা মখোংখাদা চাংজৌ চেপনা লোংনা মালেম লয়দা পকনা পুরুমজরবদা লাইরেন মৈতিংঙ, শেনবি খাগেম্বনা তয়ম মোংবিজামব-ও! চীংঙ, তাইবং খায়বা মরন অরেপ্পা মহাকনে হায়না থৌজানবিরে। লাইরেন মৈতিংঙনা অনৌবা পাউহংলকয়ে। ইদাইরেম হুংচানবা অতোন মোংবিজামবা-ও! হাউমু য়ারাবা ও! নংনা ঙাইরোইনরকপা নমু মীপুম ৯ অসিদি করম্বনো হায়না পাউহংববু হোইদা লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌও! তাবিও! নদাইরেম অনিমা অসিদি ব্রামহোন শাগৈরেননে কোলোয় মমিংথোংবু য়াংকংবা শাচাউবও

কৌয়ে। থোংনাং মীপুম অনিমা অসিদি শানৌ মচিন মনাউনে। ত্রাম্হোন শাগৈরেননে হায়য়ে। কোলোয় মমিংথোংনি হেমাশর-ও কৌয়ে। নমু মীপুম অমা অসিদি শুক্র শাগৈ *অতাংবনে। নাপেৎ পাবনরামা কৌয়ে। নদাইরেম নমু মীপুম অমা অসিদি শানিয়াথো-নোসিং ও কৌয়ে। নদাইরেম নমু মীপুম অমা অসিদি ইয়োঙ লাইচী থোংনা চৈরৈ ক্লিশাবনে। কংগা মুনিও ভৌনা কৌয়ে। নদাইরেম নমু মীপুম অনিমা অসিদি ভাস্তে থাংশাবনে। কোলোয় মমিংথোংবু *কিরিসনাদাসো যস্থুরাইও কৌয়ে। নদাইরেম নমু মীপুম অমা অসিদি মশনমাননে। কোলোয় মমিংথোংবু মারামোৎ ও কৌয়ে। খুৎলাই অপানবা ফেঙনবনে। তুবি সনা মখোং খাদা পাউদমলবদা লাইরেন মৈতিংঙ, শেনবি খাগেম্বনা শিনফম মহৈ লৈবা মশেনবু ঙাইওইনরকয়ে হায়বগী লাইরেন পায়মা উনকোইনুংদা হরাউ মখে লৈতনা লাইরেন থৌজান পুক্লিং চঙনা মদাইরেম অতোন মোংবিজামবা হাউমু য়ারাববু লাইজ পা-শানা নমু মায়রোয়ননা ইরু শানদেংলবদা লমলেন মদাইমা মকু অদুবুস্থুং হাউমু য়ারাবা ইরুফম অতোন মোংবিজাম্বা ইরেন ও ভৌনা কৌরময়ে। লাইরেন মৈতিংঙ, শেনবি খাগেম্বনা মদাইরেম মোংবিজাম্বদা তয়ম নাইপুম ১০ খানলে লৌকোন ২০ বু শুনা লাইরেন থৌজান মরনকুবু লনখাইবিন্নদা লাইরেন মৈতিংঙসু তুবি সনা য়োই-কোননুংদা হলরাইরকলবগা মদাইরেম অতোন মোংবিজামবা হাউমু য়ারাববু লোইনাই নাহারুপ শঙগী শঙলেন তেংমাই থিননা তয়ম নাইজা লাকহললে হায়দবরা। লাইরেন মৈতিংঙসুং হরাউ পুকনিং পেননা নোংথোইরিঙৈদা কৌবা লাকশঙদা চীংঙ, থোংবানরাই থোইমোম থরাই পোংশিন মথোঙ লয়না হাংনা কোরৌ নোংলাকপবু থৌতিংলবগী থোইমোম লাইয়িংথৌনা চীংঙ, মতিক অরূববু শানফোংগে হায়না থোইমোম নোংদমখোননা হাউরৈ নোংপোকলা পাংবরমগী থারীচাবু তাবনা লাইরেন মৈতিংঙবু হাউমনতুগুম মরৈ হৌগে ঙাইরোংদুগুম

---

* অতাংবা = তাংথনা লৈবা, তাংজবা। * কিরিসনাদাসো = কৃষ্ণদাস।

মপান থেককে হায়না শংলৌ থৌরাং য়েনলাং ঙমহমলে। খারীচাবু তা বনা শেনবি মংশারাকপা ও! পোইরৈ চেপহৈ রাংঙম পাংশোয় নীকপবু বাতানখিয়ে. শেনবি মংশারাকপা মথৌরাংগী লাইরেন মৈতিংঙুদা হুয়েন লানপাউ চেনলৈয়ে। লাইরেন মৈতিংঙু ইবুংঙু তাউও! মদাইরেম ওকসুলাকপদি শেনবি য়ুমথি খনলোংচোয় তুনুং লাপানলোই চাপাক লোংচুমলোই মনুং খেপান লোইবু রাংগোন লোইকা পিরোইয়ে হায়না শোংবাতুগুম ময়াশা খোয়বু তুগুমববু মচিন তুমলে। লাইরেন ইবুংঙু তাউও! রায়রা নশা-ওই হুয়েন নরান-ওই থাঙলেন চেপনা চননা লানলু চোনমাইফোয় তৌথোক খনথাংননা য়াংলে তাউবাতুগুম *কংগুম থাংনা কাউরেন শনকু হোইগুম খোম্নখিরা-ও! নদাইরেম ইখোইদি রায়রা ইশা-লাং হুয়েন ইরান লাংনা থিংলৌ পনচনলমগে। ওকলেন কোনলোনঙমগে। লাইরেন ইবুংঙু তাউও! নংবু অরা ইশৌলাংবিগুনে। হায়না খোংপাক খুংতোন কংনা রাহমলবদা লাইরেন মৈতিংঙুনা তুবি লৈনিংশিংনা রাখংখিয়ে। ময়িম †খারীচাবু তাবনা হুয়েন লানবাউ চেললবা অসিবু শেনবী লীরৌরাগী তৌশীকলা হায়না লাইরেন উনকোইনুংদা নিঙংনখিয়ে। ইদাইরেম চকপলমবু নাউদায়াম্বা নংবু লাউও। ময়িম খারীচাবু তাবনা হুয়েন লানবাউ চেনলৈয়ে। কবো ওকসু মনিলনাইবনা রাংগোন লোইকা পিরোই হায়য়ে। লাইরেন ঐবু হুয়েন লানহৌরক ও শেনবি মখনমাবু খোমনখিরো হায়য়ে। ইদাইরেম শেনবি মলমবু নঙবু শেনবি লৌথুপ-রা অরোনবা কবো লৌচাউ-রা অমমববু নাত্তারকতবরা হায়না পাউহংববু লাইরেন মৈতিংঙু ইবুংঙু তাউও! নদাইরেম ঐনা শেনবি হমদা তানা লোইথৌঙৈদি শেনবি লৌথুপরা কবো লৌচাউ-রাবু নাত্তারকতে হায়না রাকৎচরবদা তৌয়িগিদি তয়ম চকপা লমবু নাউদা য়ানব ও চিনকোয় নপাউমেন অসিবু রাচা-নগে হায়না লাইরেন মৈতিংঙুদি কুচু থোনলাংমৈদা

*কংগুম থাংনা=হুইগং থাংগুম থাংনা।
†খারীচাবু তাবনা=কাছাড় লমদা তাবশিংনা, খারীচা, কালিশা।

য়াথোকলকালে। তুবি ফমথো মঙা রো লাইরেন নিংথৌ মহিশাং লেংনা তিনবালক্তা পাউমেনখিয়ে। ইদাইরেম অখম মীপোকপা অথো লাংগোনথশিংও! শনবি তমদকুম কবো তমদা তানা ওকস্ন মনিল নাইবদা হুয়েন লানদারুগে হায়না পাউমেললবদা মদাইরেম খারীচা পাউহললবসুং মরান ওনদেখিরে। শেনবি মংশা লাকপদি রাইথুংলুরে। শেনবি মংশা লাকপা কবো লৈবাকচাবও! লাইরেন মৈতিংঙু শেনবি খাগেম্বসুং কবো তমদা তানা হুয়েন লানহৌরক্কে হাইরকয়ে হায়না পাউমেললবদা তৌয়িগুম নোংপোক চীংবু লোইব। পুন্নমাবু লোইবি পুকমাননব। হেমবা শরৌ শীনগে হায়বগী থোইমু অহোঙবি ঙাতাহন লোয়মু চীপাকপি মানবি শরৌশীনথোখৎ থাংচি য়াতোংলেন শারেন লৈতোং য়াৎ রালোং নিঙকোয় ওন রাংলৈ খরুং থিৎ হাউদে ফাফেন্নবা মাইখঙগে হায়না লোইবি চীংবু লোইববু পাউকৌরে। খারীচাবু তাবা পুন্নমাসুং পাউকৌরে। লোইবি পুমনমাসুং কবে মনিল নাইবগা শেনবি মংশা লাকপগা হাউমন পাখায়চীক শারেন তোংদন য়াদা শায় রাংলৈ চেপ্পা য়েংনা রাশরুরে। লাইরেন মৈতিংঙুসু হাউরৈ নোংপোকলা পাংবরমদা হুয়েন লান্দাখিরে। মংশা লমলেংয়িন খোইবু ইংকারম রায়রং নোংজুবি চীং তাউজিং হৈতুপপোক চাকখ। খোংনাংপন মোংবাগুম লমজাউয়িন তরেৎ ঙাইরো লান্না লাইরেন মৈতিংঙুদি শেনবি তমদা তানা মংশা মপুংয়াইদা রায়থুঙলুরে। মদাইরেম চকপ। লমন্থু নাউদা য়াম্বনা শেনবি মথৌরাং লোইবি মঙমদম উনবি লোন্না ঙাংবা রাবু শানখঙলবগী লাইরেন মৈতিংঙু ইবুংঙু তাউও। লোইবি মরৌনাই কবো মরৌ হুকপবু নদাইরেম ঐনা নাতারকয়ে। লাইরেন নঙদিময়িম শেনবি *মরৈমাবি কবো মংশা লাকপিবু তুবি নত্তিক নত্তে, লাইরেন নপা নত্তে হায়না তরা চানমথিগুম খানাকনীক রাংলে কোনঙৌ থোংগুম তিনচুম নীকপীগুনো। নদাইরেম ঐনা শামব। মোইথেম-ওই

*মরৈমাবি=মাগী লৈমাবী=মাগী ইবেম্ম।।

লমবু ওনজা চৎনা পাউমেল্লগে হায়না অস্পুম রাহমলবদা ইদাইরেম চকপ লমবু নাউদা য়ামবও! ইপোইরৈ চেপ্লহৈ ইরাংঙম পূম্না লৈবনা ফত্তে। নঙনা শেনবি মংশা লাকপিবু পুক্লিং ঙম্না পাউথেমলুও। লাইরেন ঐনা তউজিং হয়রাম্নগে হায়না পাউমেল্লবদা য়োইময়াই অঙানবা থোঙলোন খম মুমিদাং লৌখেল্লবদা মদাইরেম খারীচাবু তাবনা লাইরেন সনা মথোংখাদা পুরুমলুয়ে। লাইরেন মৈতিংঙু শেনবি খাগেম্বও! অসি কোরৌ মুমিৎমাদি কৌবা য়াংকলমও। হয়েং কৌবা মনোং শোয়রবদা লান্দাসে। নদাইরেম ওকসু মনিল নাইববু মরান থুমবি মৈমাংচম্না পম্বেংসে হায়না শেনবি মরৌ লৌনা *হৈনা হাইনা পাউমেললা-ও। অসায়ৈংগী চবপা লমবু নাউদা য়ামবসুং কবো মংশা লাকপিবু পাউথেমলকয়ে লাইরেন মৈতিংঙুগী শেনবি মংশা লাকপিগা শায়বা ফিয়াননা তিংখং খোংচঙনা কৈরা তান্দা নাম্না মুরা হিকোক মচু থাউনা কুমচিং পরয় থোক্লরে হায়দবরা। হয়েং কৌবা ইন্নুং শোয়রবদা লাইরেন মৈতিংঙুদি ওকসু মনিল নাইবদা হুয়েন লান্দাখিয়ে। শেনবি ওকসু মনিল নাইবদি লাইরেন মরালহৌবু নাত্তারবগী তাংজা ঙাইখংননা হুয়েন লানজংখিঙমলে। লাইরেন মৈতিংঙুদি শেনবি শোক্লদা কবো হানদনা হুলরাইরকলে। তুদি লমদন চারেংফম শেনবি মংশা মপুংয়াইদা রাইথুংলুরে। য়োইময়াই তাউদনবসুং মুমিৎ থোংলোনখম মুমিদাং তাংলৌ থেঙজিললকলে। মদাইরেম শেনবি মংশা লাকপা শংলৌ মথৌরাংবু ওরা লূকমা লেম শরেন ফাহাপ্পনা রাংলৈ ফোম্না থাবাথেঙ মাইখঙহললে শেনবি মনিল নাইবদি রাংলৈ তোনঙনা হাউদৈ কোক্তা কারে। মৈতিংঙু মদাইরেম চীংখোং পুয়োকলৈ অখম মীপোকপা পূম্নমাদি ময়িম শেনবি মনিল নাইবনা থিংলৌ পনচনলে। লাবা পনকোয়রে। শেনবি মংশা লাকপনা থাংজেন নামৈ-য়েপ টিমেন থুক্তা শনা লাইরেন মৈতিংঙুবু কোরৌ

*হৈনা হাইনা = হীক্লা হাইনা।

ঙমলোইহনগে হায়না চোংথোকললকপবু মোমনু ভানলোই মুরুমবি শেনবি মরৈমাবি কবো মংশা লাকপিনা থংলেন ইনেম্মচা কবো মংপা লাকপা ও ! কোরৌ অসি নুমিৎমাদি ঐবু ঙাইখমবিখিও। হয়েং কৌবা মনোংশোয়, য়োইময়াইনা খেনকারকলবদা শেনবি নরা চা কবো খৌঙমববু বাচা-ও ! তৌইগুম থংলেন ইমাব মচা ও ! মৈত্তিংঙু শেনবি খাগেম্বা অসিবু তুবি থমং লৈম চা থমং নিংথৌ লিকলাই ৱাংগোন লৈম-চা ৱাংগোন নিংথৌনে। থমং লোকয়ায় খায় লাইজা ইরাই ঙান্না পানফবা শেনলৈ মৌরূতোং পোইরৈ মৌরু ঙাক্লা পানফবা নোংথোরেল, নুমিৎ পুংকোই মহুমনুংগী অরাং নোংশু নাহা লীহয়বনা লৌখি-তেন খোইমেম পাফন নামুংবনা ফৈরা তান্দা থোংনা মালেম লৈখারোন্দা লোৎনা য়োকপিবা লৈনুং লোনজা পাশংবদগী সনা ঈ-মাতান। চাথ নাউনৌফবা লাইরেন মৈত্তিংঙু শেনবি খাগেম্বা অসিবু ওক্লেন কোনলোন-হৈদে থিংলৌ পনচনহৈদে। লাইরেন লাবা নকাই-ফদবনে। হয়েং লোইবি ইরৈকাই কবো ইপুং তাক্লগনে। ওকলেন হুমথিনা লাইরেন হুময়াননা পানবা হাথানা কৈরেন নাউশোকনরগনে। থাংয়ি চাহৈ কৌ লোইমোন হামকংনরগনে। শেনবি ইরমশাং নোংপোক রায়রংকোন করম মূৎতববু মুংলগনে। তাম্না হাওরম ফুন্দববু ফুনলগনে।

লাইজা উনিংতোং কংদববু কংলগনে থংলেন-ও ! নংবু পায়মা লৌশিং-থোই উনবি পুকনিং তপপা নত্তবরা হায়না খুরাং পমশিকোন টিমেন খুৎতা লাক্লা থোথাম্লবদা শেনবি মংশা লাকপসুং মরুম থৌথামখোনগী চৈরৎলে। মদাইরেম চকপা লমবু নাউদা য়াম্বনা লাইরেন মৈত্তিংঙু-ও !

তুবি নংগী লমতন য়ারেকফন চৈরৈ য়াকুনুং মোলাং তমতাইথক অসিদা তুবি নহুৎ শিন্না য়াভারোগে। শেনবি মনিলনাইবনা থাঙলেন মথুমহাং লাংগোই শরি থোকপবু শোঙকিরোইরে। লাইরেন নংদি নদাইরেম শেনবি পোংলমবু য়াইবা খুমনচা লাইয়ুম মাক্তিংববু লোইবি লোনতিন্না ভাংখুন লোনখঙনবনে ঙাইরোইনখি-ও। লাইরেন মৈত্তিংঙুসু থিংলৌ

পনচোংখিরে, লাইরেন পনলিংখিরে। ইম্নুং শোইয়াইমাদা শেনবি মংশা লাকপিগী কোনলোই শংগাই কানা য়াহৌরুরে। শেনবি মংশা লাকপি-ও! তুবি থিংলো পনচোংলক লাইরেন পনলিংলকলে। শংলো নথৌরাংগী পোইরৈ সনাপুংদা ইরান ওনদেখিরগে হায়না শমু ওইনাকোন শমলাং তোনগা নান লাইরেন সনা খুংশি ফুরা মোমন্থ শয়াং মতানপোমদা শিবিখিরে। তুবি কোনলোয় মথুংতোপ সনা তন্ফা খিনববু শমু খুংনাউত্তোন্দা শিবিরমরে। শেনবি মংশা লাকপিনা লাইরেন মৈতিংঙু ইবুংঙু তাউ ও! হয়েং পোইরৈ রাকাউবিগুনো। রাঙম চানিনঙমগুনো হায়না মুংশি তিনমেন্নরবদা লাইরেন মৈতিংঙুসু তুবি অনৌবা পনচোংলক লাইরেন অনৌবা পনলিংখিরে। তুবি খমনহন্না মরান ওনদেরকলবদা তরেৎ ঙাইরৌ লান্না চীংলেন চাউপুক কারকলবদা পোইরৈ তেংগোনলেনবু লোইবী চিংশাং খোংলোয় হৌবা তাংখুনতনা তাবনা ইম্নুংশোইয়াইমাদা পোইরৈ খোমলেন তুমকনলিঙৈ লোইরান লানশোক তন্না থুখাইরে হায়দবরা। লাইরেন মৈতিংঙুনা কোরৌ থয়না-য়েং রাংবন পাংনা য়েংনা নুংওনখিয়ে। অত্থনোংগীবু তাংখুন মচি লান্থারম পাংশং চীংমাতোলও ভোনা কোয়ে। লাইরেন মৈতিংঙুসু তুবি মহি হিনা-মেন লাইরেন ময়াই য়াইনা কানা পোইরৈ সনা পুংদা রায়থুংলে হায়দবরা। অসাইঙৈগী ময়িম শেনবি মনিল নাইবনা লাইরেন মৈতিংঙুগী চৈরৈ য়াকুহাং মোলাং তপ্পাই কাঙনা মিংরেং শানখৈরুববু তুবি থিংলো পনচোং ঙম্নরগী য়াইবি মন্থুংহৌ তিলাং মখোয় শাউনা রাতাথিখিয়ে। *ইরমপূ চকপলমবু নাউদা য়ামবও! মৈতিংঙু শেনবি খাগেম্বদি কদাইনো শংলো নথৌরাং য়েনলাং নঙমঙমগীবু থিংলো পনচোংখিয়ে। লাইরেন পনলিংখিবা নান্নিংঙৈনে। লাইরেন মৈতিংঙুগীদমকপু তরা লৌচেনপোংকুমববু নংনা লেংশিনলাউও হায়না শেনবি মথিনাইনা থাঙলেন মখুমহাং কোলোয়

---

*ইরমপূ = ঐগী লমবূ।

শরি থোক্পা শেনবি লানয়ান্নকমদা নোংমনহনগে হায়থরবদা হোইদা শেনবি ইচিন ইনাউ ঙাইঙইবশিংও! অরাং কোরৌ সুমিদাং শারেন নংখোইনা শানৈবা রাংলৈ য়ুনৈবগীদমক শারেন কাহাপ্পা পায়মা নিংশৌনা রাংলৈ তোনঙম্মা হাউদৈ কোক্তা কারে। অতুগীবু খোমলেন তুমথুমববু চৌংখোং শরা শুম্বগুম খোমলেন মিংকপ থোক্কে। শেনবি ইচিঙাই কবো নাউঙাইবশিংও! লাইরেন লমতন য়ারেকফমবু ওকলেন লাংকোই-চম্ন। শেনবি শনঙাকপস্থং হাউদৈ কোক্তা কা রাংলৈ তোন ঙম্নরবগী চেংলৌ মিংকপ থোক্তনা খোমলেন মিংকপ থোক্তবা মশেন্নে। অহিং ইনুংমাদা লাইরেন মৈতিংঙু না থিংলৌ পনচোংখি, লাইরেন পনলিংখিবদি পোইরৈ ঐথোক্তস্তং খংলৌদে। শেননি নংখোইস্থ নাঙা-রৌদে। করিগী লৈরাং অতিংঙাবু রারোংবনো হায়না পাউমেল্লবদা শেনবি কনতোংনাই কবো নুংতোংহকপনা ভনৌবা পাউমেল্লকয়ে ইরমপু চকপলমব নাউদায়ামবও! তুবি পনঙমখি লাইরেন পনলিংখিবদি শুইরোইয়ে। নংদি রায়রা ইশানে। হুয়েন ইরাননে। শেনবি নমলা য়ানফমদা নোংমনববু খোয়মা নমায় লৈফরোইয়ে। তস্তম রাহমলিঙৈ শেনবি রাপী হায়বা পাইচন ইমাঙ লাকপনা কবো মংশা লাকপও! মৈতিংঙু মদাইরেম চকপরনবু নাউদা য়ামবা অসিবু থাঙলেন মথুংহাঙ লাংগোই শরী থোকপবু লোইবি মলমবূ হেমবা মথোংপুশিংনা মলোই লোইহাখিনোংদা খিংলৌয়াইদা তাবদি লোইবি মপূঙস্তাক হেমবা মরৈকায় পানবি মনাউ হুনদে। ঙাইরোং মপাল লোক্তে। থাংয়ি চিশাংনা লোইমোম হামকংনরগনে হায়না রাহম্নবদা শেনবি মংশা লাকপনা পাইচন ইমাঙ লাকপও! কোলোয় নয়াথং অসিবু চুময়ে। শেনবি ইলমবু অসিবু নোংমনফরোইয়ে হায়না পাউমেনখিয়ে। নোংপাল চকপ-লমবূ নাউদা য়ামবস্থং তাংজা মরৈতোননা লংমাই শেংবা লাঙম লাইশেংলকলে হায়দবরা। মৈতিংঙু মদাইরেম শেনবি মলমবূশিং য়ুমথি খনলোংলোই, চাপাক লেকচুম লোই তুনুং লাংপানলোই, মনুং

খেপানলোইবু লোইহাঙমদনা হলরাক্ষরকলে। লাইরেন সনা মখোংথাদা থরাই লাইশেং রাবু রাকৎচরে হায়দবরা অতুস্সুং মদোমদে।

লাইরেন শেনবি খাগেম্বনা পোইরৈ লৈবাক ভাক্লৈদা খোইমোম লাইয়িংথোৌনা চীংঙ্ ইতিক থংহনগে হায়রগী শেনবি মপুংয়াইদা লাইরেন অরা মথৈ লৈতনা নংহল্লবস্সুং উনবী নিংশিং লৈতনা চীংঙ্ ইতিক থংবিদে হায়না খোইমোম উংলৈ মথিনাই চীংঙ্ য়াইবি কলহৌনীরা অরোনথুৎতম থংহনগে হায়না চীংঙ্ নোংদমথেনর্গী থোংনাং রারোংনা পোইরৈ রাচাউনবদি মৈত্তিংঙ্ মদাইরেম থোংনাং মলমবূ অতোন থিংকু রাশৌ শীঙবা কোলোয় ময়াথংগী থোংনাং লাংগোই মথুনেৎ লুরাংবরূ ময়াং মথুনেৎ শা-বু লাইরেন ঐঙোন্দা পিরকও। লাংগোই শিন্নসে তুবি থল্লাংবা পনলোইদা লাংগোই মশীঙ হেন্দববু হেনখিগে। ইংং পুপানলোইদা শগোন মশীং হেন্দববু হেনবিগে হায়না পাউমেনখিরবদা থোংনাং মনোংথৌ প্রথাফিনাম্না অথৌবনা পাউমেল্লকয়ে। ইদাইরেম পোইরৈ ইলমবূ থোংনাং লমচিংবা নংবু লাউ ও। শেনলৈ *ইপাতাউ লাইরেন শেনবি খাগেম্বদা পাউমেল্লু ও। লাইরেন নঙনা রাকচীং লো-উবা খোনদা লৌেকপদা তেংনবা শগোন চিংওনবনচিংনা লাংগোই মশীং ৩০ শুনা পিরকও হায়না পাউমেনরাগী লাইরেন মৈত্তিংঙ্ন শেনলোই ইপাতাউ থোংনাং মনিংথৌ! ময়াঙ লৈমাবা কোলোয় মপাউ-মেন অসিবু ইন্দানফরোইয়ে ইদাইরেমশিংও। লাংগোই চিংওনবগী শগোল মশক মানবা লাংগোই মতম লৌববু নিংখললাউও হায়খিয়ে। মদাইরেম চিরি লৌশিংনা লাংগোই মতম মানবা শগোন মশক লৌববু নিংথললে। থোংনাং কুরাই ইতৈ মপান্দা লাংগোই শা শিন্নগে হায়বগী থোনাং মনিল নাইবস্সুং লাংগোই মশীং ৩০ মাপা ময়াঙ য়াঙ্গোই মথুনেং রাজবলহোপ লুবাংবগা লাংগোই শিন্নরে। রাজবলহোপ লুরাংবা পোইরৈ খুংতা চনখিরে। শগোল মশীঙ ৩c মাপু থোংনাং মপুংয়াইদা থুংলুরে। ময়িম থোংনাং মনিংথৌনা লাংগোই মশক নত্তববু

* ইপাতাউ=মরুপ, ইতাউ।

মশক শাৱকয়ে শগোল চিংঙনবদি পিরক্তে হায়না য়াইবি মনুং হৌনা ৱাতাখিখিয়ে। লহাননোং মপল মৈতৈলৈমা নোংপাললোন কায়নৌ চাংপোমবিনা *ফ্রমান লাইরিক ইনা হায়ৱকপা ৱাম্নুং লৈবনে। ইদাইৱেম ভীমবন অথৌবা য়াথারেক লানচিংবা নবিংঙান-চিংনা থোংনাং লানলোই মপুং ফা পোইরৈ ভমদা ভানা হুয়েন লানশোক্লরু-ঙ হায়না পাউমেনখোনগী থোংনাং মরাঙচৌ ময়াং মথিনাইনা হুয়েন লানহৌরকয়ে। মৈথু মতম য়েংনা পোইরৈ য়ুমজংলবগী ৱাঙম লাংতক্লা পোইরৈ লাংফেন্নরে হায়দবরা? য়োইবু মশানৌনচিংনা য়োইহৈ শেনলে ৪ মাকা নোংয়াই কেন্তা মপুংয়াইদা ইন্দানখিরে। ময়িম থোংনাং মনিল নাইবদি লমলেন নোংচুপ ৱা কোনমান কমপোং নারলরাই অরাই লাংথাকপা মরৌপানবু নাতৈননা থমলাং মোইকাই চৌংদা ময়াং তেংগোন লিংলে। থোংনাংৱাইশী থমতাকপা মীতাক শানকোংবশিংনা মৈতৈলৈমা নোংপাললোন সেরেমবী নোংচুপ লানলম ভমবী হুয়েন মেতাইবা কাবিবু য়োইপুংলৌ নোংকাবা চৌংবু পন্দল্লবগী তাংজা লুরেনতোনবু শিনাই নানিরোংবনা খংশিল হৈথোইবনা কোনভৌ নোংতং-লেং কোরি তনখায়লৌ লুপা পূম্নলূপ চোয়নৌ সনা মাইথোং হাপ্পা মৈতিংঙ নিংথৌখোম্বা পূঙলেন নোংচুয়াইবু নাতৈননা খুরাই অপানবা মশুংকমদা লৈমরোন ৬ লৈহৌরোন ৫ দা ৱারীরববু মন্নিম থোংনাং তোকমু লৈতমফেন মালেম লৈকম লোনা খানলৌ লুহনগে হায়না শংলৌ থৌরাংঙম্বু লাইরেন মৈতিংঙনা নাতারবগী তুবি খিংকু মথিনাইনা থৌদোংখিয়ে। মদাইরেম †শুরুজো লাইরিক রেংবা জগসিংনচিংনা থোংনাং খানলৌ লুহনবশিংবু টিমেন খুৎনা ফংনা ময়াঙ লানপুম ৩ মাপু খুতক ঙাইরন থাগুম থিনথুরে। অতুম্নুং মদোমদে। মৈতিংঙ মদাইরেম অখোম ময়োন অথৌবনচিংনা শেলোই মপাতাউ উনবি পুকমান্নবা ২ দংগা ঙাইরোইননা ইম্নুং শোইয়াইমাদা থোংনাং পনলেপ ঙম্বু অখোম ময়োন অথৌবনা

*ফ্রমান - প্রমান। †শুরুজো=সূর্য্য।

পানবা কৈচেংলাংগুম্বনা ভনবা কাচক হৌ থিংলৌ মহিনাইনা থোংনাং খুৎনা ফংনা থিনথুরবগী ময়াং মনিল নাইবদি তাংজা ঙাইখংনরোয় হান্নদবরা ? থৌরম অসি মতুংদা লাইরেন মৈতিংঙুগা থোংনাং য়াখারেক লামচিংবগা থোংনাং ঙাইওইনা পোইরৈ চান্না রাবু পাউমেন্নরবদা *মৈতিং-ঙুচা শানোংবা থোংনাং পুকমান্নবনা কোলোয় পাউথিনরাগী থোংনাং মনিল নাইবদি অরাং লায়না পাংবরম শেক্তাচাবু তাবদগী লাংগোই শগোন পুনা মৈতিংঙুচা শানোংবসুং ঙাইরোইননা থোংনাং মরৈপাক্তা হলরাইখিরে। থোংনাং লালহৌরাদি অতুসুং মদোমদে। লাইরেন মৈতিংঙুদা থোংনাং নিংথৌনা পাওথোল ৩ লকপু থৌশীরকয়ে। পোইরৈ অরাকতম রাংঙম মী থাদনা মলোই লোইহা থৌগুম পাউ মেন্নবগী লাইরেন মৈতিংঙুনা য়াইবি কলহৌনীক তিল্লাং মখোয় শাউনা থোংনাং মপাউখোনবু পাউহনলববু নোংমলহল্লবগী থোংনাং মনিংথৌনা য়াইবি কলহৌনীক্লা রাস্তাথিখিয়ে। ময়িম পোইরৈ মৈতৈদি থোংনাং ঐবু *তাংশক্তে, ময়াং ঐবু মীথাদে। রাঙম তমদা তানা হুয়েন লান-শোক্লুও হান্নবা মৈতিংঙুচা শানোংববু য়াংলৌ লমজিংবনা হুয়েন লানহৌরকপবু নাতারবগী লাইরেন মৈতিংঙু শেনবি খাগেম্বানা হেকঙাই নুংয়েং চেংনা শোনমোইখিয়ে। কোরৌ ইনোংথৌবু থাপ্লবরা রাংবন ইকাশাবু তান্নবরা ? তুবি খমলাং ইপালাই লাইরেন ইপুলাইবু কোরৌ নোংলাংপান অথাপ্নদা থাপ্পা য়াংগোইরবরা। লৈমরোন ৬ লৈহৌরোন ৫ মক্তা রারীখিরবরা ? চীংঙু নোংদমখোল অরোনবা করববু নারীগবনো। লাইরৌ লাইশা রাং রাংবন পাউফা রাংপগীবু তৌশীকলা ? লাইরেন ইপা মৈতিংঙু থাংরাই নিংথৌশেনবী মুংয়ামবনা লাইজা ইহুনলোং পলেম ইমা মৈতৈ লৈমা থংদা নোংপাললোন

---

*মৈতিংঙুচা শানোংবা থোংনাং পুকমান্নবনা কোলোয় পাউথিলরাগী- মৈতৈ নিংথৌমচা খাগেম্বগী মনাউ শানোংবনা ময়াংগা মপুক মান্নবা মরম্মা পুকথিল রা চংবদগী। *তাংশক্তে=শকখঙদে, ইগুন খঙদে।

কায়নৌ চাংপোমবিনা লাংবম তৌসনা তৌশংয়িবু লাইজা য়িদা পায়না য়িমু মচেং থোমজিনবোংগীবু তৌশীকলা। তুমিৎ অরুবা থাবা অশেংবদা মাউনৌবগী মনা ফম্বাল লাংদা ফমফমনিঙম থাঙয়ি ইখেকৌ লাংবন ইথাং শীঙগুমলে। ভয়া লৌচেনপোত্তা লাংবন উয়ুং শীঙশং পোৎপু শীঙবা পোৎনা তোপকুম মতোপশীল্লকয়ে। তুবি চীংঙু ইরাইবক য়ামচেং ইতুরোইগীর। লমচাইফরোইয়ে। থোইমোম উদবা মরনকূদি য়েংদনা কুবিরকউনে ছায়না লাইরেন অম্না ইশৌলাংনা শোনমোইরকঙে ময়িম থোংনাং চিনলম থাদা ওই য়ানা ঙৌতোং ওইবদি পোইরৈ তমদা-তা য়াংঙম তমদা তাগুমলকলে। লমলেন মদাইমা খুংপুনতৌ তৌরাংলা তৌরেন য়াঙনমপাক খুরাই হাউবা লমলাংতোং থোংজাউ লাইরোকলেন লাইমিৎথু কূম্নরম লাইরাংলা তান-রমদা মখিন থোংনাং মনিল নাইবদি পামেল লেপ্তুম-মুং কোংয়াং কাইপোকলৌ ময়াং পনগা লিংনা থোংনাং তেংগোন লেপলে। লাইরেন মৈদিংঙু কোরৌ নোংশারাইগুম্বদি হাউরেন য়াঙ্গোইপুংদা পোইরৈ তেঙ্গোন লিংলে। ময়িম থোংনাং মনিল নাইবম্লুং পেরে শানৈ-খোং কংলা পুঙতোং-য়ে লাংগোই মাইফং-শা কামন পনলেপ শেমনা থোংনাং মরাঙহৌ ময়াং মথিনাইন ভাইথম্নবদা হয়েং কৌবা মনোংশোয়দা হাউরেন য়াঙ্গোইয়িবু ফৈন-শমন লোইচিং শারোনয়াগী উয়ুং পামশং-য়ান হাউয়েন য়াঙ্গোই-য়িবু থোংলেন পামবৈ শেম কাউথং মরীন হাপসে হায়না তৌরিঙে লাইরেন মৈতিংঙু শেনবি থাগেমবদি মরৌ লৌনা হৈনা থোংনাং মনোংমৈ লমহৌ মাংওইনরকপা লুপা চারা য়ানফববু মদাইরেম শিন্দাম্না অনিমানা খুরাই হাউবা লমলাংতোংদগী শীঙবী থরোন ছৌবদা লোক্লকপা হিতাক পুংমা কাবু পোইরৈ তেংগোনলেন ৪ মাদা মৈপাননা কামার নোংমৈ থোনজেল চাউরে। লাইরেন মৈতিংঙু শেনবি থাগেমবা কোয়ৌ নোংশারাইগুম্বমুং লাইরেন মপা মৈতিংঙু শেনবি মুংয়াম্বন্ কোলোয় মিংথোং ফানা মপল মৈতৈ লৈমগী কোলোয় মিংলেন পননা লাইরেন শাংতিং মনিংথমবু থারাক লৈনাশা পুনুং মফুরিংপু

নোংদোম লৈচিনয়েক্তা কায়নৌ থরানপিচারু। পানগুম সনা চুংগোট্টি য়াইওইববু তুবি শমু নমদা হুন্না য়ুংশিৎ সনা কোইরেং টাবু টাচিন মৈরীথোক লাইরেন কোন্সোয় মঙ্গিং থানা খৌশাখিয়ে। মথোঙ মালেম ভমপাক লয়দা তানা চীংনুং নোংথাং কূপকুম থৌদোংখিয়ে। থোংনাং মনিল নাইবগা পোইরৈ মরাঙ হৌবগা লমলেন খোইচুম তৌবূল লম্মহল নোংয়াই হাউরমতোন অতোন য়াংবা কায়বা থাংয়ান লম্মচি হাউরমহনব। লূতূরাই হাউরম নুংকোই য়াইমবা মিকপ-য়ি খুরোংবা থিংবা কোল্লিক লাইতারোক পরেংকেম লাইকন তোংশংপোক য়িমু কোনমাংনবদা থোংনাং শোরুনে, ময়াং হানরে। তুবি লাংগোই খোংওইনা থোংনাং চৈরক থায়না হুয়েন লান্তানচিনখিয়ে। লমলেন খোয়চু চুমথাংত্তেক খোয়চুপান্দা থোংনাং কয়রুংবা মাইকাতাউ অথৌবা খায়নৌ লাংমৈ লাংচাউ ৫ থেৎপা চোয়নৌ সনা মেনলেন তেংপ্পা ময়াং নিংথৌ ফিথ। শুন্নবা থোংনাং ফা-নচা লমজিংবা লেংমাশ। অথৌবা লাংচেং লাংমৈ ১১ থেংপ। পুহান ঙংলিনবগা মথোয় ৩ মান। নিংথৌরেল শেনবি থাগেমববু শোয়রেন ফূমবি নমঙাননা খাঙঙময়ে। অতু নোংগীবু থোংনাং ময়াংথাংও তৌনা কৌয়ে। থোংনাং লানপুম ৬ মানা তুবি মাইয়োক য়াঙমববু লাইরেন কোরৌ নোংশীঙজংগুম্বা লোইয়া তেনহৈবনা থোংনাং তাংশক্তা ময়াং মীথাদনা পানবনা খোমজোঙ লান্তানা কৈরেন্ন। উম্বিচা শাথৌনা তুবি শমু খুৎনা ফংনা থোংনাং তাংজা লূরেন ককলে হাইদবরা। থোংনাং ফান-চা লমচিংবা লেংমাশা অথৌবা ময়াং লানতোমপোক অথৌবদি মচেং কায়রৈ কোয়দা চায়বা কায়রৈ চেনবাংনবা য়েনগুম্ববু লাইরেন মৈতিংঙুচা মরীশা ওম্হোক্কুম্বনা খুংপাক তিন-লাইমেল্লা ফেম্থবদি থোংনাং ফান-চা লমচিংববূ চৈপিগবরা চৈপিদে। ককলু লুমাইশেং শোয়রেন ফূমবি তুরে। থোংনাং ফান চা লমচিংবা লেকমাশ। অথৌবনা ককলু লুমাইথকী তুবি টিমেম মথুৎশংবু শারেন য়েংতা কান। ময়াং টিমেন মথুৎশং চুঙলোং মনমথাংপ। শমু ওইরমফানা টিমেন টামায় কাঙনা লাইরেন মৈতিংঙুবু চৈপিগে তৌগুম্নবদা নোংথৌরেন শেনবি থাগেমব। হিরা-য়াইমবন। থোংনাং ফান-চা লমজিংব-ও!

তুবি খোয়মা ইমায়-ওন য়ামচেং ইনম মূক্ররোইয়ে। থৌতু পুঙমদা য়েকচা থাংঙমদবা নুংগুম্বনে। চীংঙ ইরাইবক য়ামচেং ইতুরোইগীবু লমচায়-ফরোইয়ে। তুবি থবাক লেংয়ানলম লাইরেন ংবাক লিক্শিরমদা চৈপিরো হায়না হৈরূ নাতৈ কাঙনা নোংপোক মালং হুমওইবা লিক্রা উনকোই য়িদা শান্দেংবা লাইয়িংথৌবু কোরো য়িতা-ওই কোংগোই মীশাওন্দা পায়মা নিংশাথৌ মথোং থিংনা নোংহাল্লবদা থোংনাং লেংমাশা অথৌবনা টিমেন মাঙয়িন্নবা চৈপিগে তৌগুম্লবদা মদাইরেম সুচি লাইরিক য়েংবা জগসিং লৌশিংবনা লাংগোই শাথৌ থোইনা থোংনাং ইঙাইরোই ময়াং ইহিশাং তনবা মীথনখায়ও টিমেন নথুংশবু পঙনা ক্লেনহিগুনো। লাইরেন কোরো ইনোংথৌও! তাইবং খুননিংথৌনে। হয়েং থোংনাং ইরৈবাক্তা। * থাংয়ি চাহৈ-কৌ লোইমোম চাথাং লামলগনে। কোরো মোংনায়েং মালেম লয়না থঙলগনে। তুবি থিংলৌ য়াইতাহৈদে। লাইরেন মরোং চৈচেনহৈদে। তুবি মদোম চঙনা ফাশেমসে হয়েং থোংনাং ইনোংথৌ ময়াং লৈমাবদা লমলুরবগা পোইরৈ থঙহল্লগেনে হায়না শীঙচা কোনথিনবা তয়ম নাইরিববু লনকুঙেনে। অসুমনা থৌখ ল্লবদা ময়াং টিমেন মথুংশবু চৈরংলিঙৈ নোংথৌরেল শেনবি থাগেমবা তুবি থিংলৌ পনচনফদবনা হুয়েন অমরক লাননিংশিংনা থোংনাং ফান-চা লমচিংববু তুবি শমু থুংন-ফং লুরাই হামুন-লাক য়েংতরৈ থাংগা হাই ওইদবৈ শমগা থোমলে। মদাইরেম জগসিং অথৌবসুং লাইরেন মৈতিংঙুগী হৈনা মতুং ইম্না হুয়েন লানথংজরৌয়ে। লাইরেন শেনবি খাগেমবনা লমলেন খোইচু-চুম তৌপুল লম্মহনবু থুরাই পাথিংখম লিক্রাই তরং পরেংকেন লাইকন তোংপোকতা খৌশাথবদি ময়াং তেংগোন চায়রে। লিক্লাই তরং পরেংকেনগী থোংনাং তেক্কারাচা অথৌবা ময়াং ভৈমাতাউ মপারী ফানা লৈতৌ সনালাংগা চকশিবগা হুয়েন লানবুম ও মাবু কায়না হুনলৌয়ে। থোংনাং কৈরুংবা মাইকাতাউ অথৌবা তাংখোং শামেংহনবা

* থাংয়ি চাহৈ-কৌ—চহিগী চানবা চিঙ্গাক রাং।

লেংমাশা অথৌবা লংমাই লাংজাউ ১১ থেৎপানা শোয়রেন ফুমথি নমঙানবা খাংঙম্ববু লুরক কাংদে থিরোয়ে। কেগে ওক্রেরেন মোইরাং কেগেরাচা অথৌবা খুয়োন মেনমতাকী ময়াং থোপথি খোংবস্নুং খোইনাই তাইখিলোগী কাননতা পুঙতোং ঘৈবগা লৈম। পিদোন লাংবি মরমখৈগী শিরিংতো অথৌবস্নুং কেগে নিংথৌখোংগী থোংনাং পেরে খোংবগা লোকলো হৈচেনতুগী ময়াং থিনবাস্নুং লোনলৈ য়ুমমাথেংগী থোংনাং তৌথিয়াগা কেগে ঙাংখাচাগী ময়াং পাউহনবা শিনথিয়া সনাপুংদা য়েপপস্নুং লোনলৈ লৈমরককী শরিকতাউ অথৌবগা হাউরা অঙৌশিগী থোংনাং পুংমাইতো অথৌবস্নুং য়াউরো সনাপানগী ময়াং কানপৈ শাবগা লাইজ। তুরাংলোকী য়াখারেক অথৌবস্নুং হাউরা লাইচাউথেনগী পুঙয়া লমচিংবগা থোংঙক ঙাপুরমগী ভৌমবন লানজিংবস্নুং হৈরোয়ে। অমচি হুংলাইকোনগী ময়াং তুলাই ১০৯ গা লোনলোই লৈমতাকী লানলোই শগোন তোংবা ১৩ স্নুং হাউথৈ যনকাপানগী শামু থিংক্রাচেংগা পত্রচেংগা শামু মশীঙ ৩০ শুনা ফারোয়ে। তুবি থাঙলেন মথুৎশ, লোকনুং লকাবা থোংনাং চৈকন থেকপা সনা কৈথেল ৩ থোইবা থাঙনা থোংনাং ফাময়ান্নবা লাইরেন রাকয়ে মথুনেৎনে। নিংথৌলোকপা পুঙলেন থোইবা হিনা হৈয়েন হিথাবা লাংগোই শারোকপা লাংরা পানচুমব, থেংজাউ তেলহৈবা নোংথৌরেল শেনবি খাগেমবনা অশাইঙৈগী থোংনাং শোক্লবদা লেংমাশা অথৌবনা খোকলাং টাসৈ কাঙনা তুবি থবাক লেংয়ানলমদা চয়পিগে ভৌগুম্নবদা মদাইরেম জগসিং লৌশিংবনা লাংগোই শাথৌ-থোই থোংনাং লোনলকনন। তাংজা মরৈতোনগী লংমাই শেংবা লা-বু লোইচেংলকপবু নোংথৌরেন শেনবি খাগেমবনা চৌংঙ চুমদবা মরনকুগী নারিঙৈনে হায়না লাইরেন পায়মা উনকোয়নুংদা নীঙখিয়ে। হাউয়েন য়াঙ্গাইপুংদা লাংগাই মশীং ৩০ শু নোংমৈ লিশিং লোক চুংগোই লিশিং মুন খাঙশাং লিশিং থোম থোংনাং অশিবা লানলু কোকলেন-পৈ ময়াঙ অচঙবা লিশিং থোম্না তুবি মহি হিনা-মেঙ লাইরেন ময়াই য়াইনা ফানা মরান ওন্দেরকলে। মদাইরেম

শেক্তাচাবু তাবনা খুনকুমপুং পোইরৈ হাথফমগী য়োইবু মশানৌ শেনবী মুংখোং কৈথেন থানবিদা খোংনাং লানশোক্লকবগী লাইরেন অব্রা থোদোং-মনগীবু পাউদমলবদা য়োইবু মশানৌদি হেকডাই নুংয়েংচেং নুংক্যাই শিন্না-ওন য়াথং হীক হাইনন। টিমেন্নরবগা লাইরেন মৈতিংঙু পোইরৈ খুঙ্গা হুপ্পা ফেস্তা হাথৈফমগী মরান পোইরৈ খুনকারকলে। কংলৈ শুমখোংপান লাংগোই শারোকপুংবু ময়িম মৈতিংঙু লাইরেন নাউফংবা লমথক শারোনপুংবু লাবা মোংলৈফম তিংয়ি ৱাফোংলাক কংল। থোন ৭ তা তুবি চুপপুখোই লাইরেন লাইবু ৱাংনা ৱাইথুংলে। থোংনাং লালনু কোকলেন পৈবদি চেংজা নুংগোইবীদা হুয়েন লানচন্নরে। লাইরেন মৈতিংঙুসুং য়োইবু চারন তা য়োইহৈ খেংফাং লেংবি পুন্না হুপ্পা তুবি শংগাই মাকোনলোয়দা য়াচংখিরে। নোংথোরেল শেনবি খাগেমবগা য়োইবু মশানৌগা শংগাই মকোনলোয়দা য়াচংখিরে। নোংথোরেন শেনবি খাগেমবগা য়োইবু মশানৌগা নুংঙাই মরাং কায়না সনা লৈবাক ঙাক্লবনে।

---

# শেনবি ববোম্বা

হৈ খোইমোম য়াইবি য়েলহৌগী অমম লয়শ, হাংলকপা অতিংঙা কোনখৈ অতামবা নরাম হুমমোইনব। য়াৱা কোনখাংশাগী নম্ পোংখৌ মথং লোংনা থেনদমলকপা য়াইবি এংথি হুমঙইনবা থিরেন উংলনুংগী লাবা থিয়াংখোক্লা লমহৌরকপা চেংলৈ য়াইবি খোঙ্গেল চয়রোম্ননা ফুইতিং য়েন্দাউ তাউবি লোইনাই লাইরেন তাউরোইনাই শিদবা নংনা য়াৱা খোমজিন্না কোনথাং তাচিন্নবা তিললি লিন্দ উ তাউরোইনাই নুংকাং মহারাবা হুঙমু মুঙডৌ তুমদ মাঙদবা নুংনাং শাকাংথক্তো

য়াহিপ্পা লাইজা ইরোইননা তরং লাইজা ইপাকথক্তা শেকমোম কায়বি লীবা পরিঙ লেপ্তুম হুন্না খোইমোম য়ান্না খোনজেল অহানবা লাংবন খোইমু খোন্দান্নবনা চেংলৌ শকথোং ওইনা মালেম মপুং লাকহৌরকপা সনা কোনফূরেন মালেম লয়শীরক্কী তোননিংথৌ ! কোরৌ নোংমাই তেমগী অরাং নিংথৌ য়োইরেনবা চোয়নৌ সনা হুইরেনয়াই শন্না পাফন চেৎনা য়াঙবীলুরোই কিন্দবা থন্না লয়রোন নোংলোন ও মাতা য়াইবী কংলোনতম্না সনা তোননৌ ওইরিবা মালেম লয়থারোন লয়ফূ চনিঙ খুংশাবিদা লয়রি য়াংয়ি শোন্না তেৎনৌ লুতুম ওইরিবা মালং মানা নপ্পা খমকোন মচিন থৈবা চাদা লাইহুই হৌনা লোইদাম থাজ পাখংবদা য়াহিপ্পা লাংবন তৌ সনা তৌশিঙ-য়িবু য়িমু ময়োন লয়না খোম্না থবি শেংকোইরেং অপানবদা সনা তোননৌ হুনবা খোইমোম লাই য়ংথৌ ওকলেনলক্কী লেমহৌবা চীংঙু লাইরেনলক্কী থাইরৌবা অতিংঙা য়াইবিরককী শংলৌবা কোরৌ ফান্দা ফমদোংবা মালং য়াইবি হিওক্টনা হামলেন শিফা নৌওইনা কানবি চারী শৎবা উনথম চারীলিংবা উন ৬ য়িরীবা ঋাউ ৬ য়িথাবা কোন্থং থংবা লীবৃ লীহৈবা মহয় তংকো কৌনা পানলিবা হকশাং কাবু মন্নূংগী শিঙলেন লৈয়োনফম্বা থরাই অপকমাবু লাংবন কাউরেন ষংশেনবগুম তয়ুক ঙন্না কোনথোকপা নুমিদাং থেংনা কোনচনবা কোরৌ থংশি শিংনবা ৱাংবন খাশি তেমবা শন্থোং পূংমাই লেপ্পা খমন্থং য়াইথোং শীঙশৎবা শন্না খেৎনা লানপন খনবা থরাই মীপোকপা নমু পেংয়োকপা কোরৌ অরেংব রাংবন অতোঙবা খোইমোম মৈবী হানতোংবি চীঙু মৈরেন তোমশাৎপা মচেং কাইরৈ তোনলামখামগীবু চূনবা কায়রৈ য়েনমৈ শিংপবু মচেং য়েনহৌদবা তেকপি ওকথোকখনবনা কাউরেন যনথোং ঙাক্লিবা কোনফ নিঙখম নানৌবা চাহুই লেংখাং কোকহেনবা হুই নাহা খুরাংনৌবা লীফূ লয়চং মরাগী কোরৌ নোংতুরেন পাফনবা নুংনাং য়াইবিরেন শিদবা নংনা লহাননোং চীংঙু নতে-হয় খোইমোম নওং হকপা নঙনা হীঙ হীঙ তাঙনা শানফোংগে হায়বগী লহাননোং লাইরেন নপা মৈতিংঙু শেনবি কবোম্বা

করেবা পনলু মপুংয়াইদা খোঁশাবা হুয়েন চৌকোংলান মিংনাইববু কায়না হুনবা লোনলোই লৈমতাক্তা খোঁশাবা হুয়েন লান্নিগীদি তখেন পনচোম লানকামাঙবা য়ামবি য়াশেনখিঙবা তোনলোই পুংয়ৈবা হচা কংলোয়লেম্ববু কায়নহুনবগী তুবি সনা মহিক্কশাং লাইরেন মুংদা থেংলরবগী নপন মৈতৈ লৈমা থংদা নোংপাললোন লোইবি থিংবাঙমবী খিংবাচোং অচোংবা খুবোম য়াইশিনলোনবা খুদাং য়াইচাউ খুববু কায়ন হুনবদি য়োইবু শামন তোংথিন্না লাইরেন শমচু লৈরাইনা য়েনা খোঁথনোংদা মালং য়াইবি চয়রোয়ননা হুনচিনখিংবগী পুন্নুং হিয়ংগৈ কুমশা নোংদা থা নিনমাং ১০ নি পানবদা হয়রাঙ মচায়ান তাউজিং মরু পনলবগী লাইজা লিকলা খকমাদবনা পুলাং পিবুক-থনচিলকপাতুগুম্ববু য়োইবু নাউয়ান মপুং ফাচিনলকলবগী লোইদাম কালেনথা য়ারা থানিননোংদা য়োইবু মৈতৈ লৈমদি য়ারা মচিন খয়গবরা থয়বিদে কোনথাং ইমায় লেঙগবরা লেঙবিদরবগী কোরৌ ঙমলোয়নখিরে। শংশঙ য়ুঙৈরান্দা তোংচেং কুয়াই চনলববু খোইমোম মশানগুম্না পলেম পিবুকনুংগী য়োইবু তাজা লুরাইলেন কোয়রেন লাইথোং অকুনববু শিননৌ লুরাইথায় চীংঙ লাইথোং হাংনা থাঙলেন পামবু তাইবগুম কোরৌ নোংলোনঙান মালেম লয়রোনফাউ শাশঙ মরিন ফাৎনা চোংথংখিরে। অতু নোংগীবু মৈতিংঙচা পমইবা থোংনাং লিশিং চায়বা লিশিং হে-য়াইব থেংচা অচিনববু তাননা খনবা ইরেন চাউকোই-য়িবু সনা তাংবন ওইনা ফমফম্বা কোংকোন লাইজা য়িমওইননা য়াহিপ্পা মৈতিংঙমচা থোংনাং লিশিং চায়বও! অস্নুম্না মিংথোংখিয়ে। খোইমোম মতে হয় চীঙু মরোনহক্কি হুতুম্বু মদোমদে।

খোইমোম লাইহিংথৌ চীংঙ নরা লীচংতবা নপান উনাইদবা নোংথৌ সনা অশি খোইরুগুম্বা চীংথাং থংলাংমৈগী থৌতু তোনকোনবদা ফমফম্বা অতিংঙা লেলৌ মিংথোং থিবদগী মালেম য়াইবি হৌনরকপা চীংঙ কংলৈ অশীবা নিংশা য়াইবিথোক মিংলং নারংথেক শরা তুখোং খুদিংদা চীংঙ লাইশিং শুনা হ কোকপা নোংথৌ শাইরোং মরুগুম য়াইবি

মতুম্মগী লিহুইরকপা কোরৌ মচা তাইখৎনা রাংবন মনাউ তাইচিন্নবা পোইরৈ মালেম লৈকোয় শেমবিবা কোরৌ তাচিলৈ রাংবন তাহুরৈবু ওইনা মালেম লৈরিং-হৌ অহানবা চীংঙ্ লাকা ফমজাউবা খোইমোম নাক্লি নিংথিববু লৈবাক উঙাম থাগুম তয়না হোনফবা নারাক মন্নুং ওনবা খমকোন তুংইন্নববু খয়োই নিংথিবী ইনচিংথোনগুম তয়না চেনববু শাইওনবা চীংঙ্ য়াইবি হুমজাউবা পামেন উপুনশিদা কাইদোংবা নুংকোন চীংনামুংদা ফমকম্বা চীংঙ্ তাইবং খায়বা নঙনা খোইমোম নত্তিক অরববু অমরক হন্না শানফোংগে হায়বগী লোইদাম খরাম্বা য়ারা থানিন নোংদা মৈতিংঙ্ শেনবি খাগেম্বনা য়োইবু মশানৌ কংলৈ মৈতৈ লৈমা শেনবি মুংখোম কৈথেল থানবিনচিংনা হে-পি থংদা নোংপাললোন অঙৌবা চন্নুগা য়োইবু শলাই ৪ মাকা ঙাইরোইননা তুবি ফমথো মঙাইরোই লাইরেন নিংথৌ মহিশাং পুন্নাতিন্না নোংপোক রায়রং মদাইমা শেনলোই চীংমাঙনগী খোইমোম কোরৌ নোংথিল চায়বা লোকলেন অচনবদা তাউজিং হয়চা চংলুবগী থিংলৌ নীঙনা হেরকপদা * লিনরাই মদাইমা য়োইহৈতোন তাউথিংমাং তুদেং-য়ি নোংপাল খোংলৌ-হৈত্তবি লাইজা মহিথেন্দা তরা লুক্কুং হারিভৈ চীংঙ্ য়াইবি পিমাবনা তেহৈনা লাইরেন নপা মৈতিংঙ্গী তুবি সনা মহিকশাং খোইমোম লাইথোং অচেংপদা মালং নোংলৈ তাচিন্নবা হুমচিনখিরবগী লাইরেন নুংথেংনা চোয়নৌ সনা পুমদা-কোনগুম তাচিন্নরবদা লাইরেন নপা মৈতিংঙ্দি উনথম চংবি লফু-ল। খাবা উন্না য়ৈরববু লোইদাম কুমজিন য়িনৌতাবদা চংবি লায়োন হুনহৌবগুম লাইরেন পানকন মপুং ফানা কোরৌ নোংশাঙজঙগুম্ববু চাচন্নরবদা লাইরেন মৈতিংঙ্দি তুবি সনা য়োইকোনন্নুংদা রাইথুংলবদা নপল হেপি থংদা নোংপাললোন কোরৌ নোংথিল চায়বা অঙৌবা নোংসে তুরেল রাংমা নিংথৌ কংলা ফানদোং তয়বনা থবা নয়েনবি চকপ মংশা ঙমবি হুয়েন খেনলোংবা ফাবি কবো পাংকাঙমবী হুয়েন চৈরাইফবি কবো পাংকা।

* লিনরাই—ইরিন তুরেল

ঙমবী হুয়েন চাংখায় লোইফবি য়োইবু থোইবু তোমশেংলা তোমশেং হায়নৈ লাণ্ডমবী থাংগ্নি থোইনাই থাংয়িফৌ লায়ি নোংলা পান্নফৌ লাইমনগুমবি থাংচা পুংকোই মহুমন্নুং লুপা য়োইহৈ থমবালগুমবীগী লোইদাম কুমজিন অঙনলৈ থাজা হেকম। লিতিন-লৈ কোরৌ নোংশীং চাম্থ্ -লৈ ইমুশিনয়োম লিতিন-লৈ য়াব্রা উংলৈ-নুংদা তাচন-লৈ কোনখাংচারা খোমচিন লৈবু শীঙলেন মপান-ফা লৈরাং ময়াই কারমলবগী শীঙলেন লৈমাই হুইনা লৈরাং মমায় ওনখিরবদা য়োইবু চৈরৈ ফিশেংনোং থম্বাল লৈক। ফনলিঙৈ তাউজিং হয়চানোংগী ইনুং শোয়য়াইমদা তেকপি ওকহৌদ মচেং য়েনহৌদনা য়োইবু সনা ফম্নাংচান লাইশ্রা খাইরক-কোম অথুপ্পা নোংদা লাইরেন পাখংব। ফমদোংখোং অপিশা য়োইবু থুনেৎ তেমখাংখা মেননোং খাইচা-খা পানবা কৈথিনহানবি হুয়েন লানথিনহানবি লাংগোই শারু তোংনা রাকচিং লৌকোইহানবি কারেনয়াইগী মোনলাং তপ্তাইথক্তদি চৈরৈ য়াকু ভয়ন। য়াতানোংদ। লাংবন খোইমু পাখংবনা থম্বাল লৈরিক তোংবতুগুম্বু চৈরৈ লুখাং খোংমান্না লোকয়াই শিননৌ লশিংতিনগুম য়াতানোংদ। লাইরেন থবাক লিকশিনা য়োইবু শামন তোংথিন্না মিরেন য়াইবি তাচিন্না য়োইবু থরাই পুন্নমানা নুংওন লিতিন্নরিঙৈ চৌংঙু নত্তিক অন্নবু খংহন্দনা লোইরেন নপা মৈতিংঙুগী লাংবন তৌসনা তৌশং য়ি * লিকলা পিশিন য়াইরংচানগুম লাইজ-য়িজা পায়না মপন থংদ। নোংপাললোন কোরৌ নোংথিল চায়বিদি মালং য়াইবি হুমজিন্না হুমচিনখিরবগী য়োইবু হয়শিং মচায়ান তাউজিং মন্ন পললে হায়দবরা ! খোইমোম লাইয়িংথৌ চৌংঙু লাইতিনফম তিনলি লিন্দাউলাই য়াইবি নুংঙৌ পিমাবা কোরৌ নোংতুরেন পাফনবা. নুংনাং চারা-লৈ অহেনবা, কোরৌ নোংথৌ অয়েংবা রাংবন নিংথৌ পানজুম্বা কোরৌ নোংনা উদবা মালেম লয়না থঙদবা নত্তিক য়ুমওইনবা অরাং ফাংলৌ লৈমখোমবা নঙগী নতৌ নশানওন খংঙমদবা নঙনা তুমুং ইরৈ চনগুম নমু উনবি পুক্লিংগুম

* লিক্লা পিশিন য়াইরংচান—মী পুন্নমক্লা তানবা হকচাংগী মচি।

লাইজা ম্নিপাকথক্তা লোইদাম থামি উবহুগুম্ববু নপন মৈতৈ লৈমা থংদা নোংপাললোন অঙোবা চম্নু শেনবি কবো কারাঙমবি হুয়েন চৌথৈরোং-কাবিনা হয়রাং মচায়ানববু মিৎয়েং শানখৈরবগী লাইরেন নপা। মৈতিংঙ তাইপোং লানয়াম থাবা লাংগোই শাচা লোকপনা পুকনিং হরাউ চঙববু কোরৌ নোংখৌ লৈবাকপু শমু খোংনা ফংনা কাবগুম হরাউখিয়ে। নপন মৈতৈ লৈমা থোংনাং নমকুবা শালৈগুমবিদি য়োইবু হয়রাং মচায়ান তাউজিং মরূ পনববু *লোইদাম নিনমাং থানা থাজা মপুং কাথৎলকপহুগুম নাউয়ান পিবুক থনচিনলক্লবদগী য়োইবু অরা হকচোকলাং হুম্মাং উংলৈ-লীকানা চৈরৈ চক্তা থোংনিংদা ঙাংলৌ ফিদাই কাঙনা মালং অচিকথেম য়ারা শিনখোইনুংদা উনবি পুকনিং অতন-চন সনা ভুংলৌকোয় থানচি থাংয়া লীনীঙদা য়েৎতুম পুমনিং থয়নিংদা কোরৌ নোংলেনখিবা খুদিংদা থৌহু মেনবরাগী ওইনম লিনহৌ থিনববু নোংলেন্দা তাউজিং হয়চানিঙববু খুৎলেপ্পা ঙৌথি শোঙকাংনিক হকশাং ময়েংতা কুচ শকথোং তাই চাইকং মচি-লাং খজাই নাকলৌ-নোপ মিৎশাতাম চিনবাল মোইকাইকং তিলং লয়রুম ফক খৌরি ঙককোইচে শিংলি পাফন তিং শরা ভুখো চুং য়ারা খোমলিং কা থিকলেন লৈখোঙহৌ খোমজিন তমফা লিক্লোই থিনগুম খোমলাং চিন্দাই মুনা শরা লৈমায় চোনলকপদা চৌংঙ নঙান অরাবনা ফুরেন পিবুকন্নুংদা থাউমৈ মৈরা থানগুম ইমু শিনয়োমন্নংগা হকশাং পান্দা ফাউনা ঙান্নংতু হকশাং কুরাংনিনা নাউয়ান মপুং ফারবগী তরা খুৎপুনবিনিংদা অরা হকশোক লাংনতুম কাঙৈ ফানীকনা মোংলাং মকাই-থাংবু খোংঙমদবগী য়োইবু মশানৌ চকদা মংশা ঙমবিনা পাউমেনজখিয়ে।

---

* পানথৎলকপা থানা নোংমা নোংমগী মপুং ফাগৎলকপগুম থংদা নোংবাললোন ইবেম্মদি নিংগৌ সনা ইনা মপুং অসুম অসুম কাজিল্লক্তুনা পুককংব, হেজিল্লকপদগী হকচাং চোকথবা হেজিল্লক হুম্মাং কাংবা হেজিল্লক হকচাংদা চৈরৈ কি থোংনিংদা অয়িংবা নুংশিৎ পাম্বা হেজিল্লক্লবদা।

লাইরেন ইশাবি মৈতিংঙু ! শেনবি খাগেমবা ভাউও ! য়োইবু নশানৌ ঐনা হয়রাং ইচা য়াম্না নাউপুনা অসিবু খোইমোম নোংদমখোল করম্ববু নারীগবনো শুম্ভোকয়ে। নদাইরেম * খাবি থিয়াথৌ অমাই ননাউয়োক্তা পাউহংবিও হায়না রাকৎচরবদা লাইরেন শেনবি খাগেম্বনা পাউমেনখিয়ে। লাইরেন ইপা মৈতিংঙু শেনবি মুংয়াম্বগা মমাইবা অকোং থিয়াথৌ নংগা লাইরেন ঐগা খাবা খিয়াথৌ অমাই ইনাউয়োক খোইনোম লাইরমপু থেংক্রা নিংথৌ মাইবা মঙজুম্বা নবিঙাবু লাউও ! য়োইবু ইশানৌ কংলৈ মৈতৈ লৈমা লোইবি কোইরেং অকোংলোককী হুয়েন মারাং চোংফাবিবু কোরৌ মনোংথৌনা য়োইচানবা রাংবন মক-শানা লনকুবগীদমক হয়রাং মচা-য়ান ভাউজিং মরু পনলিবা অসিবু লাইরেন ইপারী চোয়নৌ সনা রাপিহন লাংগোই শায়াংথক্তা সনা কোনখাং মরোন য়াম্ব শাবন লানথোং শীনবা কংলা লাইর পরিঙববু শাংলক্কবরা। ইমোম তমফা রাঙমলোন খুরাই লৈমা লাংগোই শায়াংথক্তা সনা খোকখৈ নমু মরোনয়াংখি রাংগোন লাইরুরা অংংবি থোংবা য়িনলেন খানবিবু ফুইরক্কবরা হায়না চীংঙু অরাংকোন রাংগোন তমপাক লাইনামুংদা মংজংলু-ও হায়না পাউমেনখিয়ে। অমাই মনাউয়োক অনিমানা খোইমোম লাইগী খোমলেন মজংপোৎ পুম্নমাবু শংলৌ খৌরাংখিয়ে। ঙাইথোং তোনবা পাউনাউরুক ( পৌনৌলুক ) মনুং খোমঙনলুক তাংখুন কাউশৌ খুঙমলুক শীঙমিৎ লাঙমিং অথৌববু ফানালূকপু লেংগাথন চীংখোং পোইরৈতোন খুনথোকপা পোইনাউতোন খুনফংলা ভাকুৎতাচেং-লা তৌকাই খুনথোক-লা নুংলক পেংচোই-লা কোবা নুংচিং লা চীংবন লাংওন-লা থাংরাই মুচেং লা কয়হৌ নাউকন-লা পোইরৈ থেরাৎ লা রাংঙম পোংথৌ-লা কৌবরোন চনুতোয় শোইপাই লাক্সেমবিগা খোয়নৌ মতা খোইনাইওম্ব চনুগা পুনুং লাপান ফুরা চামলৌ-লাচেন লা হাউনু তেরা লৌথিবী পাউথিল লা কেগে মমাইবা খম্বা পুখন-নাউ মাইমু খোয়জেন নাউনা য়ুমলক নাইফা লা পনম শন্দাল লা লৈকাই

* খাবী থিয়াথৌ—লাইগী লাইপাউ হায়রবদা ইচং থৌসি।

ফিমু তাইচিং-লা কেগে খোয়বি নৈমা কৈখেল্লেন্দ। চামলৌ লাগা লিংনা পানবা-লা কেগে থেরাং-লা মোইরাং পোংথা লা পোইরৈ অহোং-লা পুংকা লা অতাই য়িরাৎ-লা থেরে লাফান-লা কুম্মৈ পুনোং লা চামলৌ লাপুনশি পুন্নুং লাফৈপক চামলৌ লায়ুং কুইবা খায়বা য়িথোংদবা খোইমোম লাইফম হাঙদববু চামলৌ লায়েন-ঙা ঙৈথিংয়ি অঙৌবা পুরৈরোমবা শীঙকাং নামৈয়েপপা উমী খুত্তা শ্‌বা মখুৎথা চীংথোং পোইরৈতোন্না খুনথোক-ফৌ য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা খুন্নুং লমচা-চনু তোইকি কোনমিংনবি য়াংমোম মহুইরোইনাই লোইমোম ফৌওইবি খাংয়ি ফৌমিং য়ামবিনা য়োইওই-ফৌ নোংপাললোল নোংমোইনু অহোঙবি মদাইরেন কয়ক্রন তেংমাই থিনবনা তরা চাজিং-চেঙ মৈভিংঙ্ লোইনাই খরাম্থাবনা নোংয়াই থোঙলেন মোইথেমচেঙ নোংয়াই অরূবা অতোন তারামবা রাংদৈ য়াংথোং ঙাইবসুং কা-ন-চেঙ মৈভিংঙ্ কিয়ামবা কিয়াম খুনঙম-চেঙ চৌরেংখম মিংনাইবা কান-চেঙ মৈভিংঙ্ শেনবি খাপেমবা থোংনাং লান্দা-চেঙ তেককারাচা ফান-চেঙ লাইস্রা থৈতিং থৈঙা-লা চুমু তাংমা-লা হয়তৌ মুংথা-লা মোমনু চাকথেম চাহাউ-লা অয়ম্বা শান্থ্ৰপ-লা হাউনু পান্দোইনু নৌয়ামবিনা উখা ফম্না-হুম্না তেনহৈ-লা নোংচুপ কোংয়াং অথোবা ফান-লা মোমনু চাকথেম-লাদ। লোইমোম থাদ চীংজেং চামাঙদা ইন্ন-নিঙখন-চেঙ য়াংলৈ তাউবা হুইয়া মানবা তেক্কবা তরা-চেঙ মচংবু লেংগখন চেংঙৌ ফাহাপ্পা য়োইবু খোইমোন লাইরেম্মা রাকচিং হাউকোনবম চনু লেংলেন নুরাবি তাংজা শমপোক থোক্তবি শমলাং চোইকেন্দবি থিংলেন থানাইদবি চীংয়। হুইশোনবদা লাং-য়া নোংশিৎ লাংবদা ফমফমবিগী পিরেন য়াইচিন য়েংলম কিনা রায়রং খোংলেনববু ওইখিয়ে। পিরেন চাইজি ওইরম কিনা-তেং লেংমান্নবিবু শানওনখিয়ে। তাইতন অমেন নিংঙোনম্ন-চা মপারী লাংলেন কোংয়াং রাশা-রী কৌবনা লাংবন খোইরা থাংনা ঙারেন চাকহোনবা খোইঙান মুনজঙববু পাশি খোইদোম লুখ্রাবি খোয়নৌ লাংমৈন্নুনা খোংতাক-খোং রায়রং খোংলেনবগী নোইনু থুমহি অরূবা পুন্নুং

চৈগাই লংবি-চাদি খাগ থা লুরক কাংদৈথোম চিনলেন মোইকাই লেন্না য়োইওই-থুম থূমজা মপানচিদবু নোইমু কাগুপ্পনা লমলেন মহো ফাইপোক-চৌংদা পানব-শিং য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মাগী চাংজো খুৎফাং ৪ মানা ওইখিবা-শিং লুরাং লোইনাই য়াউশা তানবদা খোইমোম মানা ফম্না লৈয়েংবি কোনফম লৈতকপিন। চৌংখোং নামিয়োক লুরাং নশান কন্নরু-ও ! ঐনা পি হায়গুনা। খোয়নৌ ইতা লোইবি ইরৈমাবি থাংশা ডাইখোংনুবি ডামা থমদিংনুবিন। পিন্নকয়ে হায়গুনো হায়না পিথৎ-শিং ফোইজিং কাংবা চন্নু চকশান্নুবিন। মমান লুরাং তপতি তপ্পাইববু য়াইনা-শিং লুরাং তপ্তি তপ্পাইবন। * হারেং হারেং অনৌ অনৌ ডাংনিংশিংন-শিং হাউমন য়েং-ওই খোমফবা ডাইরোং-শিংমিৎ য়েৎনা নমফবা † হাউমন তিকচঙদ-ডাইরোং চয়দা-তাবা মৈতিংঙু লাইরেন নাউথিংখোংনা খানিং মীকোন-শিং মৈতিংঙু শেনবি খাগেমবা মহো খুনঙম-শিং হুয়েন লমশংপু মিংনাইবা ফান-শিংবু শিং-শিং লাকা-য়োম তাউজিং লীহৈচিন অচিনবগা চিনি হয়রাংচানা থুংকোন মনা মানবা মউ খোইমোম লাইনা পামবসুং শীঙলেন লৈপ্পুনশিগা য়োইবু খোইমোম লাইরেম্ম। হেমথু-লৈমা কাথাবী মখুৎথা থোংনাং লানশ লীবনা কলহৌ-হুয় মথোক লাইরা মানবা তঙনা নকপা মন। লা বন ফৌতুবা মানবা, মহয় লৈতাঙ থরো মানবা হয়রাং চানা হোংবা তাউজিং লুনা থুমবা মৈচং কারেনসুং লাংথরৈমা ময়েনথং নুংনাং চমু মখুং-থা কপুই লাংখোংবনা থোংদারগা য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা লৈরোনলৈমা ক্যাংচাইবি য়োইওই-শেন নোংপোক চকলৈ-শেন তপানবা তাংখুন লমপুই খুনঙম-শেন হুয়েন পুরিংবা ফান-শেন মচন-লৈনা তিক্তম-শেন মনিং-লৈমা ওন্নম-শেন * তরেৎ মারাই ইবা শেনচাউ পানথোক থোক্তবা শেনবু লেংগ থিম চাথা খোংলিং-য়েন খুন্নুং লাক-থা পোংনিং-য়েন

* হারেং হারেং=হৌজ হৌজ, থিলহৌ থিলহৌ। † হাউমন তিকচঙদ ডাইরোং চয়দা তাবা=তেকচঙ কায়চঙদবা মনাউ নিংথিবা শিং।

* তরেৎ মারাই ইবা=শেন মথক্সা মাগী লাইবু য়েকপা।

চীংখোং পোইরৈতোন খুনথোক-য়েন পোইনাউতা খুনফাং-য়েন কায়রৈ পুংথি-খেনথি-য়েন লৈমুঙ শোয়বা য়ুংবা লাউবা কায়রৈ মচেঙ-চা চেঙজা ময়েললু য়েনলু ৭ মা য়ৈবা, ফানামবা য়ুমপৎ-য়েন চকথা খোংনাং নাউতুবা পাশা-য়েন তাংখুন কাউশো খুনঙম-য়েন শীঙমিৎ-লাংমিৎ অথৌবা ফান-য়েন মৈতিংঙু শেনবি কিয়াম্বা চকপা খালোই খুনঙম-য়েন * মেৎপা উরাউবা লাকশন চাংলোই অহনবা ফান-য়েন মৈতিংঙু শেনবি মুংয়ামবা চিংখৈ লময়েং-য়েন খোংফৈ য়ায়েক-য়েন থোংনাং তেককারাচা ফান-য়েন কায়রৈবা-য়েনবু য়েনলুম-কা মালেম লৈস্না অঙাংবা কোরৌ নোংলুম-পান অঙৌবা ফৈরোই মংতালাক্তা চেঙঙৌ ফাহাপ্প য়েকম কাংথিম্না তরেৎ শেনদি মরাই-ই, নোইনু থুমদি কাগুম্বা শিং-শিং লাকা-য়োম ফিমু লয়রক শিনা মদাইরেম থিয়াথৌ অমাই মনাউয়োক অনিমানা লমলেন চেংলে রাংগোনলেন রাংগোন তমপাক লয়নামুং লাইরেন ঙাংঙোই য়োইনোংবাগা য়োইহৈতোন তাউথিংমাংগা তুবি লোনজা থুম্বা পাউতোইরম লৈনুং থরারেন অহনবনা মপারী * তাপুং শিং মিংনবদা হুইপি-লৈ মেনসন মেনদোম তোকপা-লৈ খুনঙম-লৈ মেনসনা রাহুই-লৈ চহুই লৈরিক-চিন নিংথৌ মাপল মচিফানা-লৈ লোইদাম য়িঙা চাবি থাদা, শীঙলেন চাপু চোন্না পানবা-লৈ রাংগোন তমপাক লয়নামুংদা নোংথৌরেন শেনবি হরাউ পুক্লিং-চঙ থাঙলেন খুত্তা শন্না কাউরেন মনথোকফানা তেকপি ওকথোং হাংলে। মোংবা থাংঙা লপয়ানকা লাংলেন শারোং পুংমাই-খাদা য়োইবু শরাং য়িথোং হাংনা কোরৌ নোংথাং কুপকুম মোংবা য়ুমজাউ ঙাম নাউনৌরবদা য়োইহৈ নাউকন খোয়রীবিনা য়াউরৌ-শা মকোই তুরেল্ মিংথাংকোই লয়রাই কাংথিন-য়েন নারা খোয়রেন থাঙবু শমু খুত্তা শন্না নারা খোয়রী লেনলে। রাংঙম নাউদা অঙনবা লৌশি নাহাকপনা ইনু শিনয়োমলাবু মালেম ওইনম-ফূদা হাপ্পা থাংয়ি লয়রোন চললে। তেকশি

* মেৎপা = পুক শন্দবা মাইবা।

* তাপুং শিং-মিংনবা=লৈনুং থরারেন অহনবগী মচা শিংদপুং মিংনাইবা

চকনেম তাংনেমবানা তোকফা লাইগামেম হাউওক লোইতান পুংদাইফমদা খোকলাং মিতম য়ুংনা মঙাং * কোরি থরাউচি থোংলেন লমপাউ রাক্না কাষ। পাউতাক্লবদা য়োইহৈ পলেম পিথাংশিনবি থোমলাং নাউরোই-কাবিনা থিকলেন মাইস্নোক্লনা খোমলাং তাচিন য়িনৌহমলে। য়োইবু মংদা নোংপাললোন্দি পুল্লাং পিবুকথনববু লাইজা য়িরোক-ফিদা হয়জিল্লবগী পুললাং পিবুক তিংথগুম য়োইবু অরা পোৎথোকলে। তমপা পুকশিল ভুইথাপলমব মনশা-লীক নাউশেক শাগুংনা চৌংন্নুং থরাকলৈগুম য়াঙনা ফারে ছায়দবরা? তাইবং হৌন-মরমচৎ কোরো ন্নুমিৎ ৪ নি থামবী লোকোন চংখোনলথদা † হাউনা য়েনলাংচান হাউন্নু শোইমোই তাউবি ময়া লিং নোংচূপ হাউরেং কায়বা মথুৎথা শংলো পানথোকরেনগা থাউরেন নিংথৌচন্ত লোকলো পুমমোইচুম শাফবি শংলো পুকচৎ-ঙা লেমলৈ ঙাখা লয়পূবিগা তরা চউমলে। হয়তৌ মংখা-লাংদা হাপ্পা, থামবি মৈহুম গুন্না য়োইময়াই লাইরেন তাউদনববু খোয়মা মাইয়োক্লহললে। থাবা লাংথংচা তাউরোই পূঙলেনগি অছে তেংমাই থিনথনা নোংদা লাইরেন পাখংবা থান্নি জান্নি শোন্নরক্লা হাউমন শিকাইহুনবা নোংয়াই নিংঙোনথংবাচাদা লনকুফি চৈরেন পূককা চাককা-চা অরীবনা ভাইথোম-ফি লেমলৈ ঙারুম মানবনা চেনচেন-কি লিকশং রানা মানবনা তোন্দ-ফি পানবা শাদা কৈরোনফি-দ মিংয়া ফথা মৈতিংঙূ মচা অহনব-ও তৌনা কৌয়ে। অম্মুম কোলোয় মিংথোংখিয়ে হায়দবরা। লাইরেন শেনবি থাগেমবা মপারীদি চেংকোই কূৎকূম মিরোনথোক তাংজা লিলহা লমচংনা থুকলু মালেম লয়মায় শিংনা চেপকৈ লৈথাংমতমলাক নাউচা হৈয়া খোংথাং তম্নবদা তরা চউম্নবা মৈতিংঙূ মদাইরেম থাজা য়িনশূবা য়িরম ঙাথিবনা হাউরৈ লায়না পাংথরম তুরেল লাইজা য়িমরুন্দা লেমলৈ * ঙাহৈতনা তরা চউম্লে।

---

* কোরি থরাউচি=কোরিনা শাবা খোংনবা যন্ত্র। † হাউনা=মনম নুংশিবা মনা অশাংবা নাপী মথল অমা।

* ঙাহৈ=ঙাতেন মানবা থজিক্তুং মফৎ মফৎ লাংবা ঙা মথল অমা

কোরৌ নোংজা খুদিংদা য়োইমরাইনা কাব্দা কামিন্ন। থবি লোইদাম্বনা তানবদা। তানমিন্না নাৱা য়োই-ওইরক্লবদা সনা খোংশি মনিল নাই খুৎশি পানেনহৌ কোনথু নিংথন্না নাউপুববু ওকয়া তেমচিন-শা পুন্নং ফুরিৎ থাউহুক-লিৎ কাংজৈ হুমতং পায়না মোংবা থাংডা য়িমজাউমুংদা সনা তোয়তৌরিডৈ লাইরেন মৈতিংঙু-না শংগাই মাংগোনলোয়দগী চনৌ হুইচিনতুবু কংলা ফমতোংগে হায়না তুবি য়াথোক্লকপদা। লিকলাই মপারী অহনবনা লাইরেন মৈতিংঙু-গী চৈরৈ ফিজি ওংলা পায়না তুবি হৈনা মতুং ইনগে হায়না পাউমেনঙম্ববু লিক্লাই ইপারী-ও! অঙাং নাৱা ওইরিঙৈদদি কংলা ফমদোংববু হৈনা তুংইন-হৈদে হায়না থৌখাম্লবদা মৈতিংঙু মচা অহনবদি লাইরেন ৱাইচিক-চীক অচীকপা ৱায়রংকোন অকোনবা নুঙনাং কাউখং-কোন কাউবি ঘনথোককোনতিংদা উনকোইফমদা সনা তোয়তৌরিঙৈ কোরৌ নোংলাংপান মালেম লয়খারোনগী খোইমোম লেংনা তিনবা পুম্ননানা চীংঙু মালেম অশেমবা খোইমোম কোরৌ অশাবা অপোক অশি নোংদমলিবা নঙনা তাইবং চাকচা মতোল লোম্না পাল্লবদি খোইমোম-লাইরুপ পুম্নমানচিংনা নমুপোং ওইবম্মুং থরাই নিংশা হোনলিবা খৈবিকম্মুং পুম্না মাঙলঙৈনে হায়না মৈতিংঙু মচা অহনবগী লিক্লাই নাকোং থোঙজাউরেন্দা চীংঙু লাইরূপ পুম্নমাগী খোইমোম পাউজেন অরুববু তারবগী লাইরেন শেনবি থাগেমবা মপারী লিক্লাই সনা ৱাপিহনদি মালং কৈনচিন ওই থমকোন নোংলৈ ওইনা কোরৌ কুপ্পুম-কুপ ৱাংবন লংহুম লংন। সনা হকশাং পুৱা খোইমোম লাইওইথিরে হাইদবরা। লাইরেন মপা মৈতিংঙু শেনবি থাগেম্বদি কংলা ফমতোংলুপকী তুবি সনা য়োইকোনম্মুংদা য়াচংলবগা লিক্লাই ইপারী সনা ৱাপিহনদি কদাইনো হায়না য়োইবু লেংনা তিনবিশিংদা পাউহংববু নাতারবগী মপন মৈতৈলেমা থংদা নোংপাললোন কোরৌ নোংথিল চায়বিনচিংনা য়োইহৈ খোংফাং লেংবি পুম্নমাদি তাংজা কাইথংননা তুবি সনা য়োইকোনম্মুং পুম্নমাগী শঙলেন কাপুম খুদিং থিবম্মু থিথংদরবগী য়োইবু তুচাহৌ য়োইহৈ তয়না

মাইচা হুপ্পা কংলৈ য়োইকোনম্নুংগী হিখেল চংলয় খুদিং পামেল উখোংখা থৈবিক খোয়মা নারোমলক খোইমোম লাইফম খুদিংদম্ভুং ঘুমলেম শাইগ কোয়না থিবম্নুং লৈঙমদরবগী লাইরেন মপা মৈতিংঙুনচিংনা মপন মৈতৈ লৈমগা য়োইহৈ শলাই কেংনাতিনবা পূম্নমাক্তুং উনবি পুকথোং হাং পায়মা হুংয়েং চেং ইচাউ পিচা থাংমম্না হুংওন শিমা ওন উনথমপিচা ইরান্না খোয়জি নুংয়াপায় চিনখান মোইকাই লামঙমদা কোরৌ থোয়ন-য়েং রাংবন পাংন য়েংনা হুংওনখিয়ে। লিকলাই ইপারীবু লয়থারোনগী চীংঙ কোরৌ নেংলাংপানগী রাংবন থোথাবনা রাইখৎখিবরা। মালেম লয়শেন্বনা পুশিনখিবরা খোইমোম লমখন ভুমাবা লাইচন মীরোংৎপনা লোংখিরবরা। ভুবি থমলাংব মপনলাই লাইরেন হিরেংপুপানলাই করম্বনা নোংদম মতৌ ওন্থোকপবু খোকহনলবানো হায়না লহানবোং নেংবাল যাউরৈবমগী ভেকপি মঙকচা কায়রে ময়েনচা মেনলাং তনবা শানামুং মানবি ভুরেংকাই অংভৌববু কংলৈ লয়পুংথোক লয়য়া লাংনা য়োশিনখিবহুগুম্ববু লিক্লাই ইপারীবু পুশিনখিরবরা। ইয়ু লাইরেন নাউফংব সনা মহাকথক্ত থাংয়ি নাউফং অহনবনা থাংয়ি য়েকাশোইপাংতা ভাংজ ইকায় নংলুবগী মোংবা শারেং ইন্না খোইমোম লাইওইথিবহুগুম্ববু খোইমোম লাইওখিরবরা? ইয় লাইরেন নাউফংবা মহাকম্নুং ওকলেন লাব থারোনবা ফান শঙ কংলা থোন ৭ পু তাউথঙলম্লবগা পোনবি সনা উচেক ওইনা কোরৌ নোংগাখিবাহুগুম্বব ইয়ু হৈনা মতুংইন্ন কোরৌ নোংগাখিরবরা। ইয়ু লাইরেন নাউখিংথোং মচাংঙম্বগী সনা মহাকথক্তম্নুং ইবেন নোংবাললোন পেতাংঙা লিকলু লৌখিবা ওয়াম শাফাবীনা মোংবা ঘুমজাউনুংগী লপ্লি কাউশাং ইন্না খোইমোম লাইওইথিবহুগুম্ববু লিক্লাই ইপারীবু খোইমোম লাইওইখিরবরা হায়না। লাইরেন অরা মখৈ লৈতনা হুংওনলিঙৈ য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা মোংবা যিমজাউ লৈমা শাফবিনা নমু পোংশক ওইনা হন্থ ময়াই-কা হনবা মরেং চনবিবু ওইনা থমনিং অচন চৈ থমনাং অথোক-চৈ ফৌরা য়েনহোই চৈবু শমু খুংতা শন্না

পাউমেনগুমদে। ইনোংঙাই লাইরেন শেনবি খাগেম্বা ও লিক্লাই নপারী সনা রাপিহনদি মোংবা য়িমনিঙতুংগি থাংঙা কারেন মাদা চঙখিববু পান্দম মশান থিজিক্কুং উরোয়ে হায়না পাউদম্নবগা য়োইবু থোইমোম লাইরেম্মদি চেংলো শকউদনা মালং ফেনচিগুই থমকোন নোংলে ওইখিরে। লাইরেন মৈতিংঙন্না থোইমোম মপাউমেনবু নাতারবগী য়োইবু তানলোয় তুচা- হৌনা মোংবা য়িমজাউনুংদা চীংঙন পাউতাক মতুংইন্না থিরুববু থোইমোম কাংজে মথুংশংগা মানলো মনিংখমগী ওকয়া তেন্‌মে শাবা পুন্নুং নিঙথম মচেংমাগা মালেম লয়দা তানা লৈঙম্ববু তানফংলুরবগী লাইরেন মপা মৈতিংঙন নোংথোরেন শেনবি খাগেম্বা মপন মৈতে লৈমা থংদা নোংবাললোন কোরো ন্নংথিল চারবিগা অনিমাদি লাইরেন মপারীগী পুন্নুং মচেংমাবু নিঙথম খাদা-কোন কাঙজে হুমদং মথুংশংবু শমু থুঙা পায়না পিরেন চায়ঞ্জি নরাঙ-হৌ লাইরেন য়ারা থোঞ্জেল থোক্তা মীকপথিয়ে। লিক্লাই ইপারী সনা রাপিহন ও! নংদি চেংলো শকউদনা থোইমোম লাইওইখিরে। কাংজে হুমদং নথুংশং অরেম্বগা পুন্নুং নিঙথমমচেং অতিংঙাগবু মালেম লয়দা তানা হুনজাল্লমদে। লিক্লাই ইপারী নংবু মৈবি শনলাম-গুই উরেপা চারা ওইম কংলা লাইরা পরিঙ তম্না শাবন লাম্হোং শীনবা নিংপো সনা ইফম শিনগৎবরা হায়বদি শিঙলেন অরেনবা লৈরাং অতিংঙাবু ওইরে হায়না য়োইবু তুচা-হৌ নাইচা হুপ্ন তিন্না লুথুম কানচাউথীন মোংবা য়িমলেন মনিল নাইনা মীকপ্নরে হায়দবরা? থোইমোম মতে-হক চীংঙন মগুন য়াম্বদি হোরেন ইনুং শোইমাইমাদা থাংঙা য়িনজাউনুংগী মোংবা য়িনয়াই থায়না লিক্লাই মপারীনা সনা তোংদাউবগী কোনজোই থোংশিথোনপা খুৎশি পানেনখোনগবু নাতারবগী থোইমোম মশান ওন চীংঙন মতে-হৈ করম্ববু নারীগবনো হায়না উনবি পুকনিং ঙক্লা নিংখন্নরিঙদা থয়োইরোন অতোন লোইয়ুম্বা চঙ য়োইহৈ পাংকা ঙম্বীদা থোইমোম মতিক উৎনা চীংঙন মতিক অরূববু শানফোংপে হাম্নবগী তৌরুরবগা থাবি থিয়াথো অমাই গুমতোংলাংবু ওইনা থোইমোন লাইরেন

লোনহল্লে। থোইমোম মণ্ডন-হক চীংঙ্ মতে-হৈ অমদি রাংঙম খ্বাই শনম নিংঙোনবি হন্নু ময়াই কাহনবা কৌরোং পনপাই নীরা খোইমোম লাইরেন লোন্না থাবি থিয়াথৌ অমাই শুমতোংলাংবু ওইহনলুরবদা রাংঙম খ্বাইশনম (খোইস্নাম) নিংঙোনবি হন্নু ময়াই কাহনবি মরেং চনলদিনা তরেঙ হুংশোল খোংফাং-লয় থাপলৌ মরীন শংনা মোমনু য়ারা শিনথোই তাল্লিঙে শমু মথুংতোনগী শিননৌ মোইথাপনুংদা খোইমোম য়ারা মখোনজেল নিংখিবা লাংবন হারি থোনগুম্বন। চীংঙ্ য়ায়া খোনজেলথোক্ল। পাউ-মেল্লরুববু লাইরেন মৈতিংঙ. শেনবি খাগেম্বা তুবি সনা মখোং-খাদা খোইমোম মপাউ তমলুরবগী লাইরেন মৈতিংঙ্না মদাইরেম থাবি থিয়াথে তেংনাইখ্বিনব। লোইয়ম রাংঙম নাহাতোনবা য়ুম্নাবু পাউকৌখংলে। ইদাই-রেম তোনবা খোয়মোম লাইলম্ব্-ও! লিক্লাই ইপারী সনা রাপিহল খোইমোম লাইওইখিবরা ? অতুনা ইদাইরেম রাংঙম খোইস্নাম নিংঙোনবি হন্নু ময়াই কারবিদা কৌবা লাকশং-শা চীংঙ্ খোংবাল রায়না খোইমোম লাইফম শেম্বিও হায়না চীংঙ্ লাইপাউ মেল্লমলৈয়ে হায়বা অসিবু খোইমোম পাউজেন মতুংইন্না লিক্লাই ইপারীগী চীংঙ্ লাইফম য়াবিশিবরা হায়না পাউহয়বদা হোইদা লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ-ও! লাইরেন নপারীগী চেংলৌ শকপানথোং পুন্নুং লেপ্পানথোং খুৎতম অরুবা মহাকপু শংশং চেংলৌ শকউদরবদি খোইমোম লাইফম শেমফহিরোইয়ে হায়না পাউয়ারমদে। খোইমোম মতে-হৈ চীংঙ্ মতিক অরুবা অমদি লমলেন নোংয়াই লৈশংখোং হাউন্নু খুনজিন মুংওনব। মরমখৈদা খুন্দাবা খোম্মা নুঙমুচাদা খোইমোম মতিক অরুববু তাঙনা খঙহনগে হায়বগী চীংঙ্ মতিক উংনা শানফোংলুরে। খোম্মা নুঙমুচাদি লেমলৈ ঙাতারবস্থুং খোইমোম লাইরোইনবগী রানচেং হোনঙমদনা রাইথুঙলৈয়ে। য়াউরৌ শারম চৎলবস্থুং শারেন পুঙমদনা মরান রাইথুঙলৈয়ে। অস্থুম্না খোম্মা নুঙমুচাদা খোইমোম লাইতারুরবগা লাইরেন নপা মৈতিংঙ্ শেনবি খাগেম্ববু শানখঙহনগে হায়বগী কোমপা ঔরিকোন ঔরি ঔরাকোন্দা লাইরেন নপা।

মৈতিংঙ্গী তুবি খোমলেন মংলানচান্দা লিকলাই মপারী সনা রাপিহন খোইমোম লাইওই খিরবনা লাইরেন ইপা মৈতিংঙ্ নোংথোরেন শেনবি খাগেম্বাও ! লিক্লাই নপারী ঐদি লমলেন নোংয়াই লৈশাংখোংগী খোম্মা মুঙমুচাদা শেলোই ইপাতাউগুম লৈরিয়ে হায়না খোমলেন মঙপাউ চেনলবদা লাইরেন মৈতিংঙ্না খোমলেন মিকপ থোক্লবদা কোৎবা শোইয়ুম শোইফাংতনা মদাইরেম অনং ফিহাইরোইবু থৌশীখিরে। খোম্মা লৈশাংখোংচাবু য়াঙনা পাউকৌরুরবদা তয়ম খোম্মা লৈশাংখোংচা ও ! অসি ঐগী খোমলেন মঙলানচান্দা লিক্লাই ইপারী সনা রাপিহন্না খোইমোম ঐদি খোম্মা লৈশাংখোংচাদা চীংঙ্ লমলোই ওইনা থাইরোইনিয়ে হায়না পাউমেল্লময়ে তয়মও ! থৌরম অরেপ্পা মহাকপু ওইদ-ওইনা ওইবরা হায়না পাউহংলবদা হোইদা লাইরেন কোরো ইনোংথো-ও ! খোইমোম নপারী চীংঙ্ মতে য়াম্বা মহাকনে হায়না পাউথুম্নবদা তরম কোলোয় নয়াথং অসিবু পুকনিং থাজঙমহিরোইরে হায়না পাউমেন্নরিবদা মদাইরেম খোম্মা লৈশাংখোংচাদি খোইমোম লাইরোইনবগী চীংঙ্ উদব খোইমোম খঙদবনা লুরাই কোইরেম্মক্তা তোংনা চীংঙ্ য়াম্না মখোঙ্গেলবু তাইবং নম্ মীরোন থোক্লা পাউমেল্লকয়ে। লাইরেন ইপা মৈতিংঙ্ ! খোইমোম ইঙাইরোই য়িবি লিতিম্নরিবা চীংলেন নোংদাই নিংথো থোংনাং লোইচা খোমবা শীঙলেন লৈচা হেকপা নোংচুপ কোংয়াংরাবু নিংথো মালং অতোঙববু ফনফম্নব। চীংঙ্ লকা ফমজাউবদম্বুং তাউজিং হৈরক অমবু থাউও ! লাইরেন ইপা মৈতিংঙ্ নংগী ননাঙদম্বুং হয়রাং লুকলেন ১ হৈন শেনও ! তরা লুকমাই লেন্না তুবি মালং নোংজুম শঙদা * নোংপোক চংলেশেন অপানবা শমু হকশাংচনবু মাঙদা থানা ভাইথমও ! লাইরেন ইপা মৈতিংঙ্ নংগী কৈরাতাম্দা থোংনা তরা খুৎপুন পিমন্না লাইজা চীনখু য়োংমন্না হয়রাং অশং-য়েং তাউজিং অমুন-থন্না থংমন্নবনা মৈতিংঙ্না

* নোংপোক চংলেংশেন অপানবা শমু হকশাংচনবা—নোংপোক্তা থোক্লিব নুমিৎকী মংশক্না শেনগুম লংনা নিংথিবা হকচাং চনবা মিংশেল।

মানলং নোংছুমশঙদা তরা লুকমাই-লেম হয়রাং মথেন-থৈ নোংপোক চকলৈ মিংয়েংশেন (মীয়েংশেন) অপানবনু মাঙদা থান। ঙাইখয়বদা লাইরেন মৈতিংঙুনা ফৈরাতান্দা খোংনা তরা খুৎপুন পীনা হয়রাং চামন্না তাউজিং থংমন্নবনু চেংলৌ মিংথিলবগী লাইরেন মৈতিংঙুনা হেকঙাই নুংয়েং চেং পিয়েন থকমাদনা কৈর। তানচিন্থকুগী খোইমোম চেংলৌ শকপানথোং লৈরাং অতিংঙাবু তুবি শায়েন য়েংনা-লাম খোইমোম শম্নাংতোনগা-নান খজাই লেংলোই চুথা পাউমেনখিয়ে। ইপারী-ও! কোলোয় নয়াথং নুংঙনবন্থুং নাতারে। চেংলৌ শকপাম্থোং নুংঙনবন্থুং মিংয়েং শানখৈরে। তৌয়িগুম তাইবং নোংশাপান্দা খোইমোম ইপারী নংবু সনা রাপিহনবু ওইনা লাইরেন নপা মৈতিংঙু এগা পোইরৈ চৎরা-হায় রাংঙম নুরা তেয় কংলা লাইরা পরিংতম শাবন লাম্থোং শীনমন্নসে হায়না নুংঙনলিঙৈ খোইমোম মপারীদি মালং কেনচি-ওই থমকোন নোংলৈ ওইনা মাঙখিরবনু চেংলৌ শকপানথোংদি উরোদে। খোইমোম সনা মথোংশি খোংশি পানেন খোনগদি নাঙারোয়ে। হোরেল ইন্নঙ শোইয়াইমাগী লাইরেন খোমলেন মঙলানচান্দা চীংঙু মপারীনা পাউ-মেন্নকয়ে। লাইরেন ইপা মৈতিংঙু-ও! নপারী ঐদি তাইবং নোংশাপান্দদি চেংলৌ শকউনফরোইয়ে। চীংঙু ইরনকুদি পোইরৈ তানথোং মন্থুং-কুই রাংঙম লেমথোং মফৈ-পান্ন তেংনৌ চিতাই-নাইদা মালেম পাংশোয় নীত্তবনু লনকুবিগে। রায়রা শাকুবা হুয়েন লনকুবা পুনশি মথোই তোংবনু লনকুবিগে। খোইমোম নপারী ঐবুতুম ইরুম লমলেন মদাইমা তোল্লোং লম্মইন্দা * কোনলোই শংগাই শানা খোইমোম লাইফম-শেম চীংঙু লাইফম য়াবিও। লমলেন নোংয়াই লৈশাংথোং হাউহু খুনজিন নুংচোনব মরমখৈদন্থুং খোইমোম লরাই ইফমলেনবু ওইনগে। চীংঙু লাইফম শেমবিঙ কায়না পাউমেল্লবদা লাইরেন মৈতিংঙুনা লিক্লাই ইপারী-ও! লমলেন মদাইমা তোল্লোং লম্মহন্দ, চীংঙু নঙনা পাম্ব।

---

* কোনলোই = লৈফম য়ুম; * কোলোয় — মিং।

খোইমোম নকাইফম মহাকপু শমু খোঙনা ফংনা খঙলুসে হায়না। লাইরেন মপামচা ঙাইরোইননা লানলোই হয়িংখোংবু নাতৈনন। লমলেন লম্মহনবু পাউতাকখিস্লে। লমলেন নোংয়াই লৈশাংখোংদস্নুং লাংলেন উরোংখিন্না খঙহল্লবগা থিংলৌ নীঙনা তেনা সনা য়োইকোনন্নুংদা হলবাইরক্লবদা খোইমোম মপারীনা পাউমেল্লময়ে। লাইরেন ইপা মৈতিংঙু-ও! নদাইরেম পোইরৈ খুনচা-মা ওয়ম নাইচা-মাতগী ওয়ম ঐ খায়বিগনো! লাইরেন নঙগী নিংথৌ ফুংকা-নাই ময়ু নোংপাল য়াংখুব; মনোংয়াই থৌরৈ নোংচু অহোংবা খোয়নৌ য়াংগোই নিংথৌবা তোনবা থৌকানাউবু খোইমোম নপাম্নী ঐগী হৈনা ইতুং-থং তুরেন চংলৈ ইনৌয়োক য়োনফোন চারা ইখোং শোমবু ওইনগে হায়না পাউমেল্লবগা লাইরেন মৈতিংঙুদি খোমলেন মিকপ থোক্লবদা কৌবা ইনুং শোইয়াইমদা মদাইরেম ফুংকানাই-শিংবু পাউকৌশিল্লবদা ওয়ম নংখোইগী হিদাক-পাইপুরক্তা তোনবা থৌকানাউ কৌববু লৈবরা হায়না পাউহংববু হোইদা লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ-ও! মখিম নোংবাল য়াংখুব। মনোংয়াই তোনবা থৌকানাউ কৌববু লৈয়ে হায়না পাউখুম্নবদা হয়েং কৌবা নোংগা-শোয় শরা তৈমাঙন চৌংলেন নোংগা ঙানলবদা লাইরেন মৈতিংঙুদি সনা ভুলাই তোংনা মরম তোল্লেং লম্মহন্দা খোমলেন মঙলানচানগী খোইমোম পাউতাক মতুং ইন্না মিথয়েং শানখৈরুববু খোমলেন মঙলানচানগী কোংয়াং উরোং নখিনখনগীবু শংশং য়ুংনা লৈঙম্লবদা লাইরেন মৈতিংঙুনা খোইবু রাঙ্গোই নকাইফমদা কোংয়াং উরোং-পু মিথয়েং শানখৈহল্লুববু কোংয়াং উরোং নশক মানববু তাংনা মরৈঙম্লবগী লাইরেন নসা মখোং-খাদা লাইরেন উরোং অমবু পুনা কোলোয় পাউদম্লবদা লাইরেন মৈতিংঙুনা উনবি পুকনিং হরাউ চঙনা তোল্লোং লম্মহন্দা লিক্লাই মপারীগী কোনলোই শংগাই শানা চৌংঙু লাইফম শেম্লবদা লাইরেন মৈতিংঙুনা খোইমোম মপাম্নী সনা রাপিহনগী-দমকপু খানলৈ পরি-মবু কাপোক লাইথোং শিন্নৌও হায়খিয়ে। লেমলৈ

ঙাখা-চা খোইমোম লাইশোইপাংস্নুং কৈথেল লমগুক্করুও হায়না কনকুজথিয়ে। লাইরেন মৈতিংঙু শেনবি খাগেম্বনা তুবি সনা য়োইকোনস্নুং কোনুং অচনবগী খয়োইরোন য়োইহৈ পাংকাঙমবিনচিংনা মদাইরেম তয়ন ফুংকানাইদ; ময়ু নোংপাল য়াংখুবা মনোংয়াই তোনবা থোকানাউগা তয়ন নাইখায়বিরবদা লিক্লাই সনা ৱাপিহনদি তুলাই লেংজাউ থক্তা নমু পোংবুম ৪ দি শমু খোঙহ্ইনন; নমু পোংলূপ ৪ মাগা শমু পালোইনন; থাঙলেন য়োংথো-ফান সনা চোঙলেনখান লাংগোই শগোল মরি-শিন তরেং শেনফাং-য়ৈ ৱাংলেন মাইফাক পুঙজাউ-থিন পেরে শিংকা থোনজেন চাউ চৈরে ফিরান লমতাই-নাই লাংগোই লৈরেম-কৌ পোইরৈ খুনং-শা লুৱাংববু সনা শাংপোং মঙান্নাই য়োইবু তালোই তুচা-হৌ য়োইহৈ তয়ন নাইচা তুপ্পা পোইরৈ খুনফংথৌ তয়ম নাইফংথৌবু লেংনা তিন্না থোঙলেন য়াইচমবা লোইনাই খুনবি অচঙবা ময়ায় হুইববু খোইমোম কুপ্পুম-বূপ চীংঙু ঙান্দুম-ঙান্না মরম তোল্লোং লম্মহন্দা খোইমোম চীংঙুবাদি মরান য়ুমদারে। মরম লমলেন মদাইমা খোইবু ৱাংগোই মকাইফমদস্নুং চীংঙু লাইফম শেন্না খোইমোম লাইফম য়াবিরে হায়দবরা!

---

# চীংঙু লিতিন চীংগুন-চৈ

চীংঙু মাংতম্নাম খোইমোম নগুন-হৈকপা নঙনা মাচুং থোংফৈ-গুই পামৈল লাইৱা শোয় উ গুইনা পোইরৈ লৈথাক ঙাকলিবা খোইমোম নচে-হৈ চীংঙু নঙম হৈকপা নঙনা লোয়নরিব; মরী লিতিন্নববু ৱাকমনা তেংথারকে।

খোইমোম লাইয়িংথো! চীংঙ্ থোংনাং অরিবা খোংনাং চীংবু তান্না থনবা থোংনাং মানলৈ-চীং নীঙনা কৈশি-চীং লিন্দু য়াংতেক-চীং মেম্দে নিংথৌ শারাবা কৈরৌথ। মেনদোং নুঙগাই-চীং লৈখাম শুমতোংপোক হাউনু লাঙৌবি খাংখোম-লৌবু তান্না থনবা লাইয়িংথৌবু লোয়নরিব-ও! চীংঙ্ নরী লিতিন্নব। অমদি খোইমোম লাইয়িংথো চীংঙ্ হকাকোই মিংথৌ শংলম মঙাহা কাম্ব। শনলাম্বা মমা তিকনা (তিক্লা) পোংনু লৈমচা নিংথৌ শমবুম মহারাবা লৈচিন হিওই-নবা নোংশিৎ নৌওইনবা তাইবং নমু, নমুপোং লাংগোই, শগোন, শামু, শামুক, শনতং, ইরোইদি লোইদাম থাজ ১০ শুন নোংদম্বা য়াংলৈ তাউবা হুইদি লোইদাম থাবুম ৩ শুন নোংদম্বা, হামেং য়াউদি লোইদাম থাবুম ৪ শুনা নোংদম্বা, য়াউরৌশা, তোবপা, কাম্বা, শওম, কৈসুং লোইদাম থাবুম ৩ শুনা নাউপুও হায়না নোংদম্বা, তানু য়েন্দি লোইদাম থাজ ২ শুন; নোংদম্বা খুনু মাম্বিক-তোংদি লোইদাম থাম কোঙ্গাই নোংদম্ব' খোইমোম লাইমিংথুঙম নরম চীংঙ্ লাইরাংলা তানরম্না পুবা লৌখোংচাউ থোংজাউ লাইরোক লেন্দবু তান্না থনবা লাইয়িংথৌবু মচেং হাকম। ওইনঃ লোয়নরিবা লাইয়িংথৌ ও! খোইমোম মঙাইরোয়দি অতুসুং মদোমদে।

খোইমোম লাইয়িংথৌ অমাং কৌবরেন তসুপ্প তুংল সুখাইবা লাইজা য়িথাবা কৌব' লৈমচা, কৌনু লৈমচা ককয়াই ফমদিব শংলে নাকমবা তেকপি, খাউরৌ, তাংলৈ চিংনাইদব ইয়া পনচলম শেকরা তাদনপোকপু তান্না থনবা মরমবি খোইমোম লাইরেম্মা থৌদু মুঙ্গাংলেম' সনা থা-না পানবিবু লুম্নবি খোইমোম পান্নীমবদি কৌনা উরেন-চাইবা

মীওই মপোক্তুপীনা শা, যন, উচেক, রায়া পুন্নমক্নী মখল মংহল নাইবগী মতুংইন্না চংনবী কুমজা থাজ গভ' পুবগী মতম।

শোঙলেন লাম্বাববু পারীনবা থোংনাং শারমপাক ময়াং হাউপৈথেন অবাং চীংপন পনয়াইলুবু ভান্না খনবা লাইয়িংথৌবু লোয়নরিবা চীংঙ নঙাইরোইদি অদুম্মুং মদোমদে।

খোইমোম লাইয়িংথৌ! কৌবরু অম্বুপ্পা খাবা উনশংবা লাইজা য়িথাবা কৌবা চীংথাং-লাং খোইমোম লাইরেম্মা যিফৌ নুঙথংশংবি শুরৌ-চীং কমবি ফিফৌ পানলোইবি লোইরৌ-চীঙ থরাই নমু পোংবুম অচঙববু মুঙবী মনা ছুংনা থরাই পোনয়ান-চীঙ চীঙলেন নাপোম ৩ তিনবা নোংপোক সনাচীংগা নোংচুপ থিঙগ্র চীঙগা কোরৌ নোংমদোন মালং অহুমবা চীংগা থোংনা রাই ফানচম-য়িগা চকপা অংকো-য়িগা পোইরে মৈতে লিনরাই-য়িগী মরুগা চীংলেন নাপোম ৩ মক্কা থোংনাং *মান্দোরিবা ফৈপাক তাবুল লংগুম শুংজিন্নবা চীঙদা রাংঙম্বা লাইয়িংথৌবু লোয়নরিবা -ও! অদুম্মুং মদোমদে।

খোইমোম লায়িংথৌ! শম্বোং নিংথৌ চাউবম্মুং কোয়রেন নিংথৌ শাংবম্মুং কাইরেন নিংথৌ, চীংঙ থাংচিং লাইমরু য়াইবি পনলোই তাবা থৌদু নুঙথোন ৯ থক্তা মুঙনাং শকাং তোংবা চীংঙ মহুই-নিংথৌ মহুই হুইথোকপা ভথেন লাকচিন ফম্বা ময়াং শকাং তোংবা পাঙন ভমপাক কোয়বা লৈমা নোংমাফনবু ভান্না খনবা লিথিং কোনম্মুং কোনমা লোইবা লিরেন কোনম্মুং কোনমা থাবা ঙাম্ম থুম্ম কোনম্মুং কোনমা লোইবা য়াউরৌ শঙ্কি শঙাই কোনম্মুং কোমমা থাবা খোইমোম লাইরেম্ম কাঙগ্র লৈহৌ পোকপি থাউমৈ ৯ থানবি সনা কাচেং লৈরাই ময়বু থাংনপাবি থাংচিং কোয়রেন-লাই মপু লুম্নবা চীংঙ থাংচিং কোয়রেন নিংথৌবু লোয়নরিবা লাইয়িংথৌ-ও! খোইমোম নঙাইরোইদি অদুম্মুং মদোমদে।

খোইমোম নঙাইরোই অমদি থাংরাই মার নিংথৌ ওংচা নীঙমাবা গুকলেন নয়াকা-নবা লাইরেন্না পোংবৈনবা চীংথোং পোরৈতোন্না রায়েন খোথাদরিঙৈ রায়েন খোথাগা হান্না তম্লিবা য়াউরৌ শজিতেং অতেংববু নমু

মান্দোরিবা=পুনশিল্পিবা।

পোংব-চা অমগা মান্নগনে হায়বগী য়ারেন থারুক্না চিংেন কোকথোংননা পানববু থৌদমৰা তাউজিং হয়রাঙচংগা নমু পোংনাউচঙগা পানববু থৌদমবা হে তোংন্নু লিকশি খারোন য়াইশেন, য়াইফৌ, চাচাক, চাকহাউ, চেংমি, ফৌগাক ফৌরৈমা, ফৌনিংথৌ, ইরোই, য়াকৈ, তেকশি, তিকা-পান্দা থৌদমবা লৌরি শিন্থোংলুং খোংবান চামলৌ লালাউ খোংবরক পোরোম নমঙা নকাই-থেং খোংতিন্না মপান হুইতু তুদনা মহয় য়ামচেং কৌরোং-শা উরিৎ শোইবোন লিংহনা চাহৈ-চরোং চিন্না-পানদা থৌদমবা চৌংফৌ, তমফৌ, চম্মিন, মুমলাং, চানান, চাংলৈ, থোইদিং, কাপাক, লিমাই, খোইনাই, থাবি, মাইরেন, শিংথা, শিংথুম, পানফুক, পানফোই, হৱাই-ঙৌচাদি কদাইপান্দা থৌদম্বনো ? নাকতক শারোন-হু পামেন উমৈতুপ শৌঙজঙ উরাই-হৌ খামবি মৈনোং খোংনা পন্থেংবরক্তা হাউনা নারোন শংনপান্দা থৌদম্বা মরুমবি খোইমোম লাইরেম্মা। চৌংলোইবি তমলোইবি তোন পি ঙমবী লৈরাকপগা চাউফা ফাবিবু লুম্বা মপারী মতেঙম্বা মরাম্বা চৌংশোম্বা তোল্লোং খোম্ববু পারীনবা অরাং থাংরাই লাইহনচৌং য়েনলাং লমনুংশি ওকথোক লম্মহনবু তন্না খনবা লাইয়িংথৌবু লোয়নরিব-ও !

চৌংঙ নরী লিতিন্নবা অমদি খোইমোম লাইয়িংথৌ থোংনাং লিশিংচাইবা, লিশিং ১০ চাইবা খোংচা অচিনবদা তানা খনবা লাইজা কোংগোন য়িম ওইনবা য়িরেন চাউকোই লৈবাকপু সনা তাংবন ওইনা ফম্ফম্ববু মথেং হাকমা ওইনা লোয়নরিবা লাইয়িংথৌ-ও ! চৌংঙ লীরী লীতিন্নবদি খোইমোম লাইয়িংথৌ থোংনাং লিশিং চাইবা, লিশিং ১০ চাইবা খোইমোম লীরী লীতিন্নবদি অতুত্তুং মদোমদে।

নোংপোক মালং হুমওইবা লৈচিন খোংকাউনা লুংশিং খুনেংনবা কোরো নোংখা কোয়বা মালেম লয়খা কোয়বা চিথেক ৪ মা মাইকৈ ৮ মা শুংদাই ১৬ মা শিংখাই ৬১ মা লয়রোন নোংলোন'মাদা নোংমনা ৭ লক কোয়ববু অরা হুইরাং শোন্দবা কাউরেন ঙৌবা য়ুমজোংবা মালেম লৈপুংথন কোরো তেংলৈকাউ তোংচেং কায়নৌ থরানপিচাকপু পায়মা মনিংশা

চাকরায়ববু খুৎনেৎনব। টিমেন টারোং শ্রবা সনা লৈখাম তোনলোং চিনবা মিৎয়েং হুমপান লোকপা তাংজা গুককোয়নবা লিনহা খোয়েৎনবা নোংপোক মালং হুমগুইববু মরী লৌতিন্নবা লাইয়িংথৌ-ও! হুপ্পা মপানগী ভার। মরুগী মালেম চেকনিং লৈথৈগী শিদবা মপান্স থাবা, নাদবা মউ লিংব। নঙন। লাইরেন নপা মৈতিংঙু শেনবি খাগেমবগা পোইরৈ সনা লৈবাক গুল্লবদা নপা মৈতিংঙু শেনবি থাগেম্বগ। চীংঙু নংগী লাইজা ইচুননোং লোইদাম থরান-থাগা খোইমোম নঙগী শানফোংথা য়ারা কালেন থামৈ ফাউরকপা খুদিংদা চীংঙু খোংপাল রায়মা খোইমোম লাইপাউ পাউহন্নময়ে হায়দবরা!

— — — —

# মৈতিংঙু তুবি চরাইরোংবা সনা হাক্তকী লাংঙোন-চৈ।

নোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙু পোইরৈ খুনজাউবগা হুয়েন লানলোইনবা য়িংথি লাইজা য়িরিকলাইবু নাতৈনা কবো কাবং শাদা খোশাবা য়িংথি লানয়াম-থাবা হুয়েন চৌকা মংত্র লানথোয়াওবু কায়না হুনবা লাইয়িংথৌ-ও! মৈতিংঙু শেনবি পাইখোম্বগ। হুয়েন লানলোইনবা ছাউরৈ নোংপোকল। পাংবরমগী পাইকোন লমন্নুংশিদা খোশাব। হুয়েন লান্নিগীদি পাইখু নিংথৌ লাকয়। মিংমাইববু কায়না হুনবা লাইয়িংথৌ নঙনা লাইরেন ননোংয়াই নোংথোয়েন তুবি চরাইরোংবা সনা মহাকথক্তা

চীংঙ্ নঙনা য়োইহৈ চিনফু তথেমবিদা চীংঙ্ ঐগী চেংলৌ শকপানথোং পুন্নুং লেম্পানথোংবু মালেম লয়ক্ক মফম-তৌ থোইরু মিতম-লাক সনা কোনফু হয়না ফুরা লাইয়িম শাবিও হায়না পাওমেন থোননী নোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙ্না থোইমোম চেংলৌ শকপানথোং পুন্নুং লেপ-পানথোং মালেম লয়ক্ক মফম-তৌ থোইরু মিতম-লাক সনা কোনলু হয়না কোয়ৌ'মা -য়েং য়াংবন'মা তম্না থন্না শানশেন্নবদা চীংঙ্ নঙবু থাবি খিয়াথো অমাই গুমদোং লাংনা নাথায়, নাতাং, নাপু, নাশেন, খিংনা তাং খিরুগী শোঙলেন চিংবা-থি শিদ-নাদা য়েনপক ফাইপংবা পুংফাই তোনয়াম্বা, লৌহিং নাহাকপা লাইজা য়িরিক লাইশেং থোইবনা থোইমোম চীংঙ্ নঙবু শানদেংলবদা ফুরা লানয়িমন্নুং থোইমোম লাইকোন-হুংদা য়াচঙলবদা নোংয়াই তুবি চরাইরোংবনা মদাইরেম তয়ম নাইহুং-চঙময়ু নোংবাল য়াংথুবা মনোংয়াই থৌরৈ নোংজু অহোঙবা থোয়নৌ লাংমৈ য়াকোন নিংথৌচাগা লোইয়ুম নোংবাল নহ'ক্কা মালেম লয়সনা অঙাংবা কোয়ৌ নোংলুমপান অঙৌবগা চৈরৈ ফিঙৌ হোংনা লনকুঙখিয়ে। মৈতিংঙ্ তুবি চরাইরোংবসুং থোইমোম নরনকুগী রায়রা শান্নুং-ঙাই হুয়েন লানন্নুং-ঙাইবু তানফংনরে! পোইরৈ তাম্বোং ময়ুংকুই য়াংঙম লেমথোং মকৈ পাক্ক: থোয়মা তোনশংতা লাংচেং তোন্নান্দনা পোইরৈ লৈবাক ঙাকলে লায়দবরা !



# মৈতৈংঙ্ পামহৈবা মন্না হাক্তক্কী লাংঙোন-চৈ।

লাইরেন মৈতৈংঙ্ * থোংনাং ময়ামথনা তুবি ফম্মোই মিঙ্গা-কম লাইরেন কমলাং-মৈতোংবদি লাংহৈগুম ওল্লবদা নাপা শিনগুরোল সনা কোনকম তৌ থগী তরা চাহেন মতোন লোমলবদা তুবি সনা মনাশি সনা চীংলাই শাববু তৌথঙলবদা হয়েং কৌথা মনোং শোয়রবগা চূপলেন নাপ্পু ঙাম্না নাশি পূংমায় লেমগে হায়না থম্লিগুঙা কোরৌ অহনোংগী ইনুঙ শোইরাষ্টমদা লাইরেন খোমলেন মঙলানচান্দা খোইমোম উদবা নঙনা পাউমেল্লময়ে। লাইরেন ইনোংয়াই নঙদি পোইরৈ খুননিংথৌ চোয়নৌ সনা কোন-মাপানিগীমা চূপলেন নাপ্প ঙাম্না নাশি পূঙমায় লেমগে থৌরাংয়ে। খোইমোম চীংঙ্-ন্না ঐদি পোইরৈ য়ি-মাপা নঙবগী পিথ্রাই কোনমাচম্বু নাশি পূঙমায় লেমঙেনে। লাইরেন সনা ননাশিংতুবু চীংঙ্ ঐগী ইনাশিবু ওইবরা ! ইনোংয়াই নঙনা নাশি পূঙমায় লেমগবরা ? হয়েং কোরৌ শুমিংমাদা তাঙনা শঙলঙেনে হায়না খোমলেন মঙপাউ চেনলমঙেনে। ইমুং কৌথা নোংগা শোয়রবদা চীংঙ্ পাউজেনথোন অরুববু লাইরেন উনথি পুকনিং ঙক্না ৱারম নিঙশিঙলিঙৈ তুবি নপা কোনথোকলমবু নাম্নৌ ইহৌথনা লাইপোম হানজিল্লক্লবগী লাইরেন উনবি লয়নিঙশিংনা য়োইবু ইশানৌ কংলে মৈতৈ লৈমা-ও ! তুবি সনা ইনাশি নাশি চীংলাই শাথা অসিগী লেলোই থোঙ্গাংবী পাংলে কোনগী লোইদাম কুমথি খুদিং পোইরৈ চাম্নীকুই রাংঙম থোংদোন-শাংন। কৈথোন লমওক লাংমগুনৌ। খোইমোম সনা মথোংখাদা কংনা পুরুমলুও হায়না থৌশীরাগী য়োইবু মশানৌনা খোইমোম সনা মথোংখাদ কংনা পুরুম্লবগা

---

* থোংনাং ময়াম্বা—কাছার লৈবাক, ময়াংবু ঙম্মি হায়বগী থোংনাং ময়াম্বা হায়না মিংথোল্লি।

* চীংঙ্ ভাইবং থায়বা নমু শংশং লোনদিন্নবনা লাইরেন ইনোংয়াইবু খোইমোম ঐনা তৌশিক অরেপ্পা মহাকনে। ইনোংয়াইবু পুম্নাবি নঙনা তুবি সনা য়োইকোননুংদা হুলরাইখিরিঙেদা লাইপোম ইহৌ মঙেং-তানা ফৈভারঙেনে হায়না খোইমোম সনা ময়াখংবু পুনা পাউদমলয়ে। লাইরেন মৈ'তিংঙ্গী নারী ইচঙবা চীংঙ্ খুংতম অরুববু ফাঙমলে হায়দবরা? খোইমোম লাইয়িংথৌ মৈতিংঙ্ মচা য়োইরেনবা নঙগা লাইরেন ননোং মৈতিংঙ্ নোংপোক রায়রুং পামহৈবগা হুয়েন লানলোইনবা অমদি ঐরা তোংদোই নিংথৌ চেংকোই লয়মাবা তরা শঙকা-চীংদা রাঙনবা লাংকু খৌহু লুপা-চীংদা খোদাবনা লমবু ওনচা-চৎ ফুজা রাহোন-না মেংতু লাইরিক খুদোন-শেন য়িংথি রাংমা লাম্না লাইরেন সনা মথোং খাদা থৌশীরকয়ে। লাইরেন নোং! লাইরেন নপা মৈতিংঙ্ তুবি চরাই-রোংবনা মমোম তমফা রাঙমলোন ঐরা তোংদোই লৈমা চকপ মখাউ ঙমবীবু পনথৌ ইপা ইবুংঙ্! কারং মংতু নিংথৌদা কাউজানরময়ে। হৌজিক লাইরেন সনা ইহাকথক অসিদমুং নমোম তমফা রাংঙমলোনবু খামরন ঐঙোন্দা কাউজা-হৌবিরক-ও! পোইরৈ ইঙাইরোই খামরন ঙাইনোংশা অরেপ্পা মহাকনে হায়না পাউমেন-রাগী মৈতিংঙ্ খোংনাং ময়ামবনা লহাননোং লাইরেন ইপা তুবি চরাইরোংবনা ইমান রাঙমলোন চকপা মখাউ-ঙম্বীবু ঐরা তোংদোই নিংথৌদা কাউজানরম্বু সনা ফমবাল ফম্লদে। লাংবন ইঙা লৌখোং থয়গুম থয়থবরাগী লাইরেন ইপা মৈতিংঙ্ তুবি চরাইরোংবনা কোরৌ নোংকাখিরাইদমদা তুবি খুৎচেং হংচি পায়না পাউমেল্লমবা রাবু লৈবনে। পোইরৈ রাকাউদা রাংঙম রানিন্দব্রিয়ে। হৌজিক অনৌবা খামরন মাগী মলোই লোইহাথোগুম ইমোম ঙমফা রাঙমলোনবু পিরকহিও হায়না লাইরেন খোয়বুং মরৌ চাউনা খামরন

* চীংঙ্ ভাইবং থায়বা নমু শংশং লোনদিন্নবনা=খোইমুম লাইদি ওইরগা ভাইবং মীমকা রাঙাংনবনা।

ফু-চা রাহোনববু ইমোম তমফা রাঙমলোনবু মরান মুহোং খোঙতোংপি-রককে। ঔরা নখোয়না চোয়নৌ সনা লুপা হিফোংশা হিন্নুংচং কুম্মৈ লৈত্তেংপোৎ অয়াম্ববু মশাঙ শুনা লমওকঙমও হায়না রাহন্নবদা মৈতিংঙ খোংনাং ময়ামবনা চীংঙ তাইবং খায়বা সনা নখোং-খাদা কাউবি চীগা লূক্না পুরুমজখিয়ে। লাইরেন ননোংম্বাই ঐবু হয়েং খামরন মনিননাই লাংগোইপূঙবু লেম্ববু হৌমন মরৈ-হৌ ঙাইরোং মপাল খেকপবু য়োন্দনা লনকুবিও হায়না পুরুম্নবদা ময়ু খোইমোম লাইয়িংখোগা য়োইবু চিনফু তখেম্বীগা তানখোং অহোঙবা চন্নু চাউবি তোংপুরা অহোঙবি খোকানাউ রাংঙমলোন তোনম্নু শাইখুবি য়োইহৈ মখোয় ৪ মাবু ঙাইরোইননা রাকয়ে খোংজোম্ববু মাঙওইননা হাওরৈ নোংপোকলা পাংবরমদা অরাং ফাৎলৌ লৈমখোম্বনা হুয়েন লান্দাখিয়ে। মহা য়িম্নরু রায়রং লয়হৌপোকপু ফৈন শম তুমু লোকচাউ য়িবু কান্না চোংনা শেনবি তমদা-তা মাকলং কান্ন-চোং অংগো চৌংজাউ শম লিরু ময়িনচিদা খোইমোম লাইয়িংখোদি কোরৌ কুপকুম-কুপ রাংবন ঙান্দুম-ঙান্না খোশাখরবদি ফোংদা হিঙাইবি হিঙাইবস্নুং ঔরা চেকোং মরোংখন লাংকিমু অথোবস্নুং ময়ু মুংয়োং মংত্র নিংথৌগী রাকয়ে হিরাংচান য়াওইবস্নুং লোক্নকয়ে। অহুনোংগীবু খোইমোম লাইয়িংখো ঔরা চঙনা-খোম্বা খামরন লোংকিমু ফাবা *ফোংশা হিয়াম লোকপা লাইয়িংখোও তোনা কোয়ে। মীরা পোংথোক্লম ঔরি শামৈ-থাং লমলেন কোমবিরা তেংনৌ লমদাইথেংপু পুম্না চন্না অছেনবা নঙনা নেংয়াই লাইরেন মৈতিংঙদা পাউমেল্লুও হায়না য়োইহৈ চিনফু তখেম্বীদা পাউত্তাকখিয়ে। লুরাং শিমরিং নোঙ্গাবীনা অরাং কোরৌ নোঙ্গাবরম সনাফান লোকচাউয়িবু নাতৈননা মথান লাইজপূঙবু ঙমলোম্ননা লাংকা চীংমাতোনবু ঙমথংননা খোইমোম খোহু ইখুনেৎ চেংজা তোন-কোনববু মমাম্ন নোংনেম লায়না পাংনা লৈবনে। খোহু অহুবু চীংঙ ঐগী ইকাইফম নোংয়াই লৈশাংখোংদা খোহু লেপ্ন-য়ুং চেংজা লেপ্পা

* ফোংশা হিয়াম লোকপা=হি ময়াম্না খাবক লাক্তনা পোং-শাবগুম শাবা।

খিনখিও হায়না খোইমোম লাইপাউ চেন্‌খবু লাইরেন সনা মখোংখাদা থাহমলুরবনী লাইরেন মৈতিংঙ্‌মা ময়িম খোইয়ুম লাইয়িংথৌগী মদাইরেম লোইয়ুম নোংয়াই নাচা রাকোং লাইয়িং-খেম্ববু থৌশীখিরে। চীংঙ্‌ পাউতাক মতুংইন্না অরাং লায়না পাংবরম মাথান লাইকা-পঙগী থৌহু তোমকোনববু ওঁরি লিয়াই নোপ্পা হোইখেমলুরবগা লাইরেম মৈতিংঙ্‌ খোংনাং ময়াম্বনা চেংজা কাহাপ্পবা অহুবু খাগী কৈরুক খেৎলি মাইবা পুপানখোক্কা সনা চুমবং য়াইতরং হিংঙোন লাকলো-শিন চমেন চিদাই-খোম চোয়নৌ সনা পুম্না লুপ্পা হেনমোইমুং শেনখি ভাইচিংলেন কবো শারেন ভেখাউলৈগী চম্পা ইকমুংবু চীংঙ্‌ মকাইফম নোংয়াই লৈশাং-খোংদা বায়োন লেংনা-তিন যোগি লেংনাফাং কিল্লা অচৈবা * শ্যান শেনখিংবা † নাতিয়া পুঙয়ৈবা লাইরিক য়েংবা পুম্ন-তিন্না খুৎপাক তাবুল-ফূ খোইমোম লাইমিং শক নোংনা ঙমদম-হৌনা থৌহু লেপ্প-য়ুং চেংজা লেপ্পা-খিনলবদা মৈতিংঙ্‌ থোংনাং ময়াম্বনা মদাইরেম লুরাংজাম্ববু লনকুজরময়ে হায়দবরা! নোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙ্‌গা হুয়েন লানলোইনবা শেনখি শোংগুক-ঙম্বা হুয়েন লাখম লানমিংনাইগা মপারী লাকখম তংবা মথোকলকপগা তৈমা মীয়োংখন থৌমান কোংকোন অথৌবগা * পুংগ্রি কিয়োং কম্বা পনচাং লাইরিক তম্বা শেনখি পুম্না হুপ্পা নোংপোক সনা কোনগারমদা কাউরেন খনগু হোইগুম শোংশূক চঙনা খোম্বা লাইয়িংথৌও ভৌনা কৌয়ে। চীংঙ্‌ খোইমোম লাইয়িংথৌ থরা. চেংঙা, য়ুচেং, য়ুহা, ৪ মাবু ওইনা কোয়ৌ নোংভুবা মালেম লয়ফনবা নোংপোক সনাচীংগী ভোঙবম য়াই মরু শিদবদা শেম্ভ্রেং লাইনিং-শা তকুপ পুরৈ মহুমনুংগী লমহৌরকপা লাইয়িংথৌ নঙনা হাউরৈ নোংচুপ্পা পাংবরম শিলোট মপুঙ ময়াদা কম্না য়ুমওইনবা শানতদাস মহন্ত বৈশনোপ বৈরাইগী থোইখোইববু মতম নোংশিং শুরে হায়না চীংঙ্‌ মতিক উৎমা পাউকৌরুইরে। হাউরৈ

* শ্যান=শান জাৎ=কবোগী চীংদা ভাবা জাতি। † নাতিয়া= নটকী পুঙয়ৈবা।

* পুংগ্রি=কবো লম্বোইবা।

নোংপোকলা পাংবরম পোইরৈ সনাপুঙবু বৈশনোপ আচায়া লমচৎ হাপ্না ক্ষেত্রি বংশ শাগৈ লেপহনলুরসে হায়না পাউকৌরবদা বৈরাইগী ঐবু হনু ময়াই-কা হনথা ইরেং চনলে হায়না য়াথং লৌকনজববু ঙমখাংতনা হাউরৈ নোংপোক্লা [illegible] ভক্তি কাউবী চীগ-লুক বৈশনোপ লুদা কৎনা লমঙকঙময়ে। গুন মঙান য়েংনা বৈশনোপ মন্তিক খঙলবদা গুরু খামিচি অথোইববু ওইনা য়োইনা থৌখন্নরে হায়দবরা! চীংঙ্ খোইমোম লাইয়িংথৌগা নোংপোক রায়রং পামহৈবগা হুয়েন লানলোইবা অমদি হাউরৈ নোংপোকলা পাংবরম লমলেন চিবি লোক্লাউপূং য়াথা শনলুংথেন কাকোন নোংদম-য়ি রাংজীং লোকলু-খুমদা থামরন তেংগোল তরা মাকা পোইরৈ মাইয়োক্লনা হুয়েন লানশোক্লববু ঔরা মাইয়োক য়াঙমদবগী পোইরৈ লোইনা হন্না হুয়েন লানজেন তৌগুন্নবদা লাইয়েন মৈতিংঙ্না ময় খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংঙ্ তাইবং খায়বদা লাইরেন সনা খুৎথৈগী চোয়নৌ সনা পুদোপ তমফা লিক্লোই থিনববু কৎনা পুরুমজখিয়ে। ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ-ও! চীংঙ্ নরনকূনা ঔরা খুংথুম চনববু লনকুবিয়ো। থামরন লাংগোই মথুনেৎ পূন্না তিনব-লক্তগী শমু থোইনা লুরাংবা অসিবু চীংঙ্ নংবু নেৎহনগে, খোইমোম নংবু তোংহনগে হায়না পুরুন্নবদা লাইরেন মৈতিংঙ্ কোরৌ নোংশারায়গুম্বনা তুবি লাংগোই খোংওইনা চুংগোই য়াইওইবগী শমু ওইরম শেন তুবি টিমেন মথুংশ্ যুংশিৎ কোয়রেং টাবু টাজিন মৈরী থোক্লা খৌশাবদি থামরন তেংগোন চায়রে। হুয়েন লান্নিগীদি লাকয়ান্দা মুমিৎ সনা লৈত্রেং চিনববু কায়না হুনলে। লাংগোই লেপ্পকাঙবূ-খম তেংগোন চায়বনচিংনা শামু ৩০ লোকপা নোংমৈ ১০০০ খোম্বা শগোল ১০০০ মুনবা লাইয়িংথৌ-ও! নোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙ্গা হুয়েন লানলোইনবা অমদি হাউরৈ নোংচুপ খানা পাংবরম কেগে শীঙজা কাক্তা মোইরাং লাইথা চারৈলৌ ঙাইতে

লৌকোন-দুং থম্বাল নোংশা-রৌ ফেম্না নোংছুমলমদা থোংনা তেংগোন কোইচায়বা ছুয়েন লান্নিগীদি তথেন পমচোম য়াই অথৌববু কায়না হুনবা রামজংগি য়াইওইবনচিংনা নোংমৈ ১০০০ খোম্বা থাওলেন চুমপুন লোকপা চুওগোই ১০০০ মুনবা লিরুং ১০০০ খোম্বা তরেৎ শেনবুং লোকপা য়ামন পূণ্ডজাউ খোম্বা লাইয়িংথৌ-ও ! লাইরেন মৈতিংঙু থোংনাং মন্নাম্বদি গুরু শ্যামীচি য়াইওইবগী য়াথং পাউতাক মতুং-ইন ক্ষেত্রি বংশ শাগৈ-লেপ আচারা লমচং শাগৈ হাপ্লবদা খোইমোম লাইয়িংথৌনা মনোং নোংশীভজংস্থ চিনলক্লবদা চীংঙু মতিক অরূববু খংহনগে হায়বগী খমলাংবা পনলোনগী হৌন-মরমচৎ খোইমোম থরাই পোংশিন মথোঙ লায়না হাংনা চীংঙু লাইয়ুম চঙববু খোইমোম মথৌ কাউহনগে হায়বগী লাইরেন উনবি অরোৎ চঙনা নীঙহল্লুরবগী তন্না চাবু লিপুঙদ মদাইরেম মোইরাং লনহাম্ববু খোয়মা মাইয়োক্লনা চেংলৌ শকউনরে। ইদাইরেম লনহাম্ব-ও ! খোইমোম ঐদি লাংহৈ কুমপুম ও শুনা শেনবি তেখাউ চংলুখিগে হায়না খোইমোম সনা চিনবালথোংগী পানা চিনয়িন্ননা রাহমলময়ে হায়দবরা ! লাইরেন মৈতিংঙু থোংনাং ময়াম্বনা খন্নাংবা পনলোন, ইরেং পুপানলোনগী চীংঙু লাইরুপ পুন্নমাবু খোইমোম লাইফম হাংহনলবদা মন্নু খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংঙু তাইবং থায়বা খোইমোম শংশঙ মহিকশাং সনা পুমতাকোনবু য়ৈথাইরে। চীংঙু লাইফম হাঙনা খোইমোম লাইফম থুগাইরে হায়দবরা ? অতিংঙা কোয়ৌ নোংলোম্বক্তা চীংঙু তাইবং থায়বনা নম্নু মীয়োন থোক্লা পাউমেল্লময়ে। খোইমোম ঐস্নুং তোইবি মাম্নুং কুরাউবা লম্মরক্কী চেংলৌ শংনা মদোম লেপ্লবদুগুম্ববু খোইমোম ঐস্নুং লেম্না মাঙলোইদবনে। পোইরৈ লৈপাক পুন্নমাগী থাংঙা য়ুম্বুম চঙনা খোয়বা লীয়োগে কোংগোই লাংশেমগে হায়না পাউমেল্লম্লবগা শেনবি তেখাউলমবু ইন্দানখিরে হায়দবরা। লাংহৈ কুমপুম ও শুখিরবদা পোইরৈ সনাপুঙদা হলরাইখিবরগা মদাইরেম মোইরাং লনহাম্ববু চেংলৌ শকউনরবদা খোইমোম লাইয়িংথৌদি পোইরৈ য়ুম্লক-চঙনা খোয়বা লীয়োলকলে। রাংঙম অপকমা পুন্নমাদি অমা লাইথুং য়াম্না পোইরৈ

মীশি তোয়রে। পোইরৈ কুমশিং য়াম্না খোইমোম লাইগী থুংতম অরোনববু য়ামশিল্লকলে। তুবি সনা য়োইকোনমুংদমুং খাম্বী মৈপোক-থোক মালেম লৈকম হুন্না শুইনরকলে। আথোয়া ফম্বীরেন্দা গুরু স্বামীচি অথোইবনা * সনখা মণ্ডম তৌরিডৈ তাউজিং হয়শোয় থাংবু লংখরকয়ে। কোরৌ শঙ্গাঃমুংদমুং তয়া চানমখিবু চামলৌ লা-না-য়োম্না মালেম লৈকম হুন্না ফেনথরকয়ে। তরা লুকতং লাংলিডৈদমুং শারেন থাংজি মিতম মাগা ইমু খিকফেন চাইথরকয়ে। আথোয়া কমবি পূম্নমাদমুং খাম্বী মৈপোক থোকহল্লে। লাইরেন মপায়ী চীংখোং য়াইম্নবমুং চীংঙু মতিক খণ্ডহনপে হায়না খোয়বা লীরৌ চঙলবগী ফকলোং চরাই কোনগুম মখোং কোরৌ নোংবু পাংববু হনথদনা অনা লাইপোং ফারে। য়োইবু কংলৈ মৈতৈ লৈমমুং হয়রাং মচায়ান তাউজিং মরু পনলিডৈ খোইমোম খোম্নবা লীরৌ-বাগী † হেরাউনবা না-ফংলে। নাকোং থোঙজাউরেন্দমুং শরীক খীং-খীংকোন মোইবুং খিনকামখোন বাংলেন পুঙখংখোন য়িরোক য়িরাউ খোনগবু নাতারবগী মদাইরেম নিংথৌ মমাইবা মোইরাং ললহাম্ববু অনা খুংতম য়েংহনবদা খোইমোম লাইগী থুংতম ওম্হোকপা অহুবু লাইরেন সনামখোং-খাদা পাউদমলয়বগী তুবি কলহৌনীক লাইরেন থাংশাপাম্না পাউহংলকয়ে। চীংঙু লাইগী থুংতম অরেম্না মহাকনে হায়রবদি নঙনা মতৌ করম তৌনা কহনগবা। অনা থুনা লাইকোকহনলো হায়না লাইরেন য়াইবি কলহৌ মীক্লা পাউহংলবদা হোইদা লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ-ও! তুবি সনা নয়াখংগী য়াখং মতুং ইন্না নিংথৌ মাংওই থানা চঙলক্লবদা মমু খোইমোম লাইয়িংথৌ তাইবং নমু শংশঙ লোনদিনবনা নদাইরেম ঐপী নাকোং থোঙজাউরেন্দা মালং অহুম-পাউগুম য়াহন্নবদা খোইবু বাঙ্গোই মকাইকমগী চীংঙু থৌহু মখুনেং চেংজা মকাইকমবু থৌহু খুভম হোংনা ইনথুরববু তুবি সনা য়োইকোনমুংবু তাম্না পুখংপিরুরবদি

---

* সনখা মণ্ডম তৌরিডৈ = নুমিদাংয়াইগী লাই খুরুমলিডৈ।

† হেরাউনবা না ফংলে = নাহেবগা লোয়ননা অনাবা য়োনা নানয়ে।

ফঙৈনে হায়রম্লয়ে হায়না খোইমোম লাইপাউ তম্লবদা তয়ম কোলোয় নয়াথং অসিবু থাজহিরোইয়ে হায়না গুরু শ্বামিচী খোইখোইববু খোইয়ুম লাইগী খুৎতম য়েংহনগে হায়না য়াঙনা পাউকৌরবগী তুবি সনা য়োইকোনন্নুংদা রায়থুংলবদা শ্বামীচি গুরু অখোইবও! লিক্লাই ইপারীসুং য়োইবু ইশানৌসুং অনা লাইপোৎ ফারক্লবগী মিৎয়েং শানথৈহনগে হায়না পাউকৌবনে হায়না পাউমেন্নরিঙৈদা চীংঙু খোইমোম লাইয়ি থৌনা অতিংঙা কোরৌ নোংলাংপান্দা চীংঙু মকাই নুংঙনবা মালং চয়রোয়ননা লাউথরক্লবগী গুরু শ্বামীচি অখোইবনা চূপলেন নাবু য়ুংনা পাউহংলকয়ে। লাইরেন শেপোক ইপারী বৈশনোপ থোংনাং ময়াম্ব-ও! কোরৌ নোংলোনথক্তা খোইমোম য়ারা খোঞ্জেল থোক্লা পাউমেল্লবা অসিবু থমলাং নপালাই ইরেং নপুলাই করম্বনো? চীংঙু কোলোয় মমিংথোংসুং করিবু কৌবনো হায়না পাউহংববু লাইরেন মৈতিংঙুনা ইদাইরেম মোইরাং ললহামব-ও! শ্বামিচী সনা মখোং খাদা খোইমোম কোলোয় মমিংলেনবু খঙহলও হায়না পাউমেনরাগী মোইরাং ললহাম্বনা খোইমোম লাইমিং খঙহনলুরবদা শান্ত-তাশা মহনতা খোইখোইবনা শমু মথুৎ লোন্না তাংজা কোক্তা-হাপ মচিন রাম রাম শোন্না পাউমেল্লকয়ে। লহান বৈশনোপ ঐগী ফম্বীরেন শিলোট মপুংয়াইদসুং কোরৌ নোংলাংপান্দা য়ারা খোঞ্জেল খোক্লা পাউমেল্লায়ে। শানতা-তাশা মহনতা বৈরাইগী লমবোইবও! হাউরে নোংপোকলা পাংবরম পোইরে সনা লৈবাক্তা চৎচেমসে হায়না পাউমেললববু হোইদা খোইমোম! চেংলৌ শকতুসুং উদহবু হন্নু ঐবু ইয়াই কা হনব ইরেং চনলে। চীঙলেন অঙম কানা য়িরোক লাইচম লানঙম্লরোইয়ে হায়না * রাকনববু রাকনফদবগী পোইরে নপুঙরাইদা ইন্দাল্লকয়ে। খোইমোম য়ারা নখোঞ্জেল অসিবু শিলোট ইপুংয়াই আখায়া কম্বিরেনগী কোয়ৌ নোংলাংপান্দা লাপ্পা পাউমেল্লবা য়ারা খোঞ্জেললেন অতুনে। চীংঙু নতিক অরুবা * মহা বিস্নুনু খোইখোইবা

* রাকনববু = রা থক্তোকপবু। * মহা-বিসুনু = মহাবিষ্ণু।

আনাদি আদি পুরুষ অহানবা য়ারা থোনজেল লেম্না চেংলো শকথোং ওইনা চোংথোকলয়ে হায়বগীবু খোইমোম কোলোয় মমিংথোংবু অহানবগু তৌনা কৌয়ে। চৌংঙু মঙান অচৌবনে। খোইমোম লাইকম শেম্ চৌংঙু খুভম য়াশে হায়না পাউমেনথোনবু নাতারবদা লাইরেন মৈতিংঙুনা অশাইঙৈগী মদাইরেম মোইরাং ললহাম্বা কোলোয় মপাউমেনবু রাকাউদনা। তুবি রাকয়ে মথুংমেং তোংচেং শামুরোকপনা খোইমোম থৌঙ্ মথুনেংপু লৌরুরবগা ভোংচেং * হিচাকাং মাঙদা ফকলোং * চরাই থনবা রাইথুংলবদা লাইরেন মপারীসুং মালেম তমপাক লয়তা-তারে। মপন মৈতৈ লৈমসুং অনা লাইকোকলে হায়দবরা! লাইরেন মৈতিংঙুনা চৌংঙু মভিক অরূববু খঙলবগী মযু খোইমোম লাইয়িংথৌগী চৌংঙু লাইকম শেমহৌগে হায়বগী পোইরৈ লৈবাক কোয়বা পুম্না ভিন্না গুরু শ্বামিচী য়াউবা আচার লমচৎ রামান্দি ধরমা অথোইবসুং থাদোক্লুনা ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌবু শকথোং শংশঙ লেপা কোরৌ অমরক লনশাহৌসে হায়না সংকল্পা রাশঙ্কগে হায়বগী হুমলেন মঙম-হৌ আগর চন্দোল শিঙ ওইনা বনখোম য়িয়াইনুংগী য়িশেং থোইববু তুবি শমু খুংতা লোনা লাইরেন ঐদি অসি কোরৌ নুনিংমখেগী গুরু শ্বামিচী মপাউতাক রাম নাম অথোইববু নত্তনা খম্লাং পাপনলাই ইরেং পুপানলাইবু নীঙলরোই হায়না লাইরেন শমু মথুংশনা য়িশেং থোইববু হুমলেন থাম্বী মৈনুংদা হৈজিনলবনা মদাইরেম পোইরৈ লৈবাক পুম্মাদি রারম হৌনরকপা খোইমোম উদবা মিংলেন চাউখিদরবগী পুক্লিং অরা-চঙ মিংলেন ভনবি ফত্ত-মাঙনা লৈরিভৈদা খোইমোম লাইয়িংথৌ চোয়নৌ সনা চীতোংলেন থোয়দোংশং মনিকলেন য়ায়রং লৌখিং তেনহৈবনা য়াইবী মনুং হৌনা অরাং নোংমদোনগী কোরৌ নোংশৌংজঙবু ফেনথরক্লবদা লাইরেন মৈতিংঙুগী লাংলেন তাংতনববু চোংথোরুবু শম্না ফুরা লাইয়িম নাকী তলা উমিৎ লোইনা মহয় শাশম পুবা খৈবোং ঙুংজানববু পামেন তনথাই লৌনা হুনখাইয়ে। পোইরৈ

হিচাকাং=তিজগাং=হিথাংফম। * চরাই=ফক।

লৈবাক পূম্নমাদি ৱায়রা ভেন্থাখোন্না মালেম লয়ফুপাক চোইতাইতুরিঙৈ খাম্বী মৈৱিক চোংথোকপনা চৈরৈ ফিয়াম চাল্লববু গুরু খামিচী থোই-খোইবনা মংগোন শেনফু হুংগী লাইন্দা থিককেন চাইনা খাম্বী মৈবু মুৎতময়ে। লাইরেন মৈতিংঙুদি উনবি পুকনিং ওক্স। কোলোয় শঙ্গাই চঙখিয়ে। গুরু খামিচীসুং মর'ন ফমগুমখিরে। তুবি পায়মা উনকোয়-হুংদা অসাইঙৈগী খোইমোম খুংতম মতৌ ওনথোকপা নোংথি চীংলুম হৌদনা চীংঙ্ খাকপা মতেনচাবু ফেনখরকপা অসিবু ইযু খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংঙ্ তাইবং খায়বা নহাক্কী খোইমোম লাইগী খুংতম অরেপ্পা মহাকপু ওইরবদি শংশঙ চেংলৌ শকউননা পাউমেংসে হায়না সনা ফম্লাংচান্দা য়াতাখিববু খোমলেন তুমকন তানলিঙৈ চীংঙু মৈবী হানতোংবা খোইমোম য়াইবী হুমজাউবদি চৈরৈ ফিঙৌ-শেৎ সনা মহিকশাংবু ৱাহোং তুরৈ চুদান; লাংগোই শগোল জঙৌববু থোংওইননা কোনলোই শংগাইনুংদা ফুজিল্লকলবগী খোইমোম শউমখোনবু তাঙমদনা য়োইহৈ খাম্বী মৈৱীংবী শরি হয়া-ৱা খোম্থোক মিপাই লাইখংননা পাউথোক্লবগী লাইরেন মৈতিংঙুদি সনা কাংখম্নংগী থাঙলেন খুত্তা শ য়াম্না খোনলাউনা চোংগোল্লবদা লাংগোই শয়াংথক্তগী খোইমোম শংশঙ মহীকশাংবু চেংলৌ শকউনরবগী লাইরেন মৈতিংঙনা মালেম লয়দা তুনা পুরুমজরবদা ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ-ও! নংগী চীংঙু নতিক অরূবরু শংশঙ তাঙনা থঙলে। তৌয়িগুম রামান্দি ধরমা অথোইববু হুনলানঙম্লরোইয়ে। ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ নংবুসুং হায়না বামোন লাইওইববু শংলৌ মেরায়দনা ইরাৎ পুরুমজববু হোইয়াবিদে হায়না পাউমেনজববু চীংঙু তাইবং খায়বনা নাতারবগী ইনোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙ-ও! ওরা চাপুন'মা তাউজিং হৈপুন'মা শীঙলেন লৈপুম অমত্তবু ওইরবসুং * উনবি পুক-পিনা কৎচরবদি

নোং মংদনা অখাক অরাউ নোংমৈ শীজং তারকপা অসিবু।

* উনবি পুক পিনা=পুক্লিং লয়তানা, পেন্না।

খোইমোম পুক্নিং-পেন হরাউমথৈ নৈতনা য়াজৈনে হায়না খোইমোম পাউখুমখোনবু তারবগী মৈত্তিংঙুনা হরাউ পুক্লিং মতোন চোংনা হরাউরে। চীংঙ্ তাইবং খায়বস্তুং মালং যেনচি থোইনা খমকোন নোংলৈ ওইখিরে হায়দবরা! মস্থু খোইমোম লাইয়িংথৌবু সনা শঙ্গাইনুংদা তন্না চৈরৈ ফিজৌথন শিঙলেন লৈয়াম হাপ্লা খোইমোম লাইফম য়ৌবদা হয়েং কৌবা মনোংশোইবদা য়োইবু ইশানৌ কংলৈ মৈতৈ লৈমস্নং শেনবি পাইখু লাম্বাবিও! ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ মত্তিক শুমকদবা চীংঙ্ তাইবং খায়বা অসিবু খোইমোম লাইফম য়ানা চীংঙ্ শংশঙ লেপ্লববু শংলৌ করম থৌরাংশিবনো হায়না রাতা-নরবদা য়োইবু মশানৌনা লাইরেন কোয়ৌ ইনোংথৌও! তুবি সনা নয়াথং অসিবু য়াথং অরেপ্পা মহাকপু ওইরবদি লহানোংগী খোইমোম শংশঙ মহিকশাংবু য়োইবু নশানৌ ঐনা য়াৱা পুকচাউনুংদা হাপ্লা লমলেন লিনতু লৌথোং পাৎ পুখ্রি লাইজা ইয়োক কোমগী চীংঙ্ লাইকোননুংদা লোৎনা ৱাৱী লিয়ে হায়না পাউতাক্লবদা য়োইবু ইশানৌও! নঙদি পায়মা করম লৌশিং থোইবনো হায়না লাইজা ইয়োককোমগী খোইমোম শংশঙ মহিকশাংবু লৌথৎলুরবদা লহান্নোং নুংথং লুরোই থানা য়ৈথাইনোংগী চীংঙ্ সনা মহীকশাংবু শেমহৌরবগা ময়িম খোইমোম লাইয়িংথৌনা লাইরেন খোমলেন মঙলানচান্দা ইবোংয়াই লাইরেন মৈত্তিংঙ্ নঙনা চীংঙ্ লঙজ ইতিক লৈতনা তালোই ইতুখোম তয়ম ইন্না লৌয়ে। খোইমোম ঐবু চীংঙ্ লাইফম শেন্না কৌবা লাকথোং কাহৌগে হায়রবদি তুবি নঙগী য়োইহে লেংনা তিনবিরক্তা রাকচীং লৌকোইহল্লিবী মাইচৌ নোংপাললোন অঙৌবা চন্নুনচিংনা তালোয় নতু-থায় তয়ম নাইথাইবিও হায়না পাউমেল্লবদা লাইরেন খোমলেন মিকপ থোক্লরুবগা কৌবা ইন্নুং শোয়রবদা হেপি থংদা নোংপাললোন পায়মা ক্লুংজংবিনা য়োইহে ফমলূপ ৫ মাদগা চেংলৌ শককোয় হেনবীশিংগা মদাইরেম লাইফম শঙলেন মনিল নাইবদগী লোঈয়ুম ৱাংঙম থরীবা নাহা ফানজাউবগা থাফম শঙলেনম্নাইগী অতোন নোংয়াই নাহা লুৱাং

লাইশালাকপগা লোইনাই অহল্লুপ শঙগী লোইয়ম নোংম্লাই নহা মুংগ্লাং হাউবিজাম-চাগা লোইনাই নাহারুপ শঙগী কেগে মোইরাম্বা-চা তারা য়াইখুবগা মখোই ৪ মানাচিংবা মৈতিংঙু মদাইরেম ফৈদা নাইফা থোঙখৈবগী লীচৈ তারান লোংদংগা তয়ম নাইয়াম থায়না ময়ম তোল্লোং লম্মহন্দা কোনলোই শঙ্গাই-শা খোইমোম লাইকংলাবু তয়না শেল্লা তৌথঙলবদা লাইরেন মৈতিংঙ.না তুবি সনা য়োইকোনন্নুংগী হুল্লাই লেংজাউথক্তা চীংঙু মতৈ মনাউবু সনা চোঙলেম লাংগোই ময়ী-শিন ফিরান লমহাইনবা কামায় নোংমৈ খোঙ্গেনচাউ পোইরৈ পূম্ন-তিন রাংঙম পূম্ন-হুপ য়োইহৈ খোংফাং-লেং রাংলেন মরাঙ-হৌ তোল্লোং লম্মহনগী চীংঙু লাইকং লাদা রায়থুংলবদা * কৃশনা কেশোপ লাইওনববু † পূচা ইরাৎননা য়োইনা থৌথল্লরে হায়দবরা! নোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙুনা খোইমোম সনা মখোংখাদা মুকমু লৈভোন কোন্না পুরুমজখিয়ে। ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ-ও! নদাইরেম থুনকং ১০ তাবনা খোয়বু মচীন-তুম শায়বা ময়া শানা লোইবি ম্নুংকন্নরবা অসিবু হেম্বা মপুংতাক লোইবি মরাই কায়নববু য়োন্দনা লনকুবিয়ো। মরীং লমলোং থুনকং 'মাবু খোইমোম সনা নখোংখাদা লোইকাহনগে হায়না লনকুজরবদা লাইরেন মৈতিংঙুগা হুয়েন লানলোইনবা মরীং থুনবিরোক চাখা য়াবিরোক থুনবি চৌংদা কাবা পম্বেংথবদি মরীং মরাই কায়রে, মরান থুমবি মৈমাংচন হুয়েন য়াইশিং মুৎনা পম্বেংলে। অহুনেংগীবু মৈতিংঙু থোংনাং ময়াম্বা হুয়েন লানলোইনবা চাখা মরীংঙম্বা থুনবি নোংচেং থুনলাকপা মাইরং য়াইশংবু কায়না হুনবা লাইয়িংথৌ-ও তৌনা কৌয়ে হায়দবরা! খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংঙু নরা লীচৎতবা নঙনা নোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙু গরিবনিৱাজ নোংপোক রায়রং পামহৈবনা চীংঙু রাম নামুংববু ‡ থিয়ান পুক্লিং লেপ্পা কোরৌ লনশারিঙৈদা নমু শংশঙ মিরেন থোক্লা পাউমেল্লায়ে।

* কৃশনা কেশোপ=কৃষ্ণকেশব। † পূচা=পুজা। ‡ থিয়ান পুক্লিং লেপ্পা=পুক্লিং চপ য়ুংনা ধ্যান তৌনা। পুক্লিং চপ য়ুংনা অরাংবা কোরৌ থকী লাইবু নিংলিঙৈদা তাইবং মীপী শকওং ওইনা থোক্তুনা য়ারা খোঙ্গেল থোকনা তাকপিররে।

ইনোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙু-ও! হিদাক পাইপুশঙদগী পাই পুহনবা তেংমায় থিনবা ঙাংঙোই খোইনাই য়িমথংবা মনোংয়াই লোইয়ম মায়তেক ঙাংঙোম্ববু তয়ম ইনাই ওইগে হায়না পাউমেল্লববু নাতারবগী লাইরেন মৈতিংঙুনা খিয়ান পুক্লিং তোক্লবদা মদাইরেম য়োইহে খোখনলোই নাকথং ইরুম্বীশিংদা য়াঙনা পাউহমলকয়ে। হৌজিক তুবি ইমাঙ শংশঙবদা কোলোয় য়াথং থোক্লা পাউমেল্লম্বা অতুবু কনানো? চেংলৌ নংখোইবু শকথঙলোবরা হায়না পাউহংববু নাতারবদা নদাইরেম ইথোয়দি চেংলৌ মশকতোনসুং উরৌদে। য়ারা মখোঞ্জেলসুং নাতারৌদে হায়না পাউমেল্লবদা লাইরেন পায়মা উনকোয়নুংদা নীঙখনখিয়ে। ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংঙু তাইবং থায়ববু নারৗঙনে হায়না মদাইরেম হিদাক পাইপুহনবা মায়তেক ঙাংঙোম্ববু শাগৈ মচেং পাচামশিংগা খোইমোম সনা মখোংখাদা তয়ম নাইখাইবিরে হায়দবরা! পোইরৈ তাম্হোং ময়ুংকুই রাংঙম লেমখোং মফৈপাক মুংঙাই মরাং কায়না পানফরবদা পোইরৈ সনা পুংবু হিনতু আচার লমচৎ-হাপ ক্ষেত্রি বংশ শাথৈ লেপ্লবদা মাগী কম্বিরেন শিলোট মপুংয়াইদা হলরাই-খিরিঙৈদা গুরু শ্বামীচি অথোইবগী ফম্বি ঙাকলৌবা ভগবানদাস, নারান-দাস লমবোইবা ২ মানা পোইরৈ লৈবাক পূম্ন তিল্লি-ঙৈদা লাইরেন সনা মখোংখাদা রাহমলকয়ে। লাইরেন মৈতিংঙু খোংনাং ময়াম্বও! নয়ু খোইমোম লাইফম য়ারবদি রামান্দি ধরম অরূবা অসিবু কায়খিরঙৈনে হায়না পাউমেন খোনগী নাতারবগী লাইরেন মৈতিংঙুদি খোইয়ুম নোংদমখোন অরোনবনা লমবোই ময়াথংগীবু য়ারা মহুমনুংগী লমহৌরকপা ময়ু খোইমোম লাইয়িংথৌবু চীংঙু লাইফম মাঙনা খোইমোম লাইফম চাইখাইরবদা য়োইবু কংলৈ পিমাবি পাইখু লাম্বাবিনা লাইরেন মশাবিবু শান্তাক্তনা খোইমোম সনা মহিকশাংবু য়ারা পুকচাউনুংদা হাপা শিন্নৌ লশিংকৈগী কয়মা, রাংদৈনুংদা রারীরবগী খোইমোম য়াইবি কলহৌনীক্ল। তুবি সনা শংগাইনুংদা মলহৈগুম হুন * থাঙলাবু য়াংলমদা।

* থাঙলাবু=থাংঙবু।

য়ুমজাউ থাম্বি মৈপোক থোক্না থোইমোম অরোন গুংতম অরুববু শানকোং-লবগী শিলোট মপুংয়াইদা লৈরিবা শানতাদাস মহন্তা গুরু খামিচৌ অথোইবগী * থারোন লাইমিং অরাবনা উরবদা য়াওনা পোইরৈ সনাপুংদা হুনরাইরক্লবদা লাইরেন মৈতিংঙুনা গুরু সনা মখোংথাদা থোইমোম লাইফম চাইথাইরবরাগী পাউদমখোনবু নাতায়বদা বৈশনোপ য়াইবিমখুং-হৌ তিল্লাং মখোয়-শাউ য়াথং মরী থীম্না রাইক্লকয়ে। চীংঙু মালেম লৈশেমবা থোইমোম কোরৌ নোংদম্বনে. মাঙফারোইয়ে হায়বগী চীংঙু লাইফম-শেম থোইমোম লাইফম য়ানা থম্লম্বু লম্বোই নরমচংপু নত্তনা চীংঙু লাইফম হাওহল্লমরে হায়না * ফকপান তাশা † নারান তাশা ২ মাবু পোইরৈ সনাপুং অসিদা লৈহল্লরোই হায়না তানখোক্লবদা লাইরেন সেবোক মপারীদা চীংঙু লাইফম শেম্না য়াহৌসে হায়রবগী লাইরেন মৈতিংঙুনা তুবি সনা য়োইকোনবুংদা চৈরৈ ফিঙৌ-খন থোইমোম লাইফমশেম শিঙলেন লৈয়াম হুন্না য়াহৌরবগী মদাইরেম মোইরাং ললহাম্ববু পাউকৌথংলে ! তয়ম নঙবু চীংঙু য়া-নব। থোইমোম থংববু ওইয়ো হায়না চীংঙু লাইফম য়াববু শমু খুংশিন্নরবদা মদাইরেম মোইরাং ললহাম্বনা মরান অরামরাংবা য়ুমদা চৈরৈ ফিঙৌখন শিঙলেন লৈয়াম হুন্না থোইমোম লাইফম য়ারুরে হায়দবরা ! লাইরেন মৈতিংঙুনা য়োইবু ইশানৌ কংলে মৈতৈ লৈমাবা-ও ! ইয়ু থোইমোম লাইম্নিংথৌগী শকথোং হকশাং হয়নববু শংলৌ করম থৌরাং শিবনো হায়না রাহমখোনবু নাতায়বদা য়োইবু মশানৌনা লাইরেন কোরৌ ইনোংথৌ-ও ! তুবি সনা নয়াথং অসিবু য়াথং অরেপ্পা মহাকপু ওইরবদি তুবি সনা মহিকশাংদি য়োইবু নশানৌ ঐনা য়ারা পুকচাউনুংদা হাপ্পা কয়-মা রাংদৈনুং শিনৌ লশিং কয়দা শানথুপলিয়ে হায়না লৌথোকলুরবদা লাইরেন মৈতিংঙুনা চেংলৌ মিংথিংলবগী য়োইবু ইশানৌ নঙদি পায়মা লৌশিং-থোই উনবি মচাক

* থারোন লাইমিং অরাবা=লাপ্পা য়েংবা মিংয়েংনা উরবদা।

* ফকপান তাশা=ভগবানদাস, † নারান তাশা=নারানদাস।

ছোময়ে হায়না থৌজান পাউমেন্নরবদা তৌয়িগুম ইয়ু খোইমোম লাইয়িং-থৌগী চেংলৌ শকফম মহিকশাং অসিদি লঙজ চৈজেন নংয়াময়ে। খোইমোম শকথোং মহিকশাংবু মালেম লৈরু মফম তৌনা অমরক হয়হৌসে। পোইরৈ লৈবাক পুন্নমকপু শমু খুৎথুমচন্না মালেম লৈবাক ভাকপা খোইমোম লাইয়িংথৌনে। য়াইফ মহয় পান্নবা থাংভা য়িমবৃরেন হাঙদনা তরেৎ শেনখায়হল্লো হায়না ব্রাহ্মবদা লাইরেন মৈতিংঙুনা মদাইরেম মোইরাং ললহাম্বা মরানয়াই মরম তোল্লোং লন্মহনগী তুলাই লেংজাউৎক্ত সনা চোঙলেন খান খাঙলেন য়োংথৌকান লাংগোই মরী-শিন ফিরান লমহাই-নাই রাংলেন মরাঙ-হৌ তরেৎ শেনফা-য়ে পেরে শিঙ্গা খোঙ্গেলচাউ, থোপথি রাকতং খোং কংল। পুংদোং-য়ে খাবী লেংনা ফাং অমাই নাকলৌ শীন চামলৌ লমকালোই লোইমোম ফৌগ-পোক তরা মায়পানববু ফাম্ন-হুন মোইবুং থিনকামনা শরিক নোংদম খীঙনা লানলোই লমদাংশিং খোঙলেন ময়ায়-ভান্না তুবি সনা য়োইকোনন্নুংদা পাউথেম-খৎলক্লে। চেংলৈ পামংথোং তুবি লৌকুন্নম লমবৃ লৌতারাই লয়হুড থাঙখা লৌতম্বি শীঙজা লৌতমরাইবু নাইতৈননা ইরেং থাংহুৎ-রা হয়জাং মেনমপোক চীংঙ্ লাঙাং পানলোয়রৌদা খোইমোম কুপ্পুম-কুপ চীংঙ্ ভান্দুম ভান্না রায়থুংলে। খোইমোম লাইয়িংথৌদি চীংঙ্ লৈকংলা খোইমোম লয়কুচু অরা লাল্লু ফৌ হুয়েন তরাস্থং ফান-পুং চীংঙ্ য়োই-কোনন্নুংদা য়াচংলে। খোইমোম সনা ফম্বালল্লাং নিংথিবা, নোংশা থাংনৌবা থক্ত চীংঙ্ লংতুম-লং খোইমোম কুপ্পুম-কুপ্পা ফম্ফম্লে হায়দবরা? খোইমোম লাইয়িংথৌ লিক্লাই নিংথৌ অরাং কাংলৌ লৈমখোম্বনা মনোংয়াই খোইমোম লাইয়িংথৌ থোংনাং ময়াম্বদা পাউমেল্লুয়ে। চীংঙ্ ত্রৈগী চেংলৌ শকপানথোং পুন্নুং লেম্লানথোংবু মালেম লয়রু মফমতৌ খোইরু মিতম লাক্লা শানশেনবিগে হায়রবদি লাইরেন ইনো য়াই নঙগী চেংলৌ শকপানথোং পুন্নুং লেম্লানথোং কোরি নাপোমথোং চিনবাল মোইকাই-য়াং খজাই নাকলৌ-শেম চেংলৌ শকোইথোং পিশুম

পাকোইলম লাইবক খেনলাই-তা নাপ্প কোনখোক্লম লুরাই কোয়রেনথক শমখোং চারন-লম শমু লেংয়ান তা শয়েং নতানপোম থবাক লেংয়ানলম খৌরী ঙক্কোই-তা য়াঙলেন লৈকারম খুরাং পমশিতা পুকশিন হুইথাপলম শিনকোয়নুং নাকোইরম কৈবূম (কৈবোম) তানপুন-লম খুকলু তাংকোই-খোং খুবোম থাংখোংলম খুমিৎ খুনম-তা খুজিন মোইফাংলম খুনিং মোইদোন-তা খুয়। লৈখাঙলমু তুবি নঙগা শোয়ন-দা খোইমোম এগা হেন্নদনা শানশেঙ্গিও! খোইমোম ইশানৌ কাচেং নোংথাং লৈমবুন্থুং নোংয়াই পোইরৈ মৈতৈ লৈমা শেনবি পাইখুলাম্বাবিগী চেংলৌ শকপানখোং পুন্নুং লেপ্পানখোংবু শোয়নদনা লৈরায়রবিও হায়না পাউমেনরাগী লাইরেন মৈদিংঙু নোংপোক রাম্নরং পামহৈবনা মদাইরেম খোইনিং শেনলোই নাইবু মালেম লয়রূ মফম-তৌ খোইরু মিতয়াক সন। কোনফু হয়না লাইরেন চেংলৌ শকপানখোং য়োইবু পুন্নুং লেপ্পানখোংবু শোয়নদনা শাচুরিঙেদ: লাইরেন মৈতিংঙুগী য়োইহৈ তানলোই অপাম্বী য়োইরুম অহোংবি থৌকানাউ কৌবরোন মাইমূ থোংজাউশঙ্গা অনিমাদি মপারী শাংত মমোম ফূইদনা থিকলেন লৈখোং-হৌ য়ারা খোমলিং-কানা খোমলাং তাঙ্জিন য়িনঙথরকয়ে। খোইমোম লাই খুংতম মতৌ ওঙ্খোকপবু শানফোংহল্লবগী লাইরেন মৈদিংঙুনা তুবি পায়মা উনকোয়নুংদ। নিঙথনখিয়ে। ইয় খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংঙু তাইবং খায়বনা পলেম পিথাংশিন্না খোয়মা নাউরোই কা-নগে হায়বগী তৌশিল্লরঙেনে হায়না খোইমোম সনা মখোঙ-খাদা য়োইনা খৌখন্নহল্লে হায়দবরা? লহাল্লোংগী চীংঙু থৌহু মখুনেং খোইমোম চেংজা মকাইফম্ব অনৌবা চোয়নৌ সনা পুম্ন-লূপ্পা লমলেন নোংয়াই লৈশাংখোংদা থৌহু লেপ্পয়ুং চেংজা লেপ্প-খিনলবদ। খোইমোম লাইশঙ মখোন-তয় তরেৎ শেনকোয় য়িমকুপ্পা তৌখঙলবদা লাইরেন মৈতিংঙুনা মদাইরেম কেগে মোইরাম্বচা লায়বা মাইথংবনচিংনা নমু পোংবুম ১০ মাবু তুবি কম্নরেন মথুৎকাদগী খান্নবা তরেৎ শেন্দান্নগুনো হায়না খোইমোম সনা মখোঙ-খাদা লনকুজরময়ে। লাইরেন মরান

ওন্দোরক্রবগা গুরু খামিচী শান্তদাস মহন্ত থোইথোইবনা খোইমোম লাইরিংথৌবু * চিপানাসু মণ্ডম তৌনা † নোকুন ওককোয় হাপ্লে। ভ্রাঙ্গোন লাইওইনববু কোরৌ নোংদামদনা পুজা ইরাংহনলে হায়দবরা ?

নোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙু থোংনাং ময়ামগী খোমলেন মওসনা মওপুনসিদা শেলোই চীং লংমাই লংব চীং মওন তরং রাংবা চীংগী শেলোই সনা চীংদোলন্দেনগা ময় খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংঙু তাইবং থায়বগা * কোনলোয় মশংগাই চীংঙু মরাকথোংগা শম্না অনা থোংলেন শাবা থোংলেন পানপাই হাওদব। কাউখং মরীন লোমদববু মনোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙুনা লহাননোং চীংঙু লাইফম মাংহনবা নারানদাস লমবোইবগী চীংঙু মনাই পুন্নমাসুং লান্দোন্দ তরুং ইনখোনলেন পুন্নমাগা নমু মীওইবনদি লম্বোই মরন লৌহৈদে। খোইমোম সনা মখোং থাদা লনকুজরময়ে হায়দবরা! অহুসুং মদোমদে। খোইমোম লাইয়িংথৌনা তাইবং শংশঙ থায়না লাইরেন মৈতিংঙুদা পাউমেল্লয়ে। ইশানৌ খোইমোম লাইরেম্মা খোইরা লিনফু মরাগী অমম মথৈ লৈতবা চেংলৌ মিংথোং থিংবদগী কুমজিং হিগোক লিরোংনা চিংথৈ লৈনা পান্দমগুম তরং লাইজা য়িরোয়ননা কুপফেৎ তগুপ্লকপদা মপোক খোইরা য়ানা হৌরকপি কোরৌ নোংথোং মতোললোম্না মালেম লয়রোন কাউথি মপাম শেলোইচীং লংমাই তগুপ পোইরৈচীং শেনজিং চীংমুংপোক ওকন্নাই লমনামুং থম্বা অয়েঙবা লিচিং চীং অঙৌবা চেংজা মুংগোইবি শেলোই য়াইকোনমুং লংমাই য়ারেন মুংখোংবি নোংকান চীং-মাতোনগী য়িমলেম কারেন অহুম্মক্তা লুরাং লংমাইবনা য়িম্নাং কারেন-থং অঙৌবা পুরৈরোম্বনা য়িমনিং কারেন-থং চীংলংবা অপানবা শেঙ্গ্রেং লাইয়িংথৌনা পরিঙ কারনয়ুং য়িমলেন কারনয়ায়দ। শমু খুৎথুমচন্না মথৌ তোমথৌ থবা-চীং শেলোই উচানপোক লংমাই ফিশাফম থাঙথোক খুরেন-চীং মেনথা য়াইখু-চীং খোইমোম লাইলান-চীং শেলোই

---

* চিপানাসু = জীবন্যাস, থরাই হাপ্পা। † নোকুন = ঙুগুণ। * কোনলোয় = শঙ্খায়।

লয়ফু চিন ফূচিক অচনবা চীংঙ্ নোংপোক মপান্নী থাবা উনলেনপিজবু মাইথনবনা য়াতাচীংবু পূম্না চন্না অছেনবনে। শেলোই হুইচারিক হুইনিংনোং নীংনাং নিংশারিক অপিশানা চীংখোং য়াকৈ নিংথৌচন্নু শানৌ কাচেং নোংথাং লৈমবু মরান মুহোং খোংথোংবি-ও! অওং অউন কয়কন শেলুং শনশেন নাউরোই অপকমা পূম্নমাবু মশীঙ শুনা লনউনবিও। তমফা ইশানৌস্নুং চীংগী মচা লাইরেম্মা সনা চিংচরোইবিও হায়না মিংখোংবিও। অসুম পাউমেনখোনগী লাইরেন মৈতিংঙুনা ময়ু খোইমোম লাইয়িংথৌগী সনা ময়াথংগী লমলেন শেলোই মদাইমা তাংজা লিনগীদি লিনগাপোক অঙৌবা লিলা শোংদবনা তাংজা থারোন নীরু। য়াকাখোং লংমাই তিংগা য়িশোকথেন শেলোই খোইনিং খুনগী লমগা হৌনা খোইমোম লাইয়িং-থৌগা য়োইবু মশানৌ তমফা চিংজরোইবিগা খোইমোম মতৈ মনাউবু সনা তুলাই লেংজাউথক্তা নমু পোংবুম ৮ দি শমু খোংওইননা নমু পোংবুম ৪ মাদি শমু খোংওইননা সনা চোঙলেন-খান থাঙলেন য়োৎথৌফান লাংগোই মরী-শিন পুংজাউ, পেরে, মোইবুং, শিঙ্গা মনিন্নাই খোইমোম মিংলেনশক তুলাই লেংজাউ থক্তুদা * পিনা মুংওন-খোন য়াকমা মতমপান-শিংনা খোইমোম লিরোং বাতৈশক হেপলি মতাই থিনা তেরানলকয়ে। খোইমোম লনউনপোৎ তাইবং কোয়্জা অপকমা পূম্নমাবু মশীঙ চাম্ম চাম্ম শুনা লনউনলকলে। হোরি খুরাইজাম্বগা মুংয়াং হুইরেমচাগা অনিমাকু শাগৈ মচেং পা-চাশিংগা য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মদা অঙৌবা পুরৈরোম্বা লৈওনপাৎকী শিন্থ-য়ি খোংলেন লৈতমপাৎস্নুং লনউনলকলে। শেলোই চীংয়াচাউগী হৌনা লমলেন কোংবা ঙাচৈথেন লিনহু লৌকোংপাৎপু কৈনা শন্না লনউন মরেং তৎতে। লাংগোই লৈরেমকাউ লুরাংববু সনা শাপোৎ মঙাল্লাই খোম্বা য়িমলেনখান ফমথৌ য়োমলৈ-হৌ নিংথৌ য়োমদম পৈ

* পিনা=বিনা=পেনা।

পোইরৈ থাংঙ। নি ঙোনবিবু পুম্ন-তিন খোইমোম লাইয়িংথৌগী হৈনা মতুং-ইন রাংখৈ লমদাং ঙান্না চীংঙ্ মরান মুহোং খোংদোংলকয়ে। খাবা মনশেনখোংবু খোংলেন পানপৈ (পানপাই) লান্না তুবি য়োইকোনলুংদা য়াচংলকপদা মনোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙুনা য়োইবু মশানৌ শেনখি পাইখু লান্থবিগা য়োইহৈ য়োমলোই-হৌ চামলৌ লনক-লোই লোইমোম ফৌকাপোকপু ফামনা-হুন মৈবুল হাইজাউ থাল হরাউ মখোই তোংনা লমওকঙময়ে। চৈরৈ থাংশেংনা শমলাং ফাফেন্নবা খাবি মথিনাই অমাই মরাঙহৌনা চীংঙু য়োইকোনলুংদা রায়থুংলে। পোইরৈ তানখোং ময়ুংকুই রাংঙম লেমখোং মফৈ পাক্লা পানবপুং অসিবু খোয়মা তোনশংতা লাংচেং তোন্নান্দনা পাথং য়োমলোই-হৌ নুরা য়োমদাং শাংনা মুংঙাই মরাং কায়রবদা লাইরেন মৈতিংঙ্ খোংনাং ময়াম্বনা তুবি লাংগোই মথুংনেং শামু শেনহোংবগা লাংগোই চানম্বগা অনিমাস্থং শগোন মঙাইরোইদগী পঞ্চরতন নুংচানবনচিংনা শগোন মপুম ১০ দংগা খোইমোম সনা মখোং-খাদা লনকুজরে হায়দবরা ? নোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙুনা হুয়েন লানলোইননা খোংনাং মঙাইনুংতোং চীংদা খৌশাথবদি মারিফাং লান্থো য়াংবু কায়না হুনবা লাইয়িংথোও ! নোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙুগা হুয়েন লানলোইনবা অমদি থামরন মেতুঙম্বা হুয়েন লানশ্রাম লান্থোয়াংবু কায়না হুনবা লাইয়িংথোও ! থামরন তাপ্রংঙম্বা তেংগোন তরা চায়বা নম্ভ্রাথাং অখোবগা ফুর্তাকা লানমিংনাই সনা মুকতু তুববু কায়নাহুনবা লাইয়িংথোও ! নোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙুগা হুয়েন লানলোইনবা অমদি ঔরা চেককাং ঙম্বা হীরা য়াইচাউলোকপা ফুর্তাকা লানমিংনাইববু কায়নাহুনবা লাইয়িং-থোও ! ননোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙ্ নোংপোক রায়রং পামহৈবগা হুয়েন লানলোইনবা কাবো তেংগোন চাইথাইবা হুয়েন চৌথাপ লানমিংনাই শোয়দোন লমথঙববু কায়নাহুনবা লাইয়িংথোও ! লাইরেন মৈতিংঙ্ খোংনাং ময়াম্বনা ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথোও ! খোজাল নরলকুনা রায়রা শাকম অরুমবা হুয়েন লানফম অচৌবা পোইরৈ ইফাইচন্না রাংঙম

পাংশোই নীককে তৌগনবদা শমু খুৎথুম চন্না ঙমহনয়ে হায়বগী ইদাইরেম লুরাং মালং অহোংবা-চা নেংনা লুরাংজাম্বা অসিবু শাগৈ মচেং পা-চাশিংগা ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ নংঙোন্দা তয়ম ননাই ওইনা য়োইনা থৌখননৌও হায়না থৌজান লনকুজৈয়ে হায়দবরা ?

———

# মৈতিংঙু চীংথংখোম্বা সনা হাকথক্কী লাংঙোন-চৈ।

খোইমোম লাইয়িংথৌ লাইরেন মনোংয়াই লোইনাই চিংথংখোম্বনা সনা ফম্বাল তোংলবদা খোইমোম নঙগা হুয়েন লানলোইনবা অমদি হাউরৈ নোংপোকলা পাংবরম শেনবি তমদা-তা কবো তমদা কুম মাকলং কান্ন-চোংনা অংগা চীংজাউ-শম য়িংথি য়িয়াচাউ চোয়নৌ সনা পোকপ-য়ি চীংঙু পরশুরামা নামুংবগী শীঙজও মথুৎশন্না লাইজা য়িথোঙ ফাংন চেম্বয়ি-য়ি * কাউরেন তুংনাউ শোন্না মপল খুৎথিনোংগী পলেম মমা মিপাই কোকয়ি-কা য়িংথি লাইজা য়িরেনপুঙবু থোংলেন পানপাই-শেম কাউখঙ মরীন হাপ্পা মুরাউ তান-দা মুরাউ খঙন-দবদা খামরন তেংগোন লিংঙম্ববু লাইরেন মৈতিংঙুনা মমুরা খোইমোম লাইয়িংথৌ লিক্লাই ফাংলৌ লৈমখোম্বা নঙগী হৈনা নতুংইন্না মুরা তেংগোন চায়না রাকয়ৈ

---

* মপাঙ্গল শোনবা মন্নাউনা মপিবু কোয়থি থিবা নুমিত্তা তৌবগুম্বনী পলেম মমানা অরাবনা ফম্বংনদুনা কোক ঙাউবগী ঈ কাখৎলকপা।

হিরান থারে। হুয়েন লান্নিগীদি থামরন চেকাই মীরোংখন থাগী করাংচিনা পুন্সু মঙান্নাইববু কায়না হুনলে। অরাং লায়না পাংবরমগী চান্তা, তোংমোন, শ্রা শেনবি খুঙ্গং ৩ মাবু রাইহুইনরকপা খোইমোম লাইয়িংথৌ লিক্লাই তাইবং থায়বা মুন্না তেংগোন চায়বা শেনবি রাহুইনবা থামরন চেকাই ফাবশও তৌনা কৌয়ে। লাইরেন নবোংয়াইগা হুয়েন লানলোইনবা অমদি অতুস্নুং মদোমদে। হাউরৈ নোংপোকলা পাংবরম খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংখোং পুথিবনা খোইমোম তালোই মরুমবি ৩ নেম, ন্নুংকা চনু তরা লৈশাং-চনু নুনাং খোংনাং-চনু ৩ মাদা তালোই † নুয়িনবা চীংদা অঙৌবা পুরেরোম্বনা থৌদ্রু নুংঙৌ লয়শেমচীংবু ঙমলোইননা থৌবাল লাইজা য়িমরুবু কান্ন-চোং থৌবাল লাইজা য়িশম-থৌনা শোকপাউ তা-নদা লমবুই খঙন-দবা কাশোম মনিন নাইবা হেমবা খুঙ্গং ৩ মাবু থুমবি মৈমাং চঙা পনথেংগে হায়না তুবি থিংকু মথিনাই চীঙলেন য়ৌঙম-কানা হুয়েন লানজাথিববু খোইমোম শানওন য়াম্বা নঙনা তাইবং শংশঙ-ফাউ লানফম মাঙওইননা লাংগোই শগোল অঙৌববু খোংওইননা চৈরৈ ফিঙৌশেং পোই মাঙওই থানা লাংগোই থুরুপ ভরেং-হো হেম্বা খুনলকচঙ থুমবি মৈমাংচন হুয়েন য়াইশিং মুংনা পনথেংবা লাইয়িংথৌ হুয়েন শোকপাউ লমকেংপা হেম্বা লমথোইবা ওকলেন তোমচং কাউগুম্বা লানশোক মাইয়োক য়াঙম্বা মারেম ভকেং লানথৌয়াংবু কায়না হুনবা লাইয়িংথৌও! লাইরেন মৈতিংঙুনা হেম্বা খুঙ্গং ৩ মাদগী লম্বুই মনিল নাইববু লোইহা পুরুম্নগুনো হায়না থৌবাল লাইজা চাংজৌথক পোইরৈ তেঙ্গোললেনগী খোইমোম সনা মথোংথাদা তান্ননা লনকুঞ্জরকয়ে হায়দবরা? খোইমোম নরনকুদি অতুস্নুং মদোমদে নোংয়াই লাইরেন মৈতিংঙু লোইনাই কৌবা চিংথংখোম্বনা ঔরা লানশোক তরুবা থাম্বী মৈশা লাংগুম্ববু থামরন মাইয়োক য়াঙমদনা পোইরৈ লোংনা হলরাইরবগী লাইরেন মৈতিংঙুনা খোংনাং ঙাইরৈপাকপু ইন্দ্রানথিঙৈ ময়াং খেবু-চীংবু

† নুয়িনবা = নুপী মতুং ইনবা = নুপিপামদা য়াওং ইনবা।

য়োৌরবদা লাইরেন * তরা চাখংদরবগী লাইজা ইখৌ লাং † ভিলাং চাফা নীক্লবদা কৌবা লোক-য়ি থিববু থিখংদনা লাইরেন অরা মখৈ লৈতরবদা থোংনাং খেবু চীংতোনলেন লাইজা য়িরৈতবদা থোতু নুঙফম-থাং মালেম লৈচেং হোৎনা থিরুববু খোইমোম লাইয়িংথৌ অরাং ফাৎলৌ লৈমখোম্বা মরনকূগী থৌদ্ নুঙবিরক্তা লাইজা য়িরিক লাইবু য়িরিক মরাও হৌনা চোংথোক্লকপবু লাইরেন পুক্লিং হরাউ থোইনা লাইজা য়িফানা পেকলোয়ে। মদাইরেম চীংখোং পুয়োমলোই পুম্নমাস্নুং উনবি পুক্লিং পেম্না লাইজা য়িথকলে হায়দবরা ? খোইমোম মরনকুদি অতুস্নুং মদোমদে। ননোংমাই লাইরেন মৈতিংঙু লোইনাই কৌবা চিংথংখোম্বানা খোইমোম নোংদম মথৌথাগী ময় নিংথৌচা মমাংগীনা য়োৌরমদববু লাইরেন নোংশা খুৎনা ফংনা তেখাউ ভাইওইনরুঙৈ তেখাউ মনিংথৌ * শরগোদেবো লৈমাবগা থৌজান পুকমান্নবা কোরৌ নোংশিং য়াম্না লৈরম্নবগা তুবি খিংলৌ নীঙনা তেনা মরান ওন্দেরক্লবদা মাইবং চীংমাঙনবু নাতৈননা লমলেন-হুৎ মদাইমবু য়োৌরবদা লাইরেন মৈতিংঙুদি অরা হকচোক লাংলবগী তাউজিং হয়চানিংলবদা খোইমোম মরনকূগী থাংবা মিংথৌ পেংওন-হয় হয়নৌ থুমখোইবা অনিদংবু তাউজিং মতম নত্তনা পোনচেম লাইচমনুংদা হাপ্না পামেন উকারক্তা য়েপ্না লৈঙম্ববু লাইরেন মৈতিংঙুনা চেংলৌ মিংথিংলুরবগী তাউজিং খুৎনা ফংনা † থংলকলে। হয়রাং মতম নত্তনা তাউজিং মনুং ওইবা হয়রাং মপানস্নুং লৈতবা নমু পোংনা য়োৌদবা খোয়মা নারোম্নুংগী পামেল উকারক্তা য়েপঙম্বা অসিবু হয়রাং থোইনা থুমখোইয়ে। ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংঙু তাইবং খায়বা অতাঙবনে হায়না য়োইবু মশানৌনা পুক্লিং হরাউথোইনা থংমন্নবগনে হায়দবরা ? মৈতিংঙু মচা য়োইরেনবা চীংঙু তাইবং খায়বা অরাং ফাৎলৌ লৈমখোম্বা নঙগা য়োইবু নশানৌগা কাচেং নোংথাংলৈমা

---

* তরা চাকথংদরবগী=চাক চাবা ফংদ্রবগী। † ভিলাং চাফা নীক্লবদা=ভিন থোক্তনা খোগংলবদা।

* শরগোদেবো=তেখাউ নিংথৌ স্বর্গদেব। † থংলকলে=লোরকলে, হেকলুরে।

সনা চিংচরোইবি হয়রেম থুনচান ঙম্বি কাথাং লাম্থোয়াঙফাবিগা খোইমোম নম্তৈ ননাউবু ইনখোঙ পোৌরালীগুম শোয়নদা হংগেন শাশং নাইদনা কাপ্পু-ছুইরেন-ঙই মালেম লয়ফান-চেৎনা পোইরৈ লৈবাক ঙাক্লবদা খোইমোম নতিক অরূববু থঙহনগে হায়বগী লাইরেন খোমলেন মঙলানচান্দা কংলৈ য়োইকোন্নংদা তাংজা লিলায়াখোং খোংলেন হেমতৌরুদগী হোনা লাইরেন ননোংয়াই লোইনাই কৌবা চিংথংখে,ম্বগা খোইমোম চেংলৈ শকপানথোংবু শংশঙ নহীকশাংগা শমু থুৎশম্মনা খোইমোম নংগী পলেম পিথাং শিন্না খোয়মা নাউরোই ফবি চিনফুরোন কোনজেংবি য়োইহে তাংজাখোম্বীস্নুং ঙাইরোইননা য়োইবু চিনফূ লম্মাবী অয়াং পামফৌকম্বু হেন্না মৈতিংঙু খুনমা লানথোয়ামবা কৈথেললেনবু য়োরবদা লাইরেন ননোংয়াইগা খোইমোম শয়েং লেনচিঙ্কা লাইরেন পানবোম লিয়েৎননা থোজান য়োই-নরম্লবগা লাইরেন খোমলেন মিকপ থোক্লবদা তুবি পুকনিং রাকাউদনা খোমলেন সনা মংথাংথাদা য়োইনা থোৌথনলিবি য়োইহৈ তাংজাখোম্বিবু পাউকৌরুরবদা লাইরেন ঐগী খোমলেন মঙলানচান্দা ইয়ু খোইমোম লাই-য়িংথোৌগা শমু থুৎশম্মনা খোইমোম চীংথোং নাক্তেগী য়োইহে কোঞ্জেংবী নঙগা ঙাইরোইননা ইয়ু মৈতিংঙু মোইরাম্বা কৈথেললেন্দা থোজান লিয়েৎননা য়োইনরম্ববু খোমলেন মঙখৈনরময়ে। থৌরম মতৌ করম্বনে। হায়না খোমলেন মঙপাউ তম্লবদা য়োইহৈ তাংজাখোম্বীনা লাইরেন নঙগী খোমলেন মঙলানচান অসিবু নদাইরেম ঐনা নিঙথনলুবদি ময়ু খোইমোম লাইয়িংথৌগী শকথোং মঙং শংশঙ মহিকশাংবু শেমশুনো হায়বগী তৌশীক্লরিঙৈনে। অস্তুম পাউথুম্লবদা ইয়ু চিনকোয় নয়াথং খোমলেন মঙথন-ব্রা অসিবু লাইরেন মৈতিংঙুনা পনথৌ মপাতোন রাকলেন তোংয়াইগী সনা থাংমায়গী থোঙলেন থ্বাইরাকপা শ্রীআনন্তশাই নোংপোক লৈরিথোম্বা * হুয়েন শিনপুফবদা খোমলেন মঙপাউ তম্না রাহমখিয়ে।

---

* লাম্থোং শীনবা, থবক মরমপুম্বা শীন্দোকপা হেন্না ফবদা মঙগী রারম পুম্বা তমহ্নন। হায়জখিয়ে।

পনথৌ ইপাতোন থোঙলেন খ্বাইরাকপাও ! ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংঙ্, তাইবং খায়ববু খোইয়ুম নোংদমখোন চেনফদবগী মুকশ্ মনিল লাইবনা পোইরৈ তমদা তানা পনথেংলবগী রাংঙম চেপ্প-হয় পোইরৈ পুম্না লোইরবগী চীংঙ্ লাইফম মাঙ খোইমোম লাইফম কায়না মুকুতি শংশঙ মহিকশাংবু লৈতরে। মতিক ঙমফদনা পোইরৈ লৈখাক ঙাকপা লাইনে, মাঙকরোইয়ে। মালেম লয়ন্ন মফম তৌনা অমরক শেমহৌসে। রাংঙম লৈবাক পুম্নমাবু য়াইফ মহয় পান্নবা থৌরম হৌনরকপবু থাদোক্কনা পোইরৈ থাংঙা য়িম্বুরেং খুদিংবু হাঙদনা তরেৎ শেনখায়হল্লো হায়না পাউমেনখোনগী লিক্লাই পনথৌ মপাতোন্না ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌগী মদাইরেম তয়ম নাইনুংচঙময়ু নোংবান য়াংখুবা মনোংয়াই শঙলেন তেংমাইফম্বা হমু খৌকানাউজম চাগা মচেং পা- চানমপোক চৈদ্দিংগী থৌকানাউ চেকয়াম্বগা লোইয়ুম ঙাংঙোই নাহা তরেৎ শেলুংহনবা পানলোই ঙাংচাগা শঙলেন তেংমাইকম্বা মপারী চেকশা থৌকানাউজম-চাগা মাথোই ৪ মাবু পাউ-কৌরবদা ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌগী শংশঙ মহিকশাংব্ শংশঙ লেপ্পা শানশেমসে হায়রকলে। পোইরৈ থাংঙা য়িম্বুরেন খুদিংগী তরেৎ শেনগা খায়হনও ! ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌ মদাইরেম নংখোই ৪ মানা উনবি পুক্লিং চেৎনা য়াঙনা থৌরাংও হায়না পাউমেল্লবগা লাইরেন পনথৌ মপাতোন থোঙলেন খ্বাইরাকপনচিংবা য়েনলাং ঙমদয়ে। মদাইরেম *খোইনিং শেনলোইনাইনা মালেম লয়ন্ন মফম-তৌ খোইরু মিতম-লাক মালেম লয়ন্ন য়োম্না কোরৌ মুমিৎ অন্নবা থবা অশেংবদা খোইমোম চেংলৌ শকপান-থোং পুন্নুং লেম্পানথোং কোরি নাপোমথোং চিনবাল মোইকায় য়াং খজাই নাকলৌ-শেম চেংলৌ মিংকোইথোং পিশুম পাকোইলম লাইবক খেনলাইতা † নাপ্প কোনয়ানলম লুরাই কোইরেনথোং শমখোং চারনলম শম্মু লেংলোইতা শয়াং মতানপোম থবাক লেংয়ানলম থৌরি উককোই-তা য়াঙলেন লাইকারম

* খোইনিং শেনলোইনাই=খোইরু মিতম্বনা শেলহৈনা মী।

† নাপ্প কোনয়ানলম=নাকোংগী সনা য়ানফম।

খুরাং পমশিথোং পুকশিন হুইথুপ-লম শিনকোই নুংকোইরম ফৈরা তানপুম-লম খুকলু তানকোই-থোং খুপোম থাংথোংলম খুজিন মোইফাং -লম খুনিং মোইদোন-তা খুয়া লাইখাংলম্‌ শোয়হন্দনা খোইমোম মুরুত্তি শংশঙ হয়রে। চীংঙ্‌ চেংলৌ শকপানথোং পুন্নুং লেম্পানথোংবু শানচুরে হায়দবরা? * প্রামহোন লাইওইবনা চিপানাশ্‌ মঙমতৌ হুমলেন ইরাং মশীংশুনা নোকুন ঙককোই হাপ্লবদা লাইরেন মৈতিংঙ্‌ † নর+ইনত্র তাইবং শরারেন খোইমোম লাইবু নীঙবদা পুক্লিং মহৌশাবু থাথোক্তবা নোংখৌরেন্না ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথোগী চীংখোং খৌদাইরেম তরেং শেলুংবা চেকশা খৌকানাউজম্বা-ও! খোইমোম * সিংখাশোন ফম্বিরেনবু শানশেমও হায়না পাউমেনখোনগী মৈতিংঙ্‌ মদাইরেম মহৈ শিনশ্‌- খোইববু খোম্না আসোন চিথেক ৪ মাদা মকর চিংলাইশাম্বনা সনা কম্বাল খোং-ওইনা কোরৌ অকৃপ্পা মশাস্তম রাংবন অয়ংবা মতম-লৌ, হিংঙোন নাকলৌ-শোন চামেন চিদাই খোম্না শানশেম লোইরবদা লাইরেন মৈতিংঙ্‌না * চৈক্যা মঙম তৌনা সনা সিংখাসোন অথোইববু খোইমোম সনা মখোংখাদা কৎনা ফমফমহল্লে হায়দবরা? চীংঙ্‌ মরনকু খোইমোম মথৌজালগী নুংঙাই মরাং কায়না পাল্লবদা নোংথৌরেল লোইনাই কৌবা চিংথংখোম্বনা ময়ু নিংথৌ মমাংগীনা য়ৌরমদবা হাউরৈ নোংচুপ থানা পাংবলম কপুই তা-নদা খোংজাই খুন্না তানা হেমবা খুজং ৫ তাবদা লোইবি চীংদা কানা খৌশাখিয়ে। চীংঙ্‌ তাইবং থায়বা নরনকুগী কপুই মরৈকাই মরান থুম্বি মৈমাংচন হুয়েন য়াইশিং মুৎনা পনথেংলে। কপুই পামদা তান্নবা খোংজাই নেৎচৎ য়ানলে। হুয়েন লাম্নিগীদি খমবা লানথৌয়াংবু কায়না হুল্লে। লাইরেন নোংশা খুমনহন্না তুবি মরান ওন্দেরক্লবদা লিক্লাই উনবি পুক্লিংতপ য়াইফ মরাং কায়না পাল্লবদা

* প্রামহোন লাইওইবনা চিপানাশ্‌ মঙমতৌ=লাইনিংবা ব্রাহ্মণনা জীবন্যাস পূজা তৌবা। † নর+ইনত্র=নর+ইন্দ্র। * শিংখাশোন=সিংহাসন।

* চৈক্যা মঙম তৌবা=যজ্ঞ তৌবা, ইরাং পূজা তৌবা।

নোংখৌরেল লোইবি খোংজাইওম্বা হুয়েন খম্বা কাবনা মদোম উনবি লয়নিঙশিংনা তুবি লাঙ্গোই মথুংনেৎ মালেম লৈরেমকাউ পোইরৈ খুনেং-শা লুরাংববু ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌনা লাঙ্গোই মথুংনেৎপু ওইনগুনো হায়না য়োইনা লনকুজরে, অতুসুং মদোমদে। লাইরেন মৈত্তিংঙু লোইনাই কৌবা চিংখংখোম্বনা ইয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌদা য়োইনা থৌখল্লবা থাইনা লহায়োং খল্লাংবা পনলোনগী অমনবা থান খোং থুমখোং রারৌরববু লেংলেন লম্মপাক্তা লৈবনে। শিথুন পেরে খিনা শানশেমলু-ও হায়না পাউমেল্লবদা খোইমোম লাইয়িংথৌগী মদাইরেম চেকশা খৌকানাউ শঙলেন তেংমাই ফম্বনা লাইরেন সনা নয়াখংবু লুদা খোংনা লাইরেন সনা মখোং-খাদা মালেম লয়দা-তু চৈরে ঙক্ত-রেং হে খোইমোম উদবা! নত্তিক ঙমখৈ খঙদব-ও! নদাইরেম ইখোইনা হন্দক থুমখোং য়িথি চৎকে শংলৌ থৌরাংলিবা অসিবু খৌরাং মহয় পান্দ্রবদি খৌখন অয়োন থোক্সা লঙজয়কঙেনে। চৌংঙ্ নরনকুনা উনবি পুক্লিং-থুং পেরে খুৎথুম-চক্লা থুমখোং য়িথোক য়াম্বনু তানফংলবদি খোইমোম চেংলৌ শকপাম্থোংদা সনা মাইথোং হাপ্পা নাশি পুংমাই লেমহনগে হায়না য়াথং রাশক চাউনা পুরুমলুরবগ্মা ময়ু নোংবাল য়াংখুবা মনোংয়াই খৌরৈ নোংজু অহোঙবা খোয়নৌ লাংমৈ য়াকোন নিংখৌচা চেকশা খৌকানাউ শঙলেন তেংমাই থিনবা মহাক্লচিংনা শাগৈ মচেং পা-চামগী পম্থৌ মপাত্তোন থৌকানাউ চেকয়াম্বা তরেং শেমলু হনবগা ঙাইরোইননা মাইরং মদাইমা লমলেন লম্মপাক্তা খোংনাংখোং অমনববু মালেম লয়ঙম-তৌ থৌদু হুঙকম থাংনা নোইমু পেরে থিরুবকু চৌংঙ্ তাইবং থায়বা মরনকুগী য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা রাকচিং হাউকোনবম চমু লেংলেন মুরাখিবু খোয়মা মাইয়োক্লনা নোইমু য়িথোক য়াম্বিবু তানফংলুরবগী লাইরেনচা খোংচৎ অমরক্লা থারোন ২৬ শু লোইদাম থাপুম্মদা নোইমু থুমপোং কারবগী থিংলৌ নিঙনা তেনা হলরাইরক্লবদা লাইরেন মৈত্তিংঙুগী পম্থৌ মপাত্তোন শিম্লৌ নোংখোনবা খাকম শীংশ হনবদা খোইমোম লাইয়িংথৌগী শঙলেন তেংমাই ফম্বনা

খুৎফাং চাংজৌ চেপ্পা লোন্না স্নাকৎচখিয়ে। নদাইরেম ইখোইনা নয়ু খোইমোম লাইয়িংথৌগীদমকপু থুমখোং য়িথোক শেম্নবদি চীংঙু মরনকুগী য়াইফ মহয় পানবু তানফংলকয়ে। খোইমোম চেংলৌ শকপানখোংদা সনা মাইথোং হাপ্পববু শংলৌ থৌরাংলগে হায়রবদা মৈতিংঙু-চা নোংথোন ভেংমাইথিনবনা পুক্লিং হরাউ খোইনা ইয়ু তাইবং খায়বগীদমক য়াঙনা শঙলৌ থৌরাংলকও হায়না পাংউমেনখোনগী য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা লাইরেন লৈমগী য়াং-চাইবি সনা লৈথম নোংশাবিনা ওইগীকোন খোথোন পন মরুদা হাকোকপা অৱারাকপা ফরাই-কমতাউবা মকোন-খঙ করো মকাতাউ লাইরবা চকমোম থাউনিংগী চিখোইবা কিয়াং কোনমা-চঙ নোংপোক সনা কোনলাংচানবু মৈতিংঙু মদাইরেম তানখোং তেককোন শাবনা সনা মপাক-য়ৈ খোইমোম চেংলৌ শকপানথোংবু-শেম কিরি নাপোমথোং চিমবান মোইকাই-স্নাৎ চেংলৌ মিৎফম শেম্না তাউখংলবদা লাইরেন মৈতিংঙু নিংথৌরেন লোইনাই কৌবা চিংথংখোম্বমা য়োইবু মশানৌ থয়োইরোন মৈতৈলৈমা লাংগোই শায়ামফাবি লোয়া তেনহৈবি কৌবা পানজুমবিগা নিংথৌ মপাতোন আনন্ত-শাই নোংপোক লৈরিখোম্বগা য়োইবু মতৈ মনাউ, লাইরেন মপা মচা অহুম্মনচিংনা য়োইবু য়োমলোই-হৌ য়োইহৈ য়োমদাং শাংনা খোইমোম সনা মখোংখাদা সনা মাইথোং-কৎ নাশি পূঙমাইলেম পোৎলোই মশীংগুনা পুরুম্নবগা লাইরেন মৈতিংঙুনা স্নাংলেন পুঙথৎ-তোয় য়োইবু মশানৌনচিংনা য়োইহৈ মঙাইরোইশিংগা তরেৎ শেনখিংথোই খোইমোম লাইমিং-শক নুংঙাই মরাং কায়না য়োইনা পুরুমলময়ে হায়দবরা? চীংঙু নরনকু খোইমোম নথৌজান্না পোইরৈ তানথোংময়ুংকুই স্নাংঙম-লেমথোং মফৈ-পাক য়াইফ মথোই তোংনা পানহৌরে হায়দবরা? খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংঙু তাইবং খায়ধা ফাৎলৌ লৈমখোম্বা নঙনা লাইরেন ননোংয়াইদা কোরৌ নথুম-হয় স্নাংবন নমান-হয়বু পুনশি মথোই তোংনা কোরৌ খোংচোনমুবীতুগুম কুমজা পানহৌনা তোংচেং কায়নৌ থৱানপিচাকতুগুম্বু থাজ ওংহৌনা পোইরৈ

মরাক পাকপা রাংঙম খোংদোন শাংহৌবা লোইদাম থামৈ চাউননবা ইরেং মানলে কোনচিনবা পুনশি মখোই তোংহৌববু খোইমোম চৌংঙ্ রা নঙনা য়োন্দনা লনকুবিয়ো। পুনশি ইরানলৈ অরাং শরু লুতোং-লৈ হোংনেম লৈপুনশিবু খোইমোম সনা নখোং-খাদা। ইমাই নোংনেম লাইনা-পাং থোংলেন ইমান কৌবা চিংথংলাং পাংবরমদা রাকমনা হয়। লাউনা কোন-চিল্লমগে হয়িচা হয়াহে হয়া হয়া।

---

## খাগেম্বা লমশাং।

হয়াহে লাইপুংথৌ নোংথৌরেল পুমাব-ও! হৌজিক্তি খাগেম্বা লমশাং কৌবা তুংদা থোক্লগদ-রাবু রারম খৈবিক হায়না হায়রম্বা মৈতৈ লৈবাক্কী চক ৪ মাগী নিংচিৎ রাবু ইজরক্কে। হে মী অফবশিংও! তাথিবিগুনো। শঙ্কর মহাদেবনে, নিংথেম খাগেম্বনে, শঙ্করগীরীনে লাইরিক য়েংবা নোংশামৈনে কবো অক্রাচানে তখেল পুরিক্লাইনে ৬ মানা হাকথক অমা ওইনা পানখিয়ে। মতম তত্তুঙৈদা শ্রীমহাদেবগী খুয়াদা মখোই ৫ মানা য়াথং অথোইবা রাবু নিজহুনা হয়িচক, হয়াচক, খুন্নুংচক, লাংবচক চক ৪ মক্তা তৌরকদবা চক্কী নিংচিৎ রাবু খাগেম্বনা তৌরময়ে। অতুগীবু খাগেম্বা লমশাং কৌয়ে। অরুবা লাইরিক রানে, চেৎলো। লাইরেক অসি পাগে হায়রবদি মী ৩ দগী হেনফরোইয়ে। অহুম্মদগী হেল্লবদি উতুপ্তা থাঙদা, থৌরিদা, থেঙ্গুদা য়োৎহিংদা অসি খৈবিক্কী মমাং থাউও হায়রময়ে। লাইরেক অসি পাগে হায়রবদি অতুগা শিনগে হায়রবদি হয়রক থাউমৈ পানা-কা, লৈ চন্দন, সনা, লুপা ফিরোই লাঙহুনা পাউও! শিনজৌও চেৎচা তৌও, থংও।

হৌজিক্তি রারম অমা হায়রবা ছোগে। থা ১ মাবু মহেন্দ্রিনা নাউয়োম ওইবনে। শঙ্করগিরিনে, তক্রাচানে, ভখেল পুরিক্লাইনে, লাইরিকয়েংবা নোংশাময়েনে, নিংথেম খাগেম্বনে মাখোই ৫ মাবু শঙ্কর মহাদেবনা থৌজানবিতুনা হায়বিখিয়ে। শঙ্করগিরি নঙদি মুঙগী মুরুতি ওইবা ঙমগ হায়য়ে। শঙ্করগিরিনা হায়জৈয়ে। হে শঙ্কর মহাদেবও! ঐহাক্কী হকচাংদি মগুং ৮ থোকহনবিও। ইমিংতি মাঙহনবিগুনো। ঐহাক্তি জগন্নাথগী লৈবাক্তা লৈজগে। মুংগী মচুদি মুকাকলৈগী মচুগুম ওইহনবিও অসুম হায়রমতুন। মহাক্কী মথরাইদি মুমিত্তা চঙখিরে। মচু মঙংদি হয় কাংগ্রোগুম্বনে। মহাক্তি পাশা নিংথৌ ওইনা পোক্লেয়ে। নিংথৌ ৮ লকপু ওইতুনা কোয়রক্লবগা অমরক নিংথৌগী গুরু ওইদুনা লৈরে। শঙ্করগিরিগী কৌপিনসুং কম্পোরসুং ২ মাদি চীংঙ মনাক্কী পিশুমদা ফুম্লময়ে। অসিনা অহিংদা য়েনবা, কৈতুবা ওইনা থোকপনে। থাখোংনে, লাইখোংনে, মরোংখোংনে ৩ মানা তিনবদি পিশুমদা তিনবনে। মহাক্কী খোংফৈ মত্তোম্নে। মাছুদগী তেকথৎলক্কনা লাংমৈপুঙদা তিল্লুরে। মহাক্কী জোটা লুহুপকুম্বদি লাংমৈপুঙদা ফুম্বনে। মানা অহিং থোক্লকপগী মচুদি হয় অমুনবাগুম্বনে। মরোংখোংনে, থাখোংনে, লাইখোংনে খোং ৩ মাদি নোংহুমশঙদা চঙখিরে। লৈমরেন্দা তিল্লরে, তারু—দা চোমলাং ওইরে। উচুং উরাগুম পাল্লরে। হে মী অফবশিংও! অসুম খংও।

রারম অমসু হায়রক্কে। লাইনা কৌবরুদা থল্লে। মোইতান থানা চাউবদা থল্লে। চেগাইনা বাংথৈনে, ময়ুংনা কাম্বনে, কম্পোংনা খুরাইনে, লংহীনা য়াইস্কুলনে। লংহিনা থৌরানপিচাক নিংথৌ শিদবা কৌছুনা লৈয়ে। মরম ৪ মা অসিবু থঙলবদি ইরোন ৭ মা য়ুথক ১০০ মা মাবু ককথৎনবা মফম থঙলবনে। মহাক মী অচৌবা, খ্বাইবু হেনবা নিংথৌ ওইনা পোক্লরগদবনে।

হৌজিক ৱারম অমাম্থু হায়রগে। কবো অক্রাচানা লানখিবদি চাখাবদা লানখিয়ে। মাগী থৱাইনা হৌখিহুনা নোংপোকলমদা ঔৱা নিংথৌ ওইনা পোক্লরবনে। তখেন পুরিক্লাইনা শিবদি শেনসবা লোইশংদা শিবনে। মাগী থৱাইদি শজিক্তা চঙখিবনে। অহুদগী তখেল নিংথৌ ওইনা পোকলুইয়ে।

লাইরিক য়েংবা নো শামৈনা শিবদি কোনলোয় লৈমগী মফমদা শিবনে। মাগী থৱাইদি ম্থমিং ১০ নি শুরবগা থবাদা কাখিয়ে। অহুদগী ময়াং নিংথৌ ওইনা পোক্লকয়ে। নিংথেম খাগেম্বদি য়িমজাউগী লপলেন কাদা লানখিয়ে। মাগী থৱাইনা ম্থমিং ১৷ নি শুরবগা থৱানপিচাক নিংথৌ শিদবদা চঙখিয়ে। অহুম ওইবা লাই ৫ মানা হায়রম্বা ৱানে থংও।

নিংথৌ খাগেম্বগী মতুংগী মথৈ লৈবাক অফবা হৌরগনিয়ে। ইরাং থৌনি অয়াম্বা থোক্লা ফরগদনে। মীচুং মপুক মরীল তপ্লরগনে। মানা অমরক শানওল্লক্লদবনে অহুদগী তোগদবদি পাইথোম্বা কৌহুনা সনা খোং শাগদবনে। লাই নোংশাবগী ফুরা শাররগনি। * নোংচুপথোঙ থিংলরগনি † নোংপোক-থোঙ হাংলরগনি। নোংপোক্কী মীবু খুৎ চল্লগদবনে। ইরাবতিদা থাঙ চামলগদবনে। লোইরম অয়াম্ববু য়াম্না চাউগদবনে। মী অহল লম্মন অরিবা খৈবিকপু থৌজাল্লগদবনে পণ্ডিত অহৈবা, মী অফবা খৈবিকপু থোক্লগদবনে। মুপী মপুক তপ্লগদবনে। নিপা অকন অথৌ থোক্লগদবনে। লৈবাক ময়ুং মঙান হাইদোক্লগদবনে। নোংচুপ নোংপোক ২ মাদা * চোইখিরবা মী খৈবিকপু ঙম্না ইনশিল্লক্লদবনে। তু-খোং তেংলগদবনে। অহুইগী ৱারম পাং-কোন চহি ২ রক হৌথরবা খৈবিকপু হাইরগদবনে। মানা পানবা চহি ৪০ গী মাইবগা।

---

* নোংচুপ থোঙথিংবা=ফত্তবা থবক তৌবা। † নোংপোক থোঙ হাংবা=অফবা, অচুম্বা থবক তৌবা। * চোইখিরবা=মীরৈবাক্তা লৈখিরবা।

অহুগী মতুংদা মৈ-মচা, য়িশিং-মচা, নোংশিৎ-মচা, নোংথৌমচা, অভিয়া-মচা, তরঙ-মচা অসিশিংনা মরক মরক্তা খেংনা থেংন পাল্লগদবনে চেৎনা তৌজোও। শেনজোও! মতৌদি হৌজিকতগী চহি কুমজা ১৭০১ গী মমুংদা হয়িচক, খুমুং, লাংবচক, হয়াচক চক ৪ ম। অসিবু মী পোং শা, ঙা, উচেক, ভিল, লাই, মুমিৎ, থা, থবানা চিংচিন্না কামপিনা অহিংনা নোংখিলনা মুমিৎ চয়োল ৭ মানা ওন্ন-তৈনা পানবা মতমগুম্না অনিমা পানগদবনে হায়না লাই ৫ মান। হায়রময়ে। হে মীওইবশিংও! লাইরিক অসিবু লাইনি নিঙনা পাভোও! শঙ্কর মহাদেববু লাই অরুবা ওইরগদবনে। অন্নাবা খৈবিকপু মী অহুগী মওইরগদবনে। মতিক্তি মী অফৎতনা খঙগদবনে। লাইয়িংথৌ খাগেম্বনে শঙ্করগিরিনে লাইরিক যেংবা নোংশামৈনে, কবো অক্রাচানে, তথেল পুরিক্লাইনে ৫ মানা শরীবু হন্না হন্না শোন্দুনা হায়রম্লবা রানে খংও।

হৌজিক্তি লৈবাক ভারুগদবগী রারম অমা হায়গে। লৈমরেল্লা নোংহুম শত্তদা থমও! লুপাদি নোংপোক্তা থমও, সনাদি নোংচুপ্তা থমও! কোরিদি খাদা থমও, কোঙৌদি মোইরাংদা থমও! থাঙদি অরাং চিংখৈগী চিথেক্তা থমও! মিশিদি লপলেন্দা থমও! মফম ৮ ম। অসিদা কাখুম ৮ মা অসিসুং থমও! ঙামু ২ কাংভা হরাইমান ১ য়াওনা পনচি ৪ মাদা চাভি থাউমৈ ৪ থালও! মতৌদি লাৎলিভৈদা য়েংও! মৈপুনগুম্না উগদবনে। মহয়দি চাক, ঙা, কি, কোল-লিক হোঙনগদবনে, খুন চ'উয়ে লৈচাউগদবনে। মাইকৈ ৮ মাগী লাল পা-ঙমগদবনে। লেপ্পা খংও! শঙ্কর মহাদেবনা হায়রম্ব রানে, অরেপ্পনা লান্নবনে, অচেৎপবু হেনবা অমা লাই লৈতে। পীনখবু হেনবা লন অমা লৈতে খংও। হয়িচা হন্না হে ॥

---

থৈজারো॥

# থাগেম্বা লাঙজে পুয়াগী শম্নম্না

## হৌজিক্কী মৈতৈলোন্দা হন্দোকপিরম্বা

শ্রীনামিরাকপম দিনচন্দ্র সিংহ
পণ্ডিত অচোবা মাকনুং ।

মৈদিঙ্‌ঙু খাগেম্বনা পোইরৈ সনা লৈবাক্তা চোয়নৌ সনা কম্বাল তোংলবা মতমদা খোইয়ুম সনামহি চীঙ্‌ঙু তাইবং খায়ববু পুক্লিং চেৎনা নিঙজে। ইবুংঙো নহাক্কী চেংলৌ শকপানথোং নিংথিববু তাইবং মীপুম খুদিংনা মশক মওং নাইদে হায়না তাংনরিবা শোন্নরিবা অসিবু ইবুংঙো নহাক্কী চেংলৌ শক্তমবু করম্বা মওং শক্তমনো খংজনিংযে হায়না নিঙ্‌জরবদা চীঙ্‌ঙু তাইবং খায়বনা নিংথৌগী পুক্লিং মুংকংনরিবা রাখলবু শেংদোকপিগে খঙহনবিগে হায়বগী চীঙ্‌ঙু ঐগী ইশক চেংলৌ লেপপান-থোংদি নমু তাইবং শক্তমগী হায়ববু খঙহল্লমগে হায়তুনা লাইরিংথৌ তাইবং খায়বনা লাংঙোন্দুনা মৈতৈ-লৈমা নিংথৌগী তালোয় ইবেম্মাগী পায়মা পিবুকল্লুংদা চঙখিতুনা কালেনগী ৩ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা হয়রাং মচা-য়ানখরে তাউজিং মরু পললে। অসুম্না মৈতৈ লৈমা ইবেম্মানা লোইদাম খাবুম ১০ নাউপুরগা কাইরেনগী থানিল নুমিৎকী য়াচ বা মতমদা লাইয়িংথৌ তাইবং খায়বা পোক্লে। লাইয়িংথৌ তাইবং খায়বগী মপোক নুমিত্তি য়ুমশকৈশনে। মতৌ অসুম্না লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা খোইয়ুম থৌজান লবকুনা নিংথৌ সনা ঈবু লাইহুইখরে মপারী মুংচানববু ফংজরবগী শলাইরোনগী হৌনবী শাগৈ মৈহৌ-তৈহৌ তৌদুনা পা-চা শলাই পাউজেল্লা মথৌ য়াঙ্গেল্লবদা ৬ নি ইপান থাখিরে। চীঙ্‌ঙু মথোংখাদা ইরাৎ পুরুম থৌনিজৈ! লৈমা নিংথৌ অনিমানা মপারী

নুংচানম্ববু হাংনা যংজরবনি হায়বগী কোলোয় মমিংথোংবু সনা রাপিহনও মিংথোম্লে। অস্নূম্না সনা মতুম ফংবগুম্না লৈমা নিংথৌ অমিনা উনবি হরাউ মথোয় তোংলবদা লাইয়িংথৌ তাইবং খায়বনা মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বগী মপারী ওইনা তাইবং শকুম ওইনা লৈগদবদি কুমজা চহি ৮ মঙইরে হায়না নোংদমখিবনা কোরৌ অস্তুম হৌখিরক রাংবন অস্তুম রাংখিরবগী কুমজা ৭ মপুং ফারক্লবগী কোরৌ নোংজা অমদা মৈদিংঙু পম্বৌ মপা খাগেম্বনা সনা কংলা তানা কাগে ইবুধৌগী লাইফম থুরুমলুগে হায়বগী মৈদিংঙু কোনলোই মশঙ্গাই মোংশাঙ্গে কোন্নুংদগী নিংথৌগী পোংলোয় শমপোৎ হোংহুনা তম্নম নাইচা অম্বাম্বনা থৌগন্না সনা খোংলেঙ্গে তৌরবরু মপারী সনা রাপিহললনা মোংবা শঙ্গাইনুংদগী চেম্বৌরক্লুনা পম্বৌ মপা ইবুংঙোগী ফিজি পায়না য়াল্লরে। মতম অসিদা মৈদিংঙু শেনবী খাগেম্বনা মপারী চেংলৌ শকপানথোংবু মোইকাই মিৎয়েংথরবদা ইপারী নুংচানবা সনা রাপিহনও! নঙনা পম্বৌ নপা ঐগী চৈরে ফিজি পায়না য়ানবরু করি হিরম লৈবনো ইপারী নঙগী করি ননিঙ থুঙদব। লৈহিক্লবনো হায়না নোংদম্বীরবদা মপারী সনা রাপিহন্ন। পম্বৌ ইপা ইবুংঙো! অসি কোরৌ নুমিত্তু ইবুধৌগী সনা কংল। কাবদা নচা ঐস্নু পম্বৌগী হৈনা তুংয়িনজগে হায়না পাউখুম্লবদা খাগেম্বা নিংথৌনা করি রানে। পারী ইবুংঙো! নহাক্তি অঙাংগী নারা ওইরিয়ে। মেন সনা কংলা কাবদা নপল ঐগী হৈনা তুংইন তানবস্নুং য়াঙমলোই। কংলা লাইফম অয়াম্বদি নবুধৌশিংগী য়াথোকফম অরুবা মফম ঙাক্তনি। পারী নঙনা অঙাং নারা ওইবনা থঙদম্নবগী পংচং চংলুরগা খোইয়ুম মঙাল শানম্নৈবা চুরুং লাংথাক ফংগনি, চঙহৈদেনে পারীও! অস্নূম্না হেম্ন নৌনা চৈরৈ ফিজি য়াল্লবরু থৌরাম্লবদা মপারী থুজেং লৌথোক্লুনা নিংথৌ থবাক পমশিনা পুশিল্লক্লুনা পলেম মমা ইবেম্মা মৈতৈ লৈমগী মফমদা শিন্নরে। নিংথেম খাগেম্বদি তম্নম নাইজা থৌগন্না মনাই মশল পুম্না য়োম্না সনা থোংলেংথরে।

অসোমদদি মপারী সনা রাপিহন্না পলেম মমাগী মনাক্তা লৈরম্বদগী মপাল্লাংদা থোকখিহুবা সনা শঙ্গাই মাঙ্গোন্দা শান্নহুনা লৈখি। মতম অসিদা মৈতৈ-লৈমা মমা ইবেম্মসুং মোংবা শঙ্গাইনুংদা লোয়নবি-শিংগা রারী রাতাই শাহুনা লৈ। অসুম্না লৈরিঙৈসিমক্তদা তাইবং কনাবু খংহনদে, নমু কনাবু উহন্দ চীঙ তাইবং খায়বনা ঐগী মুমিৎ মশিং শুরবরা কুমজা চহি মশিং শুরবরা হায়না উনবি পুকনিংদা নিংশিংলুববু কোক্নৌ মুমিৎ অসিমক্তি কুমজা চহি ৭ মপুং ওইরবগী কোক্নৌ নোংমা হেনবনা চহি ৮ শুরমলে। লাইয়িংথৌ তাইবং খায়বনা ঐগী কুমজা চহি মশীং শুরে ঐদি থোইয়ুম লাইওইখিরগে হায়না নিংশিংলকুনা সনা শঙ্গাই মাঙ্গোনুংগী ফমলেন্দা শান্নরহৃদগী ইখং খংহৌদনা মালং ফেনচি-ওইনা খমকোল নোংলৈ ওইহুনা লাইয়িংথৌ তাইবং খায়বদি থোইয়ুম চীঙ শানওন্না মাংখরে। মতম অসিমক্তদা লাইয়িংথৌ খাগেম্বসুং সনা কংলাদগী লেংথরকুনা মোংবা শঙ্গাইদা রাইথুংলরে। শঙ্গাই মাংগোম্বক্তা লেংখৎলবগা লাইয়িংথৌ খাগেম্বনা শঙ্গাইনুংদা তন্না লেংশিন্দুনা মৈতৈ-লৈমগী মফমদা মপারী সনা রাপিহনবু লৈবরা কদাইনো হায়না সনা য়াথং তাক্লমই। নিংথৌ সনা য়াথং তাবদা লৈমনা পাওথুমজে। লাইয়িংথৌও! নপারী সনা রাপিহন্দি হৌজিক্তা ঐগী ইনাক্তা লৈরম্বদগী মপাল্লাংদা থোক্কুনা মোংবা শঙ্গাই ফমলেম্বক্তা শান্নহুনা লৈহৌবনি লাইনিংথৌ। য়ারা অসি তাবদা লাইনিংথৌ খাগেম্বনা অতুদি ইপারী মুংচানববু লৈত্তে মফম কৈদা লৈবনো অসুম্না লৈমা নিংথৌ অনিচংনা নিংথৌ তয়ম নাইচা হুপ্পা অকল অথৌশিংগা লোয়ননা শঙ্গাই য়িম্নুং কাচিনসু কমজাউ কাংখলনুং য়েন-খা য়েনখুন কোয়না থিরুরে থিখংদে। লৈমা নিংথৌ অনিদি অরা হকচোক লাংহুনা হুম্মাং লৈরিক কাহুনা মিপাইথিবা স্বরমা লরাই কোইরেম্বক্তা য়ৈহুনা মপারী সনা রাপিহনবু থিরক্লবদা লৈকাই খুনগং লাম্না তুরেল হিদেল তাকম খুদিংদা থিহুনসু থিখংদে। অসুম থিবা থংত্রবদা লাইনিংথৌ খাগেম্বনা অঙাউবগী মতমগুম্না মোংবা শঙ্গাই

মাঙ্গোনগী ফমলেন্দা তাংজা লয়দা লূক্কুনা ভরং লাইজা শিস্থনা লৈরিবৈঙে নিংথৌ উনবী মৈচাকপু পলেম মমা ইবেম্মা লৈমরেন শিদবীনা মোংবা লপলেন কাদগী থোক্লকুনা নমু তাইবং শক্তম লৌতুনা হমু মালৈ কারবীনা সঙ্গাই থোঙজিন্দা লেপ্তুনা তাইবং মীরোল থোক্লা চীঙু ম্মারা থোঙ্গেললেম্মা লাউরকলে। পারী ইবুংঙো থাগেম্বাও! নহাক্লা নপারী সনা রাপিহনগী মান্ন খোংখুনবু ঐনা তাকপিন্নগে। নপারী সনা রাপিহন্দি চীঙু মাগী শম্বোং মকাইফমদা চঙখিতুনা খোইয়ুম চীঙ লাইওননা লৈখ্রবনে। নপারী সনা রাপিহনগী চৈরৈ নিংখম মচেৎকা কাঙজৈ হুমদং মখুৎশ্ঙ্গা শম্বোং মকাইফমদা তাতুনা লৈরিবনে হায়না। মালেম মমা লৈমরেন শিদবিনা খোইয়ুম লাইপাউ লাউরম্লগা মালং ফেনচি ওট খমকোন নোংলৈ ওইতুনা মাংখিরে। খোইয়ুম লাইপাউ তাবদা মৈদিঙু শেনবী থাগেম্বনা মচাবু শম্বোং মকাইফমদা চঙখরে হায়বা রাবু হেক তাবদা অঙাউবম্বী মতমগুম্না সনথোং কাদা চেনশিনখিতুনা য়েংলুবদা পারী মচা ইবুংঙোনা শেৎলম্বা চৈরৈ ফি মচেৎনে, মহাক্লা মুমিৎ খুদিংগী পায়তুনা শান্নরম্বা কাংজৈ হুমদং মখুৎশ্নে। সনামহিগী লাইমাংদা মালেম লয়দা তাতুনা লৈরম্লে। মতৌ অতু উবদা, থাগেম্বা নিংথৌনা মচাগী চৈরৈ ফি মচেৎনে কাংজৈ হুমদং মখুৎশ্নে মালেম থক্তগী লৌখতুনা পুম্নং থাদ কোন্দুনা নোং খোংবগুম য়ারা থোঙ্গেল থোক্লা কপলে। পারী ইবুংঙো নঙদি ওম্বোকপনিদা! ইপানা কোরৌ নোঙ্গাখ্রবদা ইপাগী ইহুৎ ইরেন শিন্দুনা কংলা সনা য়োইকোনমুংগী ফম্বাল থক্তা কাতুনা পোইরৈ তানথোং ময়ুং কুইনা শাবন লাম্বোং ঙাক্কুনা পানগবরা হায়বদি শিঙলেন অরেম্বা লৈরাং অতিংঙাবু ওইখরেকো। চীঙু নতিক অরুবা খোইয়ুম নঙান অরাবা ওইবনা ইপারী নঙদি খোইয়ুম লাইবু ওইখ্রমাল্লেকো অঙকপনিদা ইবুংঙো! খোইয়ুম নোংদম্বা নঙগী কুম্মে অসে। পলেম মমা ইবেম্মা মৈতৈ লৈমম্নং চেনশিল্লকুনা মৈদিংঙু থাগেম্বনা পায়রিবা মচাগী চৈরৈ ফিজেৎকা কাংজৈ হুমদং মখুৎশঙ্গা লৌতুনা পুম্নং থাদ পম্না-কোন মালেম

লৈমায়থক্তা ওন্দুনা লরাই শমদোং ফোম্বনা হীক্লা লাউনা কপ্লকলে।
পান্নী ইবুংঙো মুংচানবা চেংলৌ শকোই হেনবা নঙদি পলেম নমা লাইবক থিবী ঐবু হুপ্তেক্লম্লগা খোইয়ুম লাইবু ওইনা চৎলমাল্লেকো। পলেম নম্না ঐনা ইপাবী নঙবু চোয়নৌ সনা কম্বাললাংদা-ভোং পলেম নমা ঐহাক্লা ইপাবী নঙগী চেংলৌ নিংথিবা লোইদাম থাজ থানিনগুম্ববু কোরৌ নোংম্বা খুদিং য়েংতুনা লৈজনি বদি শিঙঙেন মরেম্বা লৈরাং অতিংঙাবু ওইরেম্বা কল্লকইদা ইমানা। অঙকপনিদা ইবুংঙো হে খোইয়ুম নোংদম্বা নহাক্কী থৌশিল অসে। অম্মুন্না লৈমা নিংথৌ অনিনা মপাবীগীদমকপু পুক্লিং ম্নরা তুরৈ চন্না লৈখি।

অসিগী মতুংদা খোইয়ুম শিদবনা তোল্লোং লম্মহন হাউম্নু খুনজিন লমম্নুংশি পোইরৈ লৈশাংখোং মরু রাঙ্গোয় মকাইফমদা চীঙ ঐগী লাইশং ফুরা শাহনগে চীঙ ঐগী লাইফমলেন অথোইববু থম্বিম্নগে। নমু তাইবং মীওইবা পুন্নমক্কী চংনফম লাইফম ওইহনগে চীঙ ঐগী ইচেংলৌ শকপানখোং নিংথিরসিবু তাইবং মীওইবশিংনা থংতৌরসম্নু হায়বগী খোইয়ুম শিদবনা লমলেন রাঙ্গোয় মকাইফমদা লৈজবি খোইস্নাম নিংঙোনবী লুখ্রা শীঙদা চল্লবী মপাবী শাংত মমোম ফুইদ্রবি লাইর অতোন তারবি থমলৈ অয়েং চেংলবি থোইম্নু অহোঙবি কৌবিনা অহিং তাংলৌ থেংলবদা তরেং খোংফাং-লয় থাপলৌ মম্বিন শিংনা (মোইথাপ নাইনা) মুরা শিনথোই তান্না লৈরিঙৈগী মতমদা চীঙ তাইবং খায়বনা উনবি পুকনিং নিংশিংলকলে। চীঙ ঐনা পলেম মতম মানবী অহল মতম ওইরবীনা তরেং খোংফাং লয়না থাপলৌ মম্বিন-শিংনা লৈম্নিবীসিগী শিননৌ মোইথাপম্নুংদা চঙলগে। নমু তাইবং মীরোন থোক্লা চীঙ লাইপাউ লোম্লগে। পলেম মতম মানবী খোইস্নাম নিংঙোনবীবু চীঙ ঐগী খাবি থিম্নাথৌ অমাই শুমদোং লাংবু ওইহনলগে। অম্মুম হায়না চীঙ উনবি নিংথম্লক্নুনা শিনৌ মোইথাপম্নুংদা চঙখরে। হন্নু ময়াই কাম্নবী খোইস্নাম নিংঙোনবিনা তরেং খোংফাং-লয়না থাপলৌ

মরিন-শিংলকপদা খোইয়ুম শিদবনা নমু তাইবং মীরোলনা পাউমেল্লকই। হে খোইম্বু অহোঙবি! পলেম মতম মানবি নঙবু তাউও! চীঙু তাইবং খায়বা ঐবু নঙগী শিন্নৌ মোইথাপন্নুংদা লৈরিয়ে। পলেম মতম মানবি নঙবু চীঙ ঐগী ইদাইরেম্বু ওইনগে। পোইরৈ সনা লৈবাক অসিদা খাবি থিয়াথৌ অমাই শুমতোং লাংবু ওইহনগে। খোইয়ুম ঐগী য়াব্রা ইপাউমেন অসিবু তাউ! হয়েং ইন্নুং শরা ঙাল্লবদা পম্হৌ ইপা ইবুংঙো খাগেম্বদা নঙনা চৎলগা হায়রুও! নপারী সনা রাপিহন্না হায়রকপা রানে। পোইরৈ লৈশাংখোং মরু হাওনু খুনজিল লমন্নুংশি লমলেন রাঙ্গোই মকাইফমদা পারী নচা সনা রাপিহনগী উনবি পুক্লিংনা পাম্বা লমদম ওই। মফম অতুদা পম্হৌ ইপা নহাক্কা নপারী ঐগীদমকপু ফুরা লাইশঃ শাবিয়ো। ফুরা লাইশঙন্নুংছুদা নপারী ঐগী চেংলৌ শকপানথোংবু মালেম লয়রুমতৌ খোইরু মিতম লাক্কা তরেৎ শেনক্তা অহিংবনা হৈরগা ফুরা লাইশঙন্নুংদা থম্বিয়ো। পোইরৈ তান্থোং ময়ুং কুইহনগে শাবন লানখোংবু নচানা ঙাক্তুনা নিংথৌ ফম্বাল মরা চেৎনা পালহলগে অম্সুম হায়না পলেম মতম মানবী ইমা নঙনা পম্হৌগী খুয়া থাদা হঙ্গংলুও হায়না চীঙ লাইপাউ হায়রক্লবদা খোইম্নাম নিংঙোনবী হন্নু ময়াই কারবীনা নাতারবদা খোইম্নাম নিংঙোনবীদি অচেন খংলৈ হৌনা (অথংবগা অকিবগা লোয়ননা) খুংফাং চাংজো চেম্ন, লোম্না তরং লাইজা ইরা চেন্না হীক্লা হীক্লা কপ্লকলে। অঙকপনিকো ঙেংবানবা! ইবুংঙো খোইয়ুম শিদবা নহাক্কি কুম্মে অসিবু ননাই তোল্লবি নমু-তাইবং মপোক য়ুমওইবি লাইবক খেনলাই থিরবী ঐহাক্কি ইফমদা খোইয়ুম নঙনা লেঙবিরক্তুনা চীঙ য়ারা নপাউদি তাজরে, চীঙ চেংলৌ শকপানথোং নিংথিবা লোইদাম থাজ থানিনগুম্বদি উজবা ফংজদে। চীঙু নয়াথংবু মালেম লয়দ তাকদে, মদাইরেন ওইবি ঐহাক্কা হয়েং কৌবা ইন্নুং শোয়রবগা পম্হৌ নপা ইবুংঙোগী সনা খুয়া থাদা চেংনা খোইয়ুম নপাউমেন নিংথিবা চীঙ য়াব্রা নখোঙ্গেল থুমথোইবৰু তন্না হঙ্গংচরুগে অম্সুম হায়না খোইম্নাম নিংঙোনবীনা চৈরে ফিগাউ শানা য়াজহৌরে।

অহিং ইনুং লেনবনা শরা তয়না ওল্লবদা থোইম্নাম নিংঙোনবীবা খাংচেৎ মচি-লাং মানলৌ-লমথাং চৈরেন। কোকখুম্ননা তুবি সনা য়োইকোননুংবু ভান। কারকলে। নিংথৌগী শন্নথোঙবু স্লোরক্লবগা থোইনু অহোঙবিনা নিংথৌগী মনাই থোঙশঙববু লৈরবদ। পারী মতম মানবা নিংথৌ মনাই অঙম্বা-ও! ঐদি অসি কোরৌ অসিদ। তুবি ইনোংথৌ লাইরেন সনা খুয়া খাবু খুরুমলুপে অস্থুম হায়জরবদা নিংথৌ মনাই থোঙশঙবনা পলেম মানবী ইমাও! মফমসিদ। ভাহাক নুংগোইমরমবু অর। হকচাং হুইশোল্লবা মালং ইচিক থেমলমখো। তুবি লাইরেন ইনোংথৌ সনা খুয়া খাদবু পলেম য়ারা হঙ্গৎলুপে অস্থুম হায়রম্নগা সনা য়োইকোননুংদা চংখিরে। পোইরৈ সনা মীতম ভানবা লাইনিংথৌ! নদাইরেম তয়ম ঐগী ইথোঙশঙ থোংশঙ মঙম পুবদা অহল মতম ওইরবী ভনু ময়াই কারবি অমবু ইনোংথৌ সনা খুয়াখাবু পুরুমজগে লাকচৈদো সনা নোংদম ভাইজরিয়ে। অস্থুম হায়রবদা মৈদিংঙু খাগেম্বনা কনা ওইরিগবা তয়মশা? থুনা য়াঙনা পুশিল্লকও। অস্থুম্না সনা য়াথং তাকপিরবদা নিংথৌগী মনাই থোঙশঙবনা তন্না লাক্লুনা থোইনু অহোঙবিবু পুশিল্লে সনা খুয়া খাদা পুরুমলে।

নিংথৌ সনামাং য়োবগা থোইনু অহোঙবিনা নিংথৌগী সনা খুয়া খাবু য়েংলগা তিঙক তিঙক লৈজরবদা মৈদিংঙুনা পলেম ইমা নহাকপু লমদম কৈদগী লাকপনো? কোলোয় নমিংনা করিনো? নিংথৌ ঐগী ইকমদা লাকপবু রারম করি লৈবগী লাকপনো হায়না সনা য়াথং তাকপিরবদা থোইনু অহোঙবিনা হগচৈ। পোইরৈ নিংথৌ ইনিংথৌ সনা মীতম ভানবও! ননাই তোল্লবি ঐদি রাঙ্গোই মকাইকমদা লৈজবি কোলোয় ইমিংথোনদি থোইনু অহোঙবি কৌজেদো। ননাইনা সনা মাক্তা লাকচবদি করি হায়না হঙ্গৎসিবনো? লাইনিংথৌ! তাইবং কনানা থাজ-য়াদ্রবা য়ারানি। অতুবু সনা খুয়া খাসিদা হঙ্গত্তবা য়াদ্রবা

ওইবনা তোল্লবিনা সনা খুয়া খাদা চেঞ্জরকপনি। ননাই তোল্লবিনা অহিং তাংলৌ লয়না থেংগ্রবদা লাইর অতোন তারবগী খমলৈ অয়েং চেংলবগী মরম্মা শিন্নৌ মোইথাপ নাইরঙৈ নপারী সনা রাপিহন চীঙু লাইওইখিবনা শিন্নৌ মোইথাপন্নুংদা চঙ্ডুনা চীঙু মাগী য়ারাবু খোইয়ুম লাইপাউনা তাইবং মীরোল থোক্না পাউমেল্লকয়ে। পলেম মতম মানবী খোইস্নাম নিংঙোনবিও! চীঙু তাইবং খায়বা ঐনে। ইমা নওগী শিন্নৌ মোইথাপন্নুংদা লৈরিয়ে। চীঙু ঐগী ইরা ইপাউবু তাবিয়ে। হয়েং ইন্নুং ঙানবগা পন্থৌ ইপা খাগেম্বা তুবি মাগী মকাইফম সনা খুয়া খাদবু হংকল্লুও! নপারী মুংচানবনা পামজবা পোইরৈ লমন্নুংশি রাঙ্গোই মকাইফমদা নপারীগী ফুরা লাইয়িম শাবিয় অতুগা নপারীগী চেংলৌ শকপানথোংবু তরেৎ শেলহিং অহিংবনা অহয়বা ফোনফু চঙ্ডুনা ফুরা লাইশঙন্নুংদা লাৎপিয়ো। পোইরৈ তাম্থোং ময়ুং-কুই লেমথোং মরাক পাকহনগে। পনথৌ ইপা নহাক্কী নিংথৌ ফম্বাল মরা চেংনা পানহনগে। মৈতৈ সনা কংলৈপুংবু শাবন লানথোং ঙাক্তুনা নপারী ঐনা লৈজগে। অস্তুম হায়না নপারী সনা রাপিহন্না খোইয়ুম চিনগোই অমেঙবনা ননাই ঐঙোন্দা চীঙু লাইপাউ তাক্লকই। হিরম অসি লৈবগী শেনবি নথোং খাদবু হঙ্গংচগে লাকপনি।

হন্নু য়ারা তাবদা লাইনিংথৌ তুবি খাগেম্বা পায়মা সনা রাথন তৌনা নিংথল্লে। পলেম মতম মানবী ইমাগী য়ারা পাউখোল অসিবু নিংথৌ ঐনা থাজসিবরা। অসি কোরৌ অসিদা পুরকইবা য়ারাবু নিংথৌ ঐনা লৌতুনা থবক অসিবু থোকুবা তৌরবদি পোইরৈ সনা লৈবাক্কী মীয়াম অসিনা উনবি মপুক মন্নুংদা করি রাথল তৌগবা করি হায়না শোন্নাইবা য়ারাসিবু য়াফম থোক্তে নিঙখল্লবগী অস্তুম হায়না নোংদমলে। হে ইমা পলেম মতম মানবিও! নহাক্কী য়ারা খোঞ্জেল অসিবু নিংথৌ ঐনা থাজবা ঙমহিকলোই। ইপারী সনা রাপিহনগী মচেংলৌস্তু

উদ্রিদো। ইপারী চিনকোয় নিংথিবা য়াৱা থুমখোইবসু নাতারৌদে নিংথৌ ঐনা থাজহিকলোইয়ে। পলেম নঙবু শাউগুনো হায়না য়াদ্রবদা খোইস্নাম নিংঙোনবী থোইমু অহোঙবিদি মৈদিংঙু খুয়া খাবু পুরুম্নম্নবগা মোংবা মরাল হনৱাইখি।

অস্নুম্না মৈদিংঙু নিংথৌরেন খাগেম্বনা য়াদ্রবদা চীঙু তাইবং খায়বা মালেম লয়রোন ১৪ মকপু খোইযুম মিৎনা উঙম্বনা অনৌবা উনবি লয়নিংশিংনা নিংখল্লে। চীঙু ঐহাক্তি লমলেন রাঙ্গোই লমনুংশিগী মকাইফমদা লৈরিবা ইদাইরেম * লৈশাংথেমচা খোম্মাগী মফম লাংদা চৎলগে খোইযুম ঐগী ইহাকথক্তা পোইরৈ মনুং অসিদা তয়ম মাবু মিংনাইবা অমাই শুমতোংলাং ওইনা পোইরৈ শীন্না থঙহনগে। অস্নুম্না নিঙখল্লবগী মালং ফেনচি—ওই থমকোল নোংলৈ ওইতুনা মদাইরেম খোম্মা-কৌবগী মোংবা মরানয়াইদবু য়াইথুংলুরে। মতম অসিদা মদাইরেম লৈশাং খোম্মা কৌবদি খোইযুম মিংখৈ অথুপ্পা মৈতৈ পুয়া পারঙৈ চীঙু শিদবা মাগী মিংখৈবু উনবি নুংদা নিংশিংনা লৈরিঙৈ মতমদা চীঙু তাইবং খায়বনা চেংলৌ শকপানথোং নিংথিবা তাইবং পুম্বা পুকহুবা লোইদাম থাজ থানিনগুম্বা শক্তুম্না মদাইরেম খোম্মাগী শমু মাঙদা ঙানবিরে। খোইযুম য়াৱা খোঙ্গেল নুংশিবা ইঙা কুমজেনবা ইঙেল কুমথাইবনা হয়ি খোন্দানবা মখোঙ্গেল্লা নমু মীরোল থোক্লা হায়রকলে। হে ইদাইরেম খোম্মা-ও! তাংজ নমাইবু চীঙু ঐঙোন্দা য়েংলকও অস্নুম খোইযুম মপাউ লাউরক্লবদা মদাইরেম খোম্মানা তাংজ লয়না কাঙনা য়েংলুববু খোইযুম শিদবনা সনা ফিগে-থোন লোইদাম থাজ লিশিংনা ঈঙনা চীক্লা ঙানবগুম মোংবা য়ুময়াই-কাদা ঙানথোইনা লৈরম্নবদা পোইরৈ লৈশাং খোম্মাদি ভুজুং মানজুং-হৌ মিৎসনা তরং লাইজ শিম্বনা মালেম লৈমাই-থক্তা মৌবি কোংয়াং চৈশ্না পক্লা তাবগুম পুনেমজরকলে। মতম অতুদা

* লৈশাংখোম্মা=লৈশাংথেম খোম্মা. রাঙ্গোইদা লৈবা মৈতৈ পুয়া লাইরিক শম্বা পণ্ডিতশিং ওইদ্রিবা তুংদা মমিংচৎপা পণ্ডিত অমা ওইরক্কদবা মীশকনি।

চীঙ্ তাইবং থায়বনা পাউমেল্লকই তয়ম নঙবু তাউও! চীঙ্ তাইবং খায়বা মালেম লয়শেম্বা ঐনা থোম্মা নঙগী মোংধা নক্কমলাংদা লাকপদি হুয়েং ইন্নুং শরা ভাল্লবদা পম্মৌ ইপা খাগেম্বগী সনা থুয়াখাদা চংলুও! নপারী মুংচানবা সনা রাপিহন চীঙ্ লাইওইবনা হায়জরকপনে। লমলেন তোল্লোং লম্মহন খোয়ুম মরমখে রাঙ্গোই মকাইফমদা ফ্রা লাইশঙ শাবিয়ো। চীঙ্ ঐগী চেংলৌ শরুপানথোংবু মালেম লয়রুম-তৌ খোইরু মিতম-লাক্কা তরেৎ শেনহিং হয়রগা ফ্রা লাইশঙন্নুংদবু ইরাংপিয়ো, পোইরৈ তানথোং ময়ুংকুই লেমথোং মরাক পাক্কা পোইরৈ শাবন লানথোং-ভাক লৈবাক মরা তপ্পা নিংথৌ কম্বাল থক্তা কূমজা কূমশিং কুইনবু পালহলগে হায়না হায়রুও। মতম অতুদা ইদাইরেম নঙগী লুরাই কোইরেনথক্ত চীঙ্ ঐনা তোংতনা নমু তাইবংনম্নুং উহন্দা খোইয়ুম লাইনম্নুং খঙহন্দনা চীঙ্ ঐগা নঙগা লাইরোইননা পম্মৌ থাগেম্বগী সনা য়োইকোনন্নুংদা কারুসি। খোম্মা নঙগী চিনকোয় নপাউমেনবু নিংথৌরেন পোইরৈ খাগেম্বনা থোওই রাওই তৌদ্রবদা চীঙ্ ঐনা নমু তাইবং মীরোন থোক্লা পম্মৌ ইপাগী মফমদা হায়জগে হায়না চীঙ্ খোইয়ুম মপাউবু মেল্লক্রবদা তোনবা লৈশাং খোম্মানা খোইয়ুম চীঙ্ ময়াংবু মালেম লয়দ তাফরোই হায়রবগী চৈরৈ ফিগাউ শানা য়াজরকলে।

চীঙ্ অতিংকোক মরু শিদবা য়াইবি য়েনহৌঙৈগী অমম লৈশানরকপা খেরে মুংগুম তগুপ্পা পোইদিংঙ্ নোংথাং তংলেন তাইবং লাইজ যিপোকপা চীঙ্ নত্তিক অরুবা খোইয়ুম শানওন য়াম্বা লাইনিংথৌ নদাইরেম তয়ম ইরাকমনা খোইয়ুম ময়াথং অরুববু ইন্নুং শরা ভাল্লবদা তাংজ লুদা থোংনা নিংথৌ সনা য়োইকোনন্নুং পোইরৈ সনা মিতম ভানবগী সন্নথোঙবু য়ৌরবদা নিংথৌ মনাই খোঙশঙবদা খোম্মানা অসুম পাউমেঞ্জরকয়ে নিংথৌ মনাই মুংচানবা অঙম্বা নথোয় পূম্ববু তাউও! পোইরৈ সনা থুননিংথৌ য়াইফথোইবদা অমুক্তং হঙ্গংপিয়ো। নিংথৌ সনা খুয়া খাবু অমুক্তং থুরুমজগে অহল অমা লাকচরি হায়না হঙংপিয়ো

হায়রবদা নিংথৌ মনাই থোঙশঙবন। চৎখিদুনা লাইরেন মনোংথৌ তুবি লৈমাবা নিংথৌরেল খাগেম্বগী সনা খুয়া খাদা খুরুমনা পোইরৈ সনা মীতম ঙানবা লাইনিংথৌ ! ননাই ঐখোয়না পুজবা থোঙ কংলা সন্নথোংসিদা অহল মতম ওইরবা অমবু লাক্তুনা সনা খুয়া খাবু খুরুমজগে লাকপবু পুশিন্নরকপা য়াগবরা হায়না হঙ্গৎলে। মৈদিংঙু তুবি খাগেম্বনা সনা য়াথং ভাক্লকই। তয়ম থোঙশঙবা ইঙাইরোই ! তয়ম নখোইনা শীন্দুনা অহলতুবু পুরকলাও !

নিংথৌ মনাই মুংচানবশিংনা তন্না চৎখিদুনা খোম্মা মুঙমূ-চাকু পুশিল্লে। নিংথৌ মাঙদা য়োবগা লৈশাং খোম্মা অহলনা পোইরৈ লৈবাক লৈমাবা কংলৈ নিংথৌ ইনিংথৌও ! সনা মীতম ঙানবা হুয়েন লাংজং শাফবা ! নদাইরেম তয়ম ঐনা সনা খুয়া খাদবু পুনেমজরি। পন্থৌ পোকমাবা মানবা ইপূও ! নহাকপু কনানো ? নিংথৌ ঐনা নশক নতৌসুং খংদ্রিয়ে। পোইরৈ লমদম কৈদবু লৈবনো ? কোলোয় মিংলেন্না করিনো ? খোরম করি লৈবগী নিংথৌ ঐগী নাক্তবু লাকপিবনো ? অসুম পাউহংখোনবু ভারবগা লৈশাং খোম্মানা পাউমেঙ্গে ! চীঙু শিদবা খোইয়ুম তাইবং খায়বা নপারী ইবুংঙো সনা ব্লাপিহন্না নদাই তয়ম ঐগী অহিং তাংলৌ লয়না খেংলবদা খোইয়ুম মাহাক্কী চেংলৌ শকপানথোং নিংথিবা লোইদাম থাজ থানিনগুম্বনা লেঙবিরক্তুনা নমু ভাইবং মীরেল থোকনা হায়রময়ে। ইদাইরেম খোম্মা নহাক্কা পনথৌ ইপা ইবুংঙোগী সনা খুয়াখাদা হংকৎলুও ! পারী নচা সনা ব্লাপিহনদি লমলেন মদাইমা হাউনু খুনজিন লমনুংশি ব্লাঙ্গোই মকাইফম অসিবু নচানা পামজবা লমনে। মফম অদুদা ফ্রা লাইশঙ শাবিয়ু চীঙু লাইফম রাবিয়ু অদুপা নপারী ঐগী চেংলৌ শকপানথোং অসিবু তরেৎ শেনহিং হয়দুনা ফ্রা লাইয়িম মুংদা লাৎপিয়ু। পোইরৈ তানথোং মঙুংকুই লেমথোং মরাক পাক্লা শাবন লাম্থোং ঙাক্লা কংলা ফম্বাল মরা চেৎনা পালহনগে। অসুম হায়না নপারী সনা ব্লাপিহন্না পাউমেঙ্গরকই লাইনিংথৌ। খোম্মা য়াব্লা তাবদা

মৈদিংঙু লাইরেন খাগেম্বনা ইপু নহাক্কী য়াৱাসিবু নিংথৌ ঐবু ঙকলেদা লাইরেন ঐদি থাজহিকলোইয়ে। ইপারী মুংচানবগী চেংলৌ শকপান-থোংবু উথ্রিয়ে লাইরেন ঐনা য়াঙমলোই। পারী ইচা ইবুংঙো, খোইয়ুম চীঙ. লাইওইখিবা মহাক্কী য়াৱা মপাউখোনবু নিংথৌ ঐনা তাবা ফংজ্রিয়ে। অদুবু ঐনদি করম হায়না থাজরসিগে ?

---

মতম অসিদা খোইয়ুম লাইপাউ ওইনা
তরঙদগী লাউরকই।

"হাদ পম্বৌ অপোকপা! নপারী ঐগী য়াৱা ইখোঞ্জেল অসিবু তাবিয়ো। নপারী ঐনা খোইয়ুম লাইওইখিবা মরম্না নমু মীরমলেন্দদি তিনবা ময়াদরে। নচাগী চেংলৌ শকপানথোংবু উদে হায়বতনি। নপারী ঐদি অমাং অতা লৈত্রবা চীঙু শিদবা খোইয়ুমনি। অসাইগী ভাংনবা ৱারম্বু নদাইরেম খোম্মা মহাক্কী লৱাই কোইরেন থক্তা লৈনা নাত্তারি। পম্বৌ অপোকপা নহাক্কী পুকনিংদা চিংনরিবা হিরমবু চীঙু ঐনা লোইনা থঙলে। নপারী ঐগী চেংলৌ শকপানথোংবু উথ্রিমখৈ থাজদে থনবিবতু চীঙু ঐনা য়াকাইগে। লহাননোং পম্বৌ নঙনা সনামহিবু ইবুংঙো নহাক্কী নশক নত্তৌবু তাইবংশিংনা ভাংনরি, নশক নওং নাইদে, নঙগী নশক নওংবু করম্বগী শকওং শক্তমনো হায়না খঙনিঙবগী নিংথনখিবতুনা চীঙু তাইবং খায়বা ঐহাক্কী শক্তমদি নমু তাইবং মশক্কি থঙহনগে হায়বগীবু পম্বৌ নঙগী নফমদা নপারীবু ওইতুনা তাইবং ওইনা লাকপনি। চীঙু ঐহাক্কি নমু তাইবং মপোক্তা কুমজা ৭

মপুং ওই ৮ চংলবা মতমদা চীঙু লিতিন ওইবগী খোইয়ুম হৌনশা ওইখনা কোরৌ মশীং শুরবগী খোইয়ুম লাই ওইখিরবনি। হৌজিক্তি পঙ্গৌ ইপা নহাক্না ঐগী চেংলৌ ইশকপু উদ্রবদি থাজদে হায়ববু নমু তাইবং মপোক্কদি উঙমরোইয়ে। তৌয়িগীদি পনথৌ নঙনা উনিংলবদি হয়েং ইনুং ঙাল্লবগা মালং নোংহুমশঙদা নোংপোক চকলাইশেন অপানবা সনা হকচাং চনববু থাবিয়ো। মিংশেন অতুগী মমাংদা চীঙু লকা ফমজাউবা তাইবং শরী শিদবাগী তাউজিং হৈরুক শেম্মা থাজোও! মতম অতুদা পনথৌ-ইপা নহাক্না পলেম ইমা লৈমা পোকমাবীগা অনিনা মিংশেন অতু মন্নুংদা চেংলৌ মিৎথিৎনা য়েংবিয়ো। মতম অদুদা নপারী সনা রাপিহনবু ওইনা থোক্লক্কে"।

অসুম হায়না খোইয়ুম লাইপাউ লাউরক্লবদা মৈদিংঙু খাগেম্বনা য়াম্না খোঙ্গেল থেক্লা মীকপথি। ইপারীও নুংচানবা! নহাকপু ইপানা নমু তাইবংনি, সনা রাপিহন্নি হায়বগী রাথন্নববু অমম্বা ওইরেকে; ঐহাক্তি। ফরে হয়েং ইনুঙ শরা তৈরগা মালং নোংহুমশঙদা নোংপোক চকলায়শেন হকচাং চনবা মিংশেনবু থাংগে। খোইয়ুম খুয়া খাদবু তাউজিং হয়রুক কাজগে। খোংরাই মতম অতুদা পনথৌ নপা ঐহাক্না পলেম নমা পোকমাবীগা ঐখোয় অনিনা চেংলৌ শাংদানবদা পারী নঙবু থোক্লকউ। পনথৌ নপা ঐহাক্না পারী নঙগী চেংলৌবু শকউদবা কুইরকলে। য়ারা খোন্দাননা পুকমেন পাউমেন্নশিকো পারীও! অসুম্না য়াম্না লীতিন্নরে।

কোরৌ অসি নোংগী অহিং তাংলৌ হৌরবা ইনুঙ শরা তৈরগা মৈদিংঙু লাইরেন খাগেম্বনা মালং নোংহুমশঙদা সনা খোঙলেঙলে। পলেম মমা পোকমাবী লৈমনা সনা থৌগন তৌরে। মালং নোংহুমশঙবু য়ৌরবগা নোংপোক চকলৈশেন অপানববু থা খোইয়ুম খুদাফমদা তাউজিং হয়রুক কাতুনা মৈদিংঙুনা য়েৎতা-ফম লৈমলেন্না ওইদ-ফম মিংশেন মুংদা মিংয়েং শানখৈরবদা চীঙু তাইবং থায়বা মপারী সনা রাপিহন্না চেংলৌ

শকপানথোং নিংখিযবু লিক্লাই মিংশেনন্নুংদা তরং তরং চোংথোক্লে, চপ লেপ্পা লৈররে। মতৌ অসি উরবদা মৈদিংঙু খাগেম্বদি মিংসনা তরংহৌ লাইজ ইরাচেন্না মপারীবু কৌহুনা কপ্পকলে। পালেম মমা পোকমাবীস্থু মপারীগী চেংলৌ মশক উবদা থম্মোই লাইয়ুম কায়খ্রহুনা মালেম লয়দা ওন্না লরাই শমদোং কোয়না তুখরে। ভাহাক পুঙ্গোই তুরুরগা হৌগৎলক্লুন: ইপারী নঙবু লাউও। পলেম নমা ঐহাক্না ইপারী নঙগী চেংলৌবু উদবা মুংশাংলে। পালেম নমা ঐহাক্নী কৈরাতান্দা পমগে লাউও! পালেম নমা ঐহাক্নী লাইজ থকয়োৎনুংশী লাইজা লিক্লা তরুববু ইপারী নঙগী মোইকাই চিনবালন্নুংদবু য়িংগে লাউও। লহাননোং ইমা ইচা অনিনা শমু মায়য়োক্লহুনা নঙগী লোইদাম থাজ খানিনগুম্বা মায়থোংবু ইমানা অন্নকুং য়েংখিগে। অম্মুম্না য়ারা থোক্না কপ্লিউ চীঙ্ক ভাইবং খায়বদি মালং কেনচি-ওই থনকোন নোংলৈ ওয়হুনা মাঙখিরে।

অস্‌মুম্না মাঙখ্রবদা মৈদিংঙু খাগেম্বগা পলেম মমা পোকমাবীগা অনিমাদি মোংবা শঙ্গায় তানা হলরায়রে। মৈদিংঙু খাগেম্বনা মপারীগী চেংলৌ শকপানথোংবু উরবদা ইন্নুং শরা ভাল্লবগা পোইরৈ খুৎহৈবশিংবু পুহুনা লমলেন রাঙ্গোই মকাইফমদা মপারীগীদমকপু ফুরা লাইয়িম শাহল্লে। ফুরা লাইয়িম শারবগা পোইরৈ সনা লৈবাক্নী সেঞ্জবা অমুদোনবু কৌহুনা মপারীগী চেংলৌ শকপানথোংবু মালেম লয়রুম-তৌ খোয়রু মিতম লাকহন্না ফাইরেন থানিন থাজগী ১০নি পানবা য়িমশাকৈশা কেরৌদা তরেং শেনচা অহিংবনা কোলু ওইনা হয়খরে। তস্থুম অশোয় অভাম লৈতনা হয়রবদা লোইদাম ফাইরেন থাজগী থানিন নোংজাদা পোইরৈ নায়চা হুপ্পা চীঙ্ক তাইবং খায়ববু রাঙ্গোই মকাইফমদা পুথহুনা ফুরা লাইয়িমন্নুংদা থম্না ইরাৎ পুরুমলে। চীঙ্ক মনায় অচানবী থোইনু অহোঙবিবু কৌহুনা চীঙ্ক মহাক্নী *খাবী শীঙদা চলহল্লে। মাইবা

* খাবী=মাইবী।

মাইবী পুন্নমক্লা ইরাং থৌনি তৌরে। খোংব্লাই মতম অসিদা * খাগেম্ব অপোই মচানা মনাউ লৈশাং খোম্মাবু নিংথৌ লোইশঙ অচৌবগী মাইচৌ পণ্ডিত হাপপিরে।

মতৌ অসুম তৌতুনা মৈদিংঙুগী হাক্কক্লা চীঙ্ লীতিন্নরবগী মতুংদা মৈদিংঙুগী চারী চাদা হুইথবা চীঙ্ মরনকূদগী খুঞ্জাউবা পোকচরে। খুঞ্জাউবনা পাইখোম্বা, পাইখোম্বনা চরাইরোংবা, চরাইরোংবনা পামহৈবা পোকখরে। মতম অসি ফাউবদি চীঙ্ মাবু মুংহীক্লা ইরাং পুরুমজরবগী পোইরৈ শীন্না মরা হুপ্পা পাঞ্জেয়ে। পামহৈবা নিংথৌ সনা হাকথক্কী মতমদা শিলোট মপুঙ য়ায়দগী শান্তদাস মহন্তনা মাগী চেক্লা ভগবানদাস নারানদাস ২ মাগা লোয়নতুনা মখোয় ৩ না মৈতৈ লৈবাক্তা রামান্দি ধরমা য়েল্লুসি হায়না রামায়ন কৌবা মহাপুরানগা লোয়ননা লাকপনা ঙাক্রম চীংজেন্দা লাক্তুনা মৈতৈ তমদা তারক্লবগা পামহৈবা নিংথৌগী কংলা শঙ্গায় শন্নখোঙদা হুংলরে। মপু মনায় ৩ দি শজিবু থাদা তমদা থুংলৈয়ে। মখোয় ৩ উরগা নিংথৌ মনায় থোঙশংবনা পাউহংলবদা নিংথৌ সনা খুয়া খাবু খুরুমজগে হায়বগী লাকপনে হায়না পাউখুম্ববু তারগা হে সাধু লম্বোয়বা! ইপোইরৈ মৈতৈ অসিগী লাইরেন ইনোংথৌ মৈদিংঙ্ পামহৈবদি লাংথবান সনা য়োইকোননুং অনৌবা, কোন্নুং অচনবদা মপারী শ্যামশাই খুরাইলাকপগা লৈখিয়্রে অসুম পাউত্তাক্লবদা মৈরৈবাক লম্বোইবা শান্তদাসনা অদুদি নিংথৌ মঙাইয়োই থোঙশংবও! নিংপৌ নাকপু য়ৌনবা লম্বোই ঐখোই ৩ বু থিনবিয়ো মরম লমলেন লাংথবান্দি মীরৈবাকচা ওইরবগী ঐখোইনা খঙলোদে। রারম তারুবা লৈবনা কংলৈ নিংথৌবু উনগে। অসুম হায়রবদা নিংথৌ মনাইশিংনা য়াম্না ফরে হায়তুনা লমজিঙলে। লমলেন লাংথবানবু

* খাগেম অপোই মচানা=লৌরেম্বম খোংনাং থাবা শানওনখি। পণ্ডিত লাংওন্দা অসুম্না হায়রি।

য়ৌরবদা কোন্নুং অনৌবা মশঙ্গাইগী শন্নথোংদা। সাধু লম্বোই ৩ বু থন্নবদ্রা সনা নাক্তা য়ৌরকলে অত্থগা হঙ্গৎচখি। মৈদিংগু পোইরৈ সন। মিতম ঙানবা লাইনিংথৌ হুয়েন লাংজেং শাফাবা! মৈরৈবাক মচা অহুম্না ইনোংথৌ সনা খুয়া খাদবু খুরুমজগে লাকচরি অস্থুম হঙ্গৎলবদা অসাইঙৈগী লম্বোইবা ৩ গী শমু নাকতা য়ৌনব। পোক্টরৈ নিংথৌ পামহৈবা সনা খোংলেংবিরক্লে। মৈদিংগুনা খোংলেংলকপা উবদা মীরৈবাক লম্বোইবা সান্তদাসগা মখোয় ৩ দি রাম রাম হায়না মুখ চিনবানথোংদা শোল্লবগা পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌরেন ইবুংগু সনা খুয়া খাদবু কোংয়াং চৈগুম তাতুনা খুরুমজখিয়ে। মতৌ অসি উবদা সনা য়াথং তান্নকই, হে সাধু ৩ মা করব্রা লৈবাক্তগী লাকপনো? কোলোয় মিংলেন্না করি করি কৌবনো? অস্থুম রাহংলময়ে। মৈতৈ নিংথৌরেনও তাবিয়ো। ননাই ঐনা শান্তদাস মহন্ত হায়না কৌব। রামান্দি ধর্ম্মগী গুরুনে, ঐগা লোইনরক্লিবা ২ সিনা ভগবানদাস নারানদাস অস্থুম কৌয়ে। অত্থগা ঐখোয়দি শিলোট মপুংয়ায়দগী লাকপনে। ঐখোয়না লাইনিংথৌ নঙবু খুরুম্বা লাকচবদি মৈতৈ সনা লৈপাক অসিগী মী খুদিংমু রামান্দি ধরমা অখোইবসিবু চৎহনসে। মচিন্দা রাম নাম শোলহলসে। শ্রীরঘুনাথ রামচন্দ্রগী মিংথৈবু শোলহন্দুনা মৈতৈ লৈবাকপু নিলহনসে অসিগীদমক ঐখোয় লাকপনে। রারম অসি তারবদা মৈদিংগু পামহৈবনা রাম রাম হায়না শোনববু সনা পুক্লিংদা খংপাম পান্নমই। সনা নাক্তা থৌগল্লিবা মচা ইবুংঙো শ্যামশাই খুরাইলাকপসু পুক্লিংদা পামজতুনা রাম রাম হায়না শোনখি। পামহৈবা নিংথৌনা হে গুরু অখোইবা নিংথৌ ঐগী ইপুক্তদি চীঙু রাম নামুংবগুম পামজবা লাই অমা লৈতরে। হৌজিক্তি নিংথৌ ঐগী লাইবক ফবনা শ্রীরাম নামুংবনা থৌজাল লনকুবিবনা গুরু লাইওইবা নহাকপু নিংথৌ ইনাক তান্না পুবিরক্লবনে। হৌজিকতি ঐগী কোনলোয় ইশঙ্গায়মুংদা লেঙলসে, শ্রীরাম নামুংবগী রারী থরদংবু নিংথৌ ইকমলাংদা লৌবিয়ু। অস্থুম হায়নবগী মরম্না সনা শঙ্গারদা লেঙশিল্লে। নিংথৌনে

শান্তদাসনে, শ্যাহল শ্যামশাইনে চেকলা ২ নে মখোয় ৫ মানা রামায়ন কৌবা পুরানবু তাগদবগী শংলৌ থৌরাংলে। ধুপ থাউবৈ থানা তাউজিং হয়রুক কংনা রামায়ন রারী মুংঙাইববু পাঠ তৌনবা মঙ্গলাচরনবু হৌরবদা চাঙ্ নোংদম অমা তম্লকলে। কোরৌ নোংদোল অরাংববু কোরৌ মনোংশানা অতিংঙা শীন্না শেংলমববু মকম ইথঙ থংহৌদনা অমংবা নোংনা কূপ্লবগী রাংবন মতেনচা থাকপা মতেনজেনা থাম্বী মৈরিক থোক্লা থাদরবগী রামায়ন কৌবা পুর নবু মৈহৌ লাংপোক থোকলে। মখোয় ৫ মকম্ অচেন থংলৈ হৌনা চেংলৌ মমিং ফিংলবগী রাম রাম হায়না মচিন্দা নাম্ব শোনজনা নিঙবা কায়না চেন্নরে। মতম অসিদা শান্তদাস মহন্তনা প্রভূ ! করি মতৌ কৌবনো ? ননাই ঐনা ইবুংঙো নঙগী নফমদা করি অকায়বা য়াউখ্রবনো ? কৃপা পিনবিয়ু হায়না শ্রীরামগী নাম্ব মচিন্দা শোনজহুনা তাংজ ইকাই নঙনা চেংলৌ মমিং তুথনা মমিং মমাই ঙাংলবগী মালেম লয়দা লূক্লা রাঙাংখিয়ে।

মৈদিংঙ্ পামহৈবগা মচা ইবুংঙো শ্যামশাইগা অনিম্ ইঙক ঙক্লা লৈরবদা শান্তদাস মহন্তনা নিংথৌ য়েংনা হায়জখি। মৈদিংঙ্ নিংথৌরেন ! মালং অহুম তোয়না কোরৌ থাকপা মতেনচানা রামায়ন কৌবা পুরানম্ব কোরৌ মৈশা লাংলবগী থাম্বী মৈপোক থোকখিবনা নিঙবা পূম্বা কায়রেদা। মহাপুরানসিবু য়াউদন করি গতি লৈত্রবগী তাইবংপুম্বা থাজহিহীরোম্বয়ে। ঐগী ইচেকল ভগবানদাস নারানদাস অনিমক্কা শ্রীরামকথা থুমথোইবা রারীবু কথানিলাপ তৌতুনা লৈবিরমও। হয়েং ইমুং ঙাল্লবগা শিলোট ঐগী ইরৈবাক চংনা অতোপ্পা রামায়ন লৌরগে অসুম রাহমজরবদা মৈদিংঙ্না হে মহন্ত অথোইবা ! কোরৌ নেংজা কয়ানিবু চংকবনো হায়না পাউহংনবদা লোইদাম থাবুম অমা অনিগী থাবুমমনুংদা পোইরৈ কংলৈ অসিদ হললাইরক্কে হঙ্গংলে। মহন্ত য়ারা তারবদা মৈদিংঙ্না হায়জখি। হে মহন্ত পোইরৈ ঐগী ইরৈবাক মৈতৈ ঐগী ইরমবু পোইরৈ শীন্না রামান্দি ধরমা অরাববু চংনা মচিন রাম রাম

শোনহলবনা থুনা য়াঙনা পামজরে। অসুম রারীনরবগা ইন্নুং অতু হৌখিবনা নোংঙান তুউ ওইরবদা শান্তদাস মহন্ত মাগী শিলোট মপুংয়াইদা তন্না হনখিরে।

অসিগী মতুংদা পামহৈবা নিংথৌনা মচা ইবুংঙো শ্যামশাইগা ভগবানদাস নারানদাস ২ মাগা লোয়ননা সনা কংল মপুঙয়াইদা লাক্লবগী কোন্নুং য়ৌরদুনা অৱা হকচোক লাংনা পোখারে। মহন্তগী চেক্লানা হে মৈদিংঙু, নিংথৌও! গুরুদেব শান্তিদাসনা রাম য়ন রানী মুংঙাইববু পাঠ তৌগে তৌববু খান্নী মৈপোক থোকপদি পুক্নিং অঙক ফংথরে! নপোইরৈ নঙগী নরৈবাক অসিদা মতিক মগুন থোইদোকপা করি লাইবু লৈবগে অসুম রাইম্নবদা মৈদিংঙু্না হে চেক্লা মাতুদি ইপোইরৈ লমদম অসিগী মাইচৌ পণ্ডিতশিংনা মখণ্ডয়ে। অসুম পাউখুম্নবদা ভগবানদাস নারানদাস অনিনা অতুদি নিংথৌরেল! পণ্ডিত মাইচৌ অখণ্ডংবু কৌথংলে লাইফম তিনফম অরুববু খণ্ডনা মথৌ মঙম পাংথোক্লা চৌঙু মাবু মাঙনবা তৌদ্রবদা সনা পুক্লিংদা পামলিববু পাঙথোক্লোইয়ে। অসুম রা হঙ্গৎলবদা নিংথৌনা উনবিন্নুংদা খল্লকই। মহন্ত চেক্লা ২ গী য়ারা অসিবু চুময়ে খল্লবগী নিংথৌ শেনবা তয়ম নাইচা থাদুনা মাইচৌ লৌরেম্বা খোংনাংবু কৌরু হায়না থাখরে। নিংথৌ মনাইশিংনা খোংনাংথাবগী নাক্লা য়ৌরবগা সন য়াথং পাউদম্নবদা হে নিংথৌ মনাইশিং-ও! ইপুদি হকচাং ঙমদরে। নিংথৌগী অরুবা রাফম ওইরগা নপু মোইরাং ললহাম্বা অতু কৌদুনা পুখো অসুম তাকপিরবগা থুনা য়াঙনা নিংথৌ সনা খুয়া খাদা নিংথৌ মনাইশিংনা পাউদম্নরে। নিংথৌ মনাইশিংগী মারা পাউখোল তারবগা মোইরাং ললহাম্ব। কৌরু হায়না অমরক পাউশীরে। নিংথৌ মনাইশিংনা তন্না চৎখিদুনা সনা য়াথং হায়রবগা মোইরাং ললহাম্বদি নিংথৌ য়াথং ফিগাউননা ননাই ইপু লাকচরে হায়দুনা নিংথৌ মাঙদা লেপ্পা খুরুম্নরে। মপু ললহাম্বা উংগা মৈদিংঙু্না পাউহংখি। ইপু! ঐগী পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক সিদা চৌঙু অরুবা করম্বা, থোইয়ুম অচিংবা করম্ববু লৈরবগে

হংজনিংবগী ইপুবু কৌবনে। পোইরৈ মিতম ভানবা ইনোংথোঙ ! মৈতৈ ইরৈবাক অসিগী খোইয়ুম অকবা, চীঙ মতে হকপদি ইপুনা করিবু হায়রসিবনো ? নবুধো কংলৈ মৈদিংঙু, তুবি খাগেম্বগী মপারী সনা রাপিহল চীঙ লাইওইনা তাইবং থায়বগী চেংলো শকপানথোং তরেৎ শেলহিং হয়না ফূরা লাইয়িমন্নুংদা লাৎলিবা লাইনিংথো সনামহি মালেম লয়শেম্বদি অরুবা লংইনে। অসিদগী হেন্না লুবা লাইবু করম্বা অমা লাকখিবনো ? অসিদগী নবুধো পাখংবস্তু অকবা লাইফম অমনি। অসিদগী ইপুনা হেন্না থঙবা লুবা লাইবু করম্বা অমা লৈগদগে হায়না রাহয়্নগা মৈদিংঙু পামহৈবনা অতুদি ইপু ! ইবুধো সনামহি অসিবু তিনথোং লাইথোং থিংজিন্দুনা মহী ময়াই চয়্নবা করি লৈবগে ? নিংথো য়ারা তাবদা মোইরাং ললহাম্বনা চি : কবি রানো ? নিংথেম ! লাইনিংথো ! নবুধো মালেম লয়শেম্বা লাইবু কৈ–দগী মাঙবা ঙমগদগে ! অছুগা নবুধো পাখংবস্তু কনানা মাঙহনবা ঙমগনি ! অস্নম পাউথুয়্নবদা নিংথোনা হায়খি ইপু ! ললহাম্বা ! ঐগী মৈতৈ লৈবাক অসিগী তাইবং যুমথোং খুদিংদা বামান্দি ধর্ম্মা অসি চৎহনগে। ইবুধো সনামহিগী মিংথৈ থাদোকহল্লগে। নিংথো ঐনা পামজবা ধর্ম্মনি অতুনা ইপু ! ঐগী অপাম্বা অনিঙবা অসি তৌবিয়ু। নিংথো য়ারা তাবদা ললহাম্বনা হায়খি। করি রানো লাইনিংথো ? নবুধো সনামহিগী মিংথৈ অথোইবা অসিদি থাফদে। থক্কা হৌখিবা নবুধোশিংনা নিঙনরম্বা অমদি শেংন্নংন্নবা লাইনি, অতুনা মহাকপু হুন্নলাল্লগা নিংথেম, নহাক্কী অমস্তুং মৈতৈ লৈবাক্কী অমাঙবা ওইগনি। অতুদস্তু নত্তনা মীপূম খুদিংনস্তু মাগী মাগী পারি পুরি লাই ওইবনা থাদোক্লো, শোল্লগনু হায়বা য়ারোই। মোইরাং ললহাম্বগী রা তাবদা মৈদিংঙু পামহৈবনা হায়খি। ইপু ! নিংথো ঐনা তৌগে নিঙলবা থবক্তা মৈতৈ লৈবাক অসিদা কনানা খিংগনি। মৈতৈ খুদিংনা করম্না ইনলোইদৌরিবনো অছুগা ইপুনস্তু থিংবা ঙম্লোই, ইপুগী নত্তিকস্তু লৈতে। নিংথো ঐগী ইনিঙনি। রা

অসি তাবদ। মোইরাং ললহাম্বনা হায়খি। লাইনিংথৌনা পামলিবা সনা পুক্লিং অত্তু ননাই ইপুনা থিংবগী রা লৈত্তে অত্তুগ। পোইরৈ সনা লৈবাক্কী তাইবং য়ুমথোং খুদিংবু শোলহনগনি, চৎহনগনি হায়রিবা ধর্ম্ম অত্তু মোইরাং ললহাম্বা এঙোম্বা অতোপ্পা লাইশোন অমা শোল্লো হায়রবদা ননাই ইপুগী হকচাং মন্নুংদা মিহুল অমত্তংদা লৈরিঙৈদদি ইপুদি শোল্লরোই। এগী ইহকচাংসি মতুপ তরেৎ থোক্লা কল্লবস্থু পারি পুরিলাইবু থাবা ঙমজরোই ইনোংথৌ!

রা অসি তাবদা মৈদিংঙু পামহৈবনা হায়খি — ইপু! নিংথৌ এনা নিঙলিবা থবক অসি ইপুনা য়ৈথাইগে থুগাইগে হায়রিবোইরে। নত্তিক নপাস্থু নত্তে নিঙদবরা ইপু? ললহাম্বনা হায়খি :— লাইনিংথৌনা ঙম্মি হায়বগী মতৌ তৌগদবা মঙায়। মাত্তুদি নিংথৌগী অকনবা চৈরাকনি। চৈরাক অত্তু কিদব। মীদদি করিস্থু চঙলোই।

মৈদিংঙুনা রাসি তাবদা তানিঙদে ইপু! নরা লৌরোই নশক য়েংনিংদে, থাপ্পা চৎথোকখ্রো! নিংথৌ য়ার। তাবদা ললহাম্বনা য়াম্ন। ফরে, লাইনিংথৌ! ননাই ইপু চচ্চরগে। অস্থুম্না ললহাম্বা চৎখরে। মতুংদা ভগবানদাস, নরানদাস অনিনা লাইনিংথৌ ইবুংঙো তাবিয়ে। হৌজিক ললহাম্বনা হায়রম্লিব। রা অসিদি নহাক্লা নিঙলিবা ধর্ম্মবু অরানবনি অত্তুগ। মৈতৈগী য়ুমথোং খুদিং রামান্দি চৎহনবা হায়বা অসি ওইথোক্কবনি হায়বা রানি। মরম অত্তুনা ননাই এথোয়না পামজবদি মৈদিংঙু নিংথৌরেল সনা-কাদা খুরৌথানা য়েক্লবা ওইতুনা য়েংলিব:, অসিগুম্বা মীওই অসি লৈরবদি লাইনিংথৌগী সনা পুক্লিং কারবা তারে। অত্তুগা মীপুম খুদিংস্থু মহাক্লা খিংখিবা তাই। মৈতৈ প্রজাশিংনস্থু নিংথৌবু অকিত্তুজুং লৈররোই। মরম অত্তুনা এথোয়না পামজবদি অসিগুম্বা মীশক অসিদি মাগী য়াইবী হেক্ক। নোংমলহনবা অত্তুগা পোইরৈ হুপ্পা তিন্না মিৎথিৎহল্লবগা খঙহল্লবদি নিংথৌগী চৈরাক অকনববু উরগা অকিত্তুজুং পোক্লা ফগদবনি লাইনিংথৌ!

ন্না অসি তাবদা পামহৈবনা হায়খি চুপ্সি গোষাই অনিমক ! মহাক অসি লৈরবদি নিংথৌ ঐগী লোইরং খোংনাং ওইনা য়েংলরগনি অহুনা মহাকপু থৌরিদা নোংমলহল্লগদবনি। ইবুধৌ পাথংহনা সাক্ষি ওইরসন্নু। ইপু হাউবম মকোক মন্ত্রিবু লৈতবরা ? মন্ত্রিনা মনাই ইপু লৈ ইনিংথৌ ! মৈদিংঙু না হায়খি ইপু ! হয়েং ইন্নুং ঙানবগা মোইরাং ললহান্বা থৌরিদা নোংমল্লু ! মৈতৈ য়ুমথোং খুদিংস্থু চেংলৌ মমিৎ থিংনা উনবা শগোলপাউ চেনগদবনি। মন্ত্রিনা হায়খি, ফগনি, সনা য়াথং লৈবাক তাবা য়াবা নত্তে লাইনিংথৌ ! অসি হায়রল্লগা নিংথৌ মনাই অনং ফিহাইরোয়শিং থাহুনা হয়েং ইন্নুং ঙানবদা ললহান্বা ! মহাকপু নিংথৌ সনা য়াথং মতুংইন্না থৌরিদা নোংমলহল্লগনি হায়না পাউতাক্লবগা পুন্দুনা পুরকউ হায়খরে। মন্ত্রি য়াথং পুহুনা অনং ফিহাইরোয়শিংনা ললহান্বা নাক্তা লাক্নুনা হায়খি ইপু ! হয়েং ইন্নুং ঙানবগা নিংথৌ সনা য়াথংনা থৌরিদা নোংমল্লগনি, পুল্লগা পুরকউ তাকপিরকই অস্নুন্না পাউতাক্লবদা ললহান্বনা খুমখি। নিংথৌ মনাই অঙম্বা অনং ফিহাই-রোয়শিংও ! ললহান্বা ঐনা মৈতৈ কনাগী মপোৎ খুরাল্লুবগী পুন্দুনা পুগদৌরিবনো ? ঐবু পুনগদবদি মৈতৈ লৈবাক্তদি তাংজা মক্ক হুন্দনা অহুবু নিংথৌগী য়াথংনি হয়েং ইন্নুং ঙাল্লবগা ঐ লাক্কনি, শিবা কিবা ললহান্বা নত্তে নবুংঙোদা হঙ্গৎলু। ব্বা অসি তাবগা নিংথৌ মনাইশিং থুনা য়াঙনা চৎখরে। মতম অসিদা পণ্ডিত লাংঙন অথোইবা মৈদিংঙু তুবি খাগেম্বা সনা হাকথক্কী শানঙনমিন্নবা অপোই শানঙন ওইঙম্বা লৌরেম্বা খোংনাংথাবনা ললহান্বগী পাউবু তাবগী থুনা য়াঙনা লাক্নুনা ললহান্বগী মরান্দা থুংলরে। খোংনাংথাববু উরবগা মোইরাং ললহান্বনা কোংয়াং চৈগুম-তা, মালেম লয়দা পক্লা খুরুমলে। ইয়াম্বা পম্থৌ শকপা মাইচৌও ! ললহান্বা ঐহাক্তি ইয়াম্বা থোগল ঙমদরে। চীঙু নঙগী নতিক নয়াই ফংঙমদনা লম্মথাংদা তেখিবা তারে, নিংথৌ চৈরাক্লা কনবনা চীঙু থোগল তৌঙমদবা তারে। অস্নুন্না হায়বা তারবদা খোংনাং থাহনা

ছায়রকই। করি মরান লৈবগী ইনাউ য়াইবী মাঙগবা? পাথাং পুথাং, পান্নি পুরি লাইবু থাযরোই ছায়বগী ইনাউবু থৌরিদা য়াইবী নোংময়গনি ছায়রিবা? ঙাইখো ললহান্বা! অরেপ্পগী মরমদা য়াইবী মাঙববু কিবরনে ইনাউবু? ললহান্বনা পাউথুমখি। মনাই ননাউ ঐছাক্তি অচুম্বগী মরমদা থরাই মাঙববু কিজদে। ইপাগী ইপুগী মতিক ময়াই ঙাকচরগনি। নত্রবদি হয়েং পোইরৈ চাদোননা মৈতৈ গুরোনশিংনা ননাউবু শোন্নাইরগনি। নত্রা ইয়াম্বা? মনাউ ললহান্বগী রা তারগা খোংনাংথাবনা হায়খি। মুংঙাইদা ইনাউ ললহান্বা! নঙগী নবা তাবদা নয়াম্বা ঐগী ইপুকপু মুংওন্নি, নঙদি কারিবরা? মৈদিংঙু চরাইরোংবা মহাকথক বিষ্ণুগোষামীগা থ্বাই কেক্রু অনিগী মৈহৌ চাংয়েং ঙান্নবা খোইয়ুম মতিক উৎনবা, নবুধৌ সনা মহিরেনগী শিদবা মিংথৈনা থাম্বী মৈরী থোক্লকপা গোস্বামীগী রাম নামুংবগী মিংথৈরেন্না থাম্বী মৈপোক থোকঙমদরবগী রাথোকপু কাউবরা? তেংবানবগী মপু খোইয়ুম লাইগী মবুধৌ মালেম লয়শেম নোংশম্বা চীঙু শরী শিদবা লৈরিঙে ইনাউ মাইথি করম ফংগনি! নঙক থৌরি থাংলবমু থাম্বী মৈপোক থোকনি। চীঙু শরী শিদবগী মিংথৈরেনবু উনবি লাইয়িমনুংদা চেৎনা কোনজোও। নয়াম্বা ঐমু ললহান্বা নঙগীদমক চীঙু পরৈ চেৎলুগে অমুম্না পাউমেন্নরবগা চীঙু খোংনাংথাবদি মরান লমদা হলরাইথি। অমুম্না চীঙ মাইচৌ য়ারাবু ললহান্বনা মুংদা চেৎনা কোল্লবগা চীঙু শরী শিদবা খোইয়ুম মিংথৈবু চেৎনা কোন্দুনা ইমুং ঙানবা ঙাইরকথি।

অমুম্না ইমুং শরা তয়বদা মোইরাং ললহান্বনা চীঙু শিদবা মিংথৈরেনবু শোন্না সনা কোমুং কারকলে। মৈদিংঙু খুয়া থাদা পুরুম্না ননাই ইপু লাকচরে হায়না ঙাকথি। মতম অসিদা মৈদিংঙু পামহৈবদি তশাউ মরেপ ফারবগী মোইরাং ললহান্বা উরগা কৌবদি লায়রতুনা থুনা য়াঙনা থৌরি হুক্না নোংময়ো হায়না সনা য়াথং হায়রবগা নিংথৌ মনাইশিংনা ললহান্ববু মপাললাংদা পুথোকখি। মঙক থৌরি

থুরবগা কৈদাপুংদা য়োরবদা ললহাম্বনা নিংথৌ মনাইশিংদা হায়খি। নিংথৌ মনাই অঙম্বশা! ঙাহাক পুঙ্গোই ঙাইথো! ঐদি শিরুগদবনি অতুনা ঐগী থোইয়ুম শিদববু অমুক্তং ইচিনসিদা শোনখিগে অস্মুয়া হায়রতুনা থোইয়ুম মিংথৈ শোল্লকলে। মতৌ অসি উবদা চীঙ্ তাইবং খায়বা থোইয়ুম শিদবনা নমু কনা থংহন্দনা মদাইরেম ললহাম্বগী মঙক থৌরী হুকপবু খাম্বী মৈরী হৌহল্লে। মাইচৌ য়াইবী কনখরে। খাম্বী মৈরিক থোকপনা নিংথৌ মনাইশিংদা তান্ন তান্ন মৈপোক্লে, মশা, মউ, চৈরৈ ফিরোল চাক্লকলে। মতৌ অসি উবদা ললহাম্বসে তাইবং নত্তরে, থোইয়ুম লাইনি ঙাংননা অচেন থংলৈ হৌনরে।

মতম অসিদা চীঙ্ থোংনাংথাবনা পেল্লবগী মনাউ ললহাম্বা কোন্দুনা য়ারা থোক্লা লাউরকখি। ইনাউ ললহাম্বদি থৌরিদা নোংমন ঙমদরে। লৈবাক্কী মপি মপা ওইবনা মরাল লৈতবশিংবু ঙম্মি হায়বগী অস্মুয়া হেক হেক তৌরবদি লৈবাক রাবা ওইগনি। হৌজিক্তি মীবু ২ রক হাংহৈদে। অস্মুম লাউরম্লগা ললহাম্বা খুজেং পায়দুনা লাউ, ইনাউ! ললহাম্বা! অসিগুম্বা মচংনাইদবা নিংথৌ নাক্তা লৈবা হৌনদে, চংলসি লাকও অস্মুয়া হায়দুনা চংখরে। মতৌ অসি উরবদা মৈতৈ অয়াম্বা ঙরুখি।

মতুং হুমিৎ থরা লৈরগা ভগবানদাস নারানদাস অনিনা মৈদিংঙুগী মকমদা হঙ্কচে। পোইরৈ সনা মীতম ঙানবা লাইনিংথৌ! নবুধৌ খাগেম্বা পনলোনগী য়াঙ্গোই মকাইকমদা লৈরিবা লাইসিবু মাঙহনদ্রিবমখৈ নিংথৌন; নিঙবিরিবা থৌরম পুম্নমক কায়গনি। রামান্দি ধর্ম্ম শন্দোকপা ইয়া য়াররোই। হায়রিবা লাই, শেন অহিংবনা হয়দুনা শাই হায়না লৈরিবা অদু থুগাইরগা মাঙহন্দ্রবদি রামান্দি ধর্ম্ম অসি শন্দোকপা ওইথোক্তে। অস্মুয়া গোষাই অনিনা হঙ্গৎপা রা তারবদা মৈদিংঙু পামহৈবনা সনা পুক্কিংদা য়োনা থাজমনখিদুনা ফরে, হয়েং ইম্মুং হেক ঙানবদা নিংথৌ ঐগী ইদাইরেমশিং তনবা মীখনখায় খাদুনা কোনু য়েথায়গে, ফুরা লাইয়িমগা কোম্মনা থুগাইবা হায়বা অসি লেপ্পবনি।

নিংথৌ য়াব্রা তাবদা গোষাই অনিনা ধন্যনি মহারাজ! ননাই ঐখোয়ম্বু চৎপা য়াওগনি। অতুনা সনা য়াথং পাউ হায়দোকপা য়াবশিংদা তাকপিরো হায়না হঙ্গৎখি। গোষাই অনিগী ব্রা অসিদা নিংথৌনা লুপশিন্না থাজমনখিবদগী হাউবম মন্ত্রি কৌশিল্লে। ইপু! হয়েং ইন্নুং হেক ভানবদা ইবুধৌ থাগেম্বা পনলোনগী রাঙ্গোই মকাইফমদা লৈরিবা সনামহি কোলু অতুগা ফুরা লাইয়িম অতু থুগাইনবা তনবা নিপা ৫০ পুতুনা চৎলু। কোলু অতু য়ৈথায়রগা লিন্দুখোং পাৎতা থাদখো। অস্নুন্না সনা য়াথং লাউথোল্লবদা ননাই ইপু সনা য়াথং শোয়দনা পাঙথোকচরগনি হায়না পাউথুমখি।

মতম অসিদা সনাহল শ্যামশাই খুরাইলাকপা পোকপি পলেম মমা অরাম্বম চনু লৈমখুবিনা নিংথৌগী সনা খুয়া খাদা চংলকুনা খুরুম্না হঙ্গৎচৈ। লাইনিংথৌ ইবুংঙো! নবুধৌ থাগেম্বা পনলোনগী চীঙ তাইবং থায়বা নবুধৌগী কোলু য়ৈথায়বা হায়না সনা য়াথং তাকপিরিবা অসি সনা পুক্লিংদা অমুক্তা মুন্না থনবিখো। চীঙ তাইবং থায়বা মালেম শেম্বা লাইনি, অমাঙ অতা লৈতবা থোইয়ুম শিদবা লাইনি। চীঙ মাঙোন্দা লঙজরুরগা তুংদা করি অকায়বা থোক্লগদগে থনবিয়ু লাইনিংথৌ!

ব্রা অসি তাবদা মৈদিংঙ পামহৈবনা, করি? অরাম্বী! নিংথৌ ঐনা তোবা থবক্তা নঙনা অমুক রায়েল চঙলি? চৎলো! নশক য়েংনিঙদে, অস্নুন্না খোংপাক্লা কাউতুনা তাম্থোকখি। ইন্নুং অতু হৌথরে। হাউবম মন্ত্রিনা নিংথৌ য়াথং তুংইন্না নিংথৌ মনাই ৫০ পুতুনা রাঙ্গোই মকাইকম য়ৌথরে। নিংথৌ মনাইশিংনা থোইয়ুম চীঙ শিদবা ফুরা লাইশঙনুংদা লৈরিবা চীঙ শকপানথোং নিঙথিববু উরগা মৈতৈ কনাগী পুক্লিংদা থোইয়ুম সনা মহিকশাংবু মুংথং খুৎলাই থাঙমদে। মতৌ অসি উবদা ভগবানদাস নারানদাস অনিনা করিনো নিংথৌগী য়াথং পুতুনা লাক্লগা নিঙহল্লবনি, করে ঐখোয় অনিনা য়ৈথায়গে অস্নুম হায়তুনা মথুক্তা

মুংখং পায়রুনা ফুরা লাইরিমমুংদা চংখরে। চোয়নৌ সনামহিগী কোলু অহয়বা সনা শয়েং পায়রুনা মপাল লাংদা চিংথোকলে। চৌঙ্ তাইবং খায়বগী লুরাই কোইরেম্বক্তা মুংথংনা থাখরে। অমুম্মা সনা কোলু য়েথায়রবদা য়েংথংবা পাম্বোমদি সনা শয়েং হিক্তোক্না থাম্বী মৈবী মতুম ওইনা হাউরে অরাং পাংনা পাইখরে। অরাম্বম চমু লৈমথুবীগী মনাউ ইবেম্মা লৈফোন্ন্ কৌবিনা মাঙ্গোল্দা চৈরে কি—শারিঙেদা ইয়োং শাংদিং মথাদা তারুরে। লৈফোন্নুদি খংপ্রেক খংবগা লোয়ননা ফুক হৌগৎতুনা য়েংলুবদা চৌঙ্ সনামহিগী শয়েং পাম্বোম্নি থঙলতুনা চৌঙ্ পাম্বোম য়েংলগা কোলু য়েথায়বগী রাবু নিংশিংলক্লুনা হীক্লা হীক্ল কপচখি। চৈরে কিয়োম অমা খিরুরগা চৌঙ্ পাম্বোম অতু য়োম্লতুনা লুবাক টাবুমুংদা থমজখি। রাঙ্গোই মকাইকমদদি নিংথৌ মনাইশিংনা ফুরা লাইয়িম থুগাইরে। চৌঙ্ মহিকশাংবু কুপ্না য়েথায়রগা লৈশাংথোং হিদেল লিন্দুথোং পাক্তা থাদখরে। মতুংদা ভগবানদাস নরানদাস অনিনা রামনা মুয় ওইরে হায়না লাউতুনা নিংথৌ মনাইশিংগা লোয়নন সনা কোম্হুং য়োরকলে। মৈদিংঙু নিংথৌরেলগী সন থুয়া খাদা থৌদোক পুম্বা চিথদনা পাউদমখি। মতম অসিদা মফম ইখঙ থঙহৌদনা কোয়রৌ নোংদোল থক্তুগী চৌঙ্ লাইপাউ লাউরকই।

"হে নিংথৌ অপঙবা! নবুথৌ ঐবু শকথঙদে,
খোইয়ম ঐদি মাঙকদবা চৌঙ্নি, তরেৎ শেলহিংনা
হয়জবা কোলু অতুদি তরেৎ শেনগী কোলুনি।
চৌঙ্ ঐবু লঙজবা, নিংথৌ নঙবু খাঙঙ্দো"

অমুম লাউরকপগা লোয়নমা নিংথৌগী সনা শঙ্গাই কা থুদিংদা থাম্বী মৈহৌ-লাংপোক থোক্লে। নিংথৌ সনা মাঙদা টিমেন টাগা থুংস্রু থাওলাং অহংবগা ২ না থুদম চাংদম উৎনা থাদরবদা মৈদিংঙু পামহৈবদি অকি তুজুং পোক্তুনা মোংবা শঙ্গাই মশান্দা কোয়চেন চেন্না

খাংজরে। মতম অসিদা মচা ইবুংঙো শ্যামশাইদি ইখঙ খঙহৌদনা মালেম লৈমায়থক্তা তুখিদুনা রাম্বখিবদগী কৌবা খুমখিদরে মৈতৈ পুন্নস্থু অনা অরেক ফংবা পাউবু সনা খুয়া থাদা হঙ্গৎলৈ। মতৌ অসি উৎদা পলেম মমা লৈমখুবীনা চেনশিল্লকুনা মচাবু কোনথৎচরে। পারী ইবুংঙো নুংচানবা! নপাবুং পম্মৌ মৈদিংঙুনা চীঙু মাগী মকাদা লঙজরগা পারী নঙোন্দা খুদম ফংলবকো! অস্তুন্না অরাম্বম চন্নু লৈমখুবীনা মালেম লয়দা ওন্না ইঙা নোংখোং মতমগুম ইঙেল নোংখাই মতম্মাকনা মীকপ্পবদা মৈদিংঙু পামহৈবস্থু পারী ইবুংঙো শ্যামশাই নঙগী নতৌ অসিবু গুম্মোকয়ে। ইপারী নুংচানবা নঙবু খমন্নুং শন্না মীখুরোল অমন খমলৈ মীন্নুংকোন্দবু ইন্দানবরা কল্লকয়ে। অস্তুন্না উনবি লয়নিঙশিংনা পাউহোমখি। আ: মতম অসিদা গুরু শ্বামিজী থোইখোইবনা লেঙবিরক্লবদি নিংথৌ ঐগী পুক্লিং অসি পেল্লগনিকো।

অস্তুন্না নিংথৌ শঙ্গাই মথক মখা ওল্লবদা শান্তদাস মহন্তস্থু অতোপ্পা রামায়ন ৱারী লাইরিক অচৌববু পুরকুনা সনা শঙ্গাইন্নুংদা য়ৌরকলে। মৈদিংঙু নিংথৌরেল ইবুংঙো! ননাই ঐস্থু থুংলরে হায়না নিংথৌকাদা খুরুম্লবদা পামহৈবা নিংথৌনা চেনশিন্নতুনা খুরুমলে। গুরু শ্বামিচি থোইখোইব-ও! ইপারী নুংচানবা শ্যামশাইদি মতৌ লাংওন অমা ওইখরে। ইপারী অসিগী য়াইবী থরাই অসিবু অমুক্তদি কনবিয়ু। নিংথৌ য়ারা ভাবদা শান্তদাস মহন্তস্থু অঙক মথৈ ফংখরে। রামায়ন পুরান নিংথিববু মালেম লয়দা থম্লগা তফিং তফিং চংশিন্না মপারী শ্যামশাই খুরাই লাকপবু লাইকন্নবা য়াওরে। শ্যামশাইগী লুরাই কোইরেম্বক্তা রাম তাড়ক মন্ত্র শোন্দুনা কাম্লকলে। রাম রাম হায়না হেক শোল্লবগা চীঙু তাইবং খায়বনা কোরৌ নোংদোন থক্কগী খাম্বি মৈবী হুমথরকুনা মশম মনা মফি মরোন পুম্বা পুমচাক চাকলে। মতম অসিদা শান্তদাস মথক্তা হন্দোকুনা ঙাহাক পুঙ্গোই রাথন তৌরগা নিংথৌদা হায়জরকই। লাইনিংথৌ! ননাই শান্তদাসগী গতি লৈতরে, নপারী ইবুংঙো অসিগী

অনাবা লাইওং মফম খংদরে। অমুম্না শান্তদাস মহন্ত মুংবংদুনা লৈরিভৈদা পলেম মমা অরাথম চমুনা শান্তদাস মহন্তদা হঙংচৈ। হে গুরু লাইওইবা! থোক্লিবা থৌদোক অসিদি অতৈ অমা ওইররোই। পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী চাউ তাইবং খায়বগী সনা কোলু থুগাইরুবদগী থৌদোক অসি ওইগনি হায়না নদাইরেম ঐনদি নিঙজে। লৈমথুক্কিগী য়ায়া তাবদা শান্তদাস মহন্তনা ইনিংথৌ! ইবেম্মা অপাম্বিনা হায়জরিবা বা অসিবু অচুম্বরা? নিংথৌনা চুমই গুরু। কোলুদি য়ৈথায়রুরে। মাতুমক্কা ওইরমগনি করম থাজসিবা? শান্তদাসনা করি য়ানো লাইনিংথৌ? নিংথৌ সনা পুক্লিংদা তয়াং তশোইমল্লি। কনাগী থৌঙনশিন্না থবক অতু তৌরবা? মৈদিংঙুনা গুরুদেব। ঐগী ইরৈবাক অসিদা য়ামান্দি ধর্ম্ম চৎনবা য়াথলবু ইঙম ঙম্মোইদৌবা উবদগী গুরুগী চেক্লা অনিগী য়ায়া পাউতাক মতুংইনবদগী ইবুধৌ খাগেম্বা পনলোনগী লাই অসিনা অস্তুম লৈরবদি ধর্ম্ম অসি চৎপা য়ারোইদৌরি হায়বা য়াথনদগী চুমগদরা হায়দুনা তৌরুবনি। শান্তদাসনা মমিৎ ঈগুম খেরাং থাংনা মহাপাপি মখোয়না করি মতিক লৈহনা লৈবাক্কী ওইবা লাইবু করেম্মনা কোলু থুগাইরুবা? মহাপাপি মখোয় অনি লোয়নবদগী শান্তদাস ঐবুস্তু অমাঙবা ওইরেদো। অস্তুম হায়রম্লগা ভগবানদাস নারানদাস অনিমকপু কৌশিন্দুনা হায়খি। নখোয় অনিমক য়াম্না নতিক নগুন লৈবা মীনি অতুনা লৈবাক অসিদা ঐগা লোয়ননা লৈমিন্নবা য়ারোই। থুনমক লৈবাক অসি থাদোক্কুন, চৎখ্রো অস্তুম্না চেক্লা অনিহু তাম্মোকখি।

মতুং অতুদা শান্তদাসনা ভাহাক য়াথল তৌরগা নিংথৌদা অস্তুম্না হঙংখি। হে নিংথৌ অথোইবা! নপারী সনা অসিগী সনা হকচাং ঈরিবা কনাগী শক্তিনা গুম্নরোই। মৈতৈ নঙগী নরৈবাক পণ্ডিত লাইওই অথোইববু কনা লৈবগে? মাগী মফম্লাংদা চংজরগা ফগনি নত্রবদি মাঙবা তারে লাইনিংথৌ। ...রা অসি তাবদা গুরুদেব! মৈতৈ ঐগী

ইরৈবাক্কী পণ্ডিত অথোইবদি লৌরেম্বা খোংনাংথাবনি অসূম্না তাক্লবদা মহন্তনা হায়খি। অতুদি পণ্ডিত অতুগী মফমদা ননাই ইশামক চৎতুনা খুরুমজরুরগে। নপারী অসিবু লাইকন্নবিরমও ! ননাইশিং অমগা ঐগা চচ্চগে হায়রবদা মৈদিংঙুনা হাউবম মন্ত্রিবু থাদুনা মহন্তগা অনিমক লৌরেম্বা খোংনাংথাবগী লাইনিং শঙ্গাই তান্না চৎখ্রে। লাইনিং শঙ্গাই মাঙ্গোন্দা খোংনাংথাবা ফম্লম্বা উবগা শান্তদাস মহন্ত মঙক্কা চৈরৈ ফিবু য়েংনা লাইনিং শঙ্গাই মশুম্মাংদা দণ্ডবৎ প্রনাম তৌনা খুরুমখি। হাউবম মন্ত্রিসু খুরুমখি। মতৌ অসি উবদা খোংনাংথাবনা মন্ত্রিগা লোইননা মীরৈবাক লম্বোইবা ! নখোয় অনিদি লৌরেম্বা ঐগী ইফমদা করি হিরম লৈবগী লাকপনো ? শান্তদাসনা মৈতৈ পণ্ডিত অথোইবা ! ননাই তোল্লবা শান্তদাসনি। গতি লৈরক্রুতুনা চীঙু লাইওইবা নফম্লাংদা চংজরকলিবনি। চীঙু নহাক্লা অমুক্তদি পোকপিয়ো। নসূ নচা ওইদুনা নপোইরৈ সনা লৈবাক্তা মতম থরতদি লৈজগে। ননাইগী অরানবা কোঙ্গাই ঙাকপিয়ো ! মৈদিংঙু মচা নুংচানবা মপারী শ্যামশাইগী য়াইবি মথবাইবু অমুক্তদি কনবিয়ু। অনা লাইওং থংখিদ্রে।

বা অসি তাবদা খোংনাংথাবনা হায়রকই। মীরৈবাক লম্বোইবা ! নুংঙাইদা ! নিংথৌগী মচাগীদমক নহাক্লা অতুক বারবা ! মীনুংশি থংবদি খোংনাংথাবা ঐঙোম্বগী হেনববু তনবা কনা লৈরিনি ? অতুবু নিংথৌগী মচৎ মতৌ য়েংলগদি চৎফম থোক্তে। অতুবু মী অমনা ঐগী ইফমদা চংজরবদা খোংনাংথাবা ঐদি খাংঙমদে। অতুনা নখোয় হান্না চৎলমলো। ঐ ঙাহাক অসিগী মনুংদা লাক্লগে। পণ্ডিত য়াবা তাবদা মন্ত্রি মহন্ত অনিমা থুনা য়াঙনা শঙ্গাই মাইকৈ পাংনা হনখিরে।

ঙাহাক পুংগোই লৈরগা খোংনাংথাবা পণ্ডিতনা সনা শঙ্গাই পাংলক্লবদা মৈদিংঙুনা চৈরৈ ঙক্তা য়েংনা খুরুমই। ইপু ! ননাই ঐগী ইপারী নশু শ্যামশাইগী মথবাই অসিবু অমুক্তংদদি কনবিয়ু হায়দুনা মালেম লম্মাইথক্তা কোয়াং চৈগুম তানা নোংখোংবগুম কপচখি। মতৌ অসি

উরগা খোংনাংথাবনা হায়রকই। নিংথৌরেল! ননাই ইপুনা লাই ওইতুনা কনবা ঙমগদবা নত্তে। থৌদোক অসি ইপুস্তু খঙলে। ইনিংথৌ নহাক্না খরদং মনখিবা মন্নমা থৌদোক অসি থোকপনি। মোইরাং ললহাম্বস্তু হাংকে মতৌখি। অতুগা লৈবাক অসিগী পারি পুরি লাইওইবা চীঙ্ তাইবং খায়বা নবুথৌ থাগেম্বা পনলোননী সনা হাক্তক্না লাংলম্বা লাইবু হেক্তা থুগাই য়েথায়তুনা মাঙনবা শীনবনা থৌদোক অসি ওইবনি। নবুথৌ সনামহিবু হেন্না লুবা লাইদি মালেমসিদা লৈরোইদবনি। চীঙ্ মাগী মফমদা লঙজরুবা মরম্না তেনবান অসি থোকপনি। চীঙ্ মাগী মকাদা, নবুথৌ সনা খুয়া থাদা চংক্লোও শোয়দনা ফগনি। নিংথৌ নমিৎ থিংনা খঙহনগে হায়বগী চীঙ্ মানা তৌবনে। হৌজিক মৈদিংঙু নিংথৌরেল নহাকস্তু সনা নহিকশাংদবু তেনবান্নকখিগনিয়ে। অস্নুম্না তাকপিরবগা নবুথৌ সনামহিবু থাদা কোন্না নপুক চেংনা নিঙজৌও ঐস্তু হল্লগে হায়রবদা শান্তুদাসনা হায়জখি। হে পণ্ডিত অথোইবা! ঙাহাক পুঙ্গোইদদি ঙাইবিথো চীঙ্ মাগী মতিক অন্নবু হংজনিংয়ে। খোইয়ুম মাগী মংশাবলি খরবু ননাই ঐঙোন্দা তাকপিয়ো হায়জরবদা খোংনাংথাবনা হায়রকই। হে মীরৈবাক মচা লম্বোইবা! তাউ! থক্তা হৌখিবা পলেম পম্বৌ লাইনিং অহল ওইবশিংনা অস্নুম্না ঙাংন-শোন্নরময়ে। খোইয়ুম শরী শিদবা মহাকপু হেনবা লাইদি লৈতেয়ে। অহানবা লাই "য়াইবিরেন শিদবা, য়ান্না কোনখাংশাগী নমু পোংথোক মথংলেংনা থেন্দম্নকপা খিরেন উংলৈন্নুংদগী লাবা থিয়াং খোক্না লমহৌরকপা সনা কোনফুন্নেন শিদবা" অস্নুম্না নিঙনবনি।

লাইমিং অসি তাবদা শান্তুদাস মহন্তনা য়াহৈ খুদিংগী অর্থ অমুক হংজববু তাকপিরবদা মৈদিংঙুদা য়েংতুনা লাইনিংথৌগী মফমদা ঐখোয়না লঙজখরে ইনিংথৌ। ঙসি কৌবা নোংদগী খংজরে। নপোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী খোইয়ুম লাক্কশোন অসিনা খ্বাইদগী হেন্না রাংলম্নে। আদি-অনাদি-পুরুষ ভগবান-শ্রীবিষ্ণু অন্তার্জামিবুনি। য়া অসি তাবদা

লৌরেম্বা খোংনাংথাবনা হে মহন্ত ! চীঙ্ খোইয়ুম ওইবা মহাক্তি মী মী মহাকী নিঙজ- নিঙজবা অতুগী মতুং ইন্না পিংবা লাইনি খংউ। অসুম হায়রম্নগা খোংনাংথাবদি মোংবা মরানয়াইদা হনগে।

মতুং অদুদা শান্তদাস মহন্তনা নিংথৌদা হন্নচৈ। লাইনিংথৌ ! ননাইশিংনা থুগাই য়েথাইতুনা হুন্দোকখি হায়বা চীঙ্ কোলু অদু নদাই তয়মশিং থাদুনা থিহন্দবা য়াদরে, থিনবিরগনু। নবুধৌ সনামহিগী শ্রীমুর্ত্তি অদু অমুক হন্না হয়রগা অনৌবা ফুরা লাইয়িম শাদুনা চীঙ্ মাবু পুরুমসে। অসুম্না খোইয়ুম মাবু ইরাংলগা ঐখোয়না নিঙজবা ধর্ম্ম অসিবু পাঙথোকহনবিয়ু নিজসি অদুম তৌরবদি নপারী মুংচানবা শ্যামশাইস্ অনা লাইকোক ঙমগনি। মতৌ অসুম তৌদুনা মপারী শ্যামশাইদি কোরৌ নোংজা তরেৎনিবু রাঙাংদনা অনা ফমশেন্ননা লৈরক্লে।

শান্তদাস মহন্তগী রা তাবদা মৈদিংঙ্ থোংনাং মম্বাম্বনা তয়ম মনাই অনং ফিহায়রোইশিংবু থাদুনা লহাননোং লিন্দুখোং পাত্তা থাদখিবা চীঙ্ সনা মহীকশাং কোলু অকায়বা মচেৎশিংবু থুনা য়াঙনা লৌরু হায়না সনা য়াথং তারুবদা তয়ম মনাইশিং চত্তুনা লৈশাংখোং মরু লিন্দুখোং লৌপাত্তা থাদখিবা চীঙ্ কোলু মচেৎশিং থুল্লদুনা পুরকলে। সনা মাঙদা থানা কৎলরে। মতৌ অসি উবদা কোলু অসি হয়খিবা মীশককী মংশাবলি থিবদা শগোল পুন তাবা সেঞ্জবা অমুদোন ওইরবগী, মাগী মচা মশুশিং কোলু হয়বা ঙমগদবা কনানো কৌরুও হায়না তাকপিরে। নিংথৌ সনা য়াথংতুংইন্না সেঞ্জবা অমুদোনগী মচা মশুশিং সেঞ্জবা তাংখোম্ববু কৌরুদুনা চীঙ্ চেংলৌ শকপানথোংদি ইবুধৌ খাগেম্বা সনা মহাকথক্কী মালেম লয়রুম তৌ খোইরু মিতম লাকখিব, মওং লৌনা হয়গদবনি হায়না সনা য়াথং তাকপিখি। নিংথৌ য়াথং ফিগাউননা সেঞ্জবা তাংখোম্বনা চীঙ্ কোলু হয়খিবা লোইদাম থানিং খঙনবা কোরৌ নোংজা খঙনবা পণ্ডিত কাদা হংলবগা লোইদাম ফাইরেন থাজগী থানিন

য়ুমশকৈশা মুমিংতা চীঙ্ কোলু হয়জরে। হয়র-নিঙথায়র-হয়র-নিঙথায়র চীঙ্ সনা মহীকশাংবু লেপ্পা য়াত্রবদা লৈরাক চঙনা খল্লরে। রাফম অসি খল্লবা অরাম্বম চমু লৈমখুবীনা ঙারতুনা পুক্লিং লাংতক্করিঙৈ মনাউ ইবেম্মা লৈফোনমু অরাম্বম চমু নাহানা ইবুধো সনা মহীকশাং সনা কোলু হয়ঙমদবদি লহান-নোং মুজা ইনাক্তা তারকপা চীঙ্ পাম্বোম তত্তু রাৎপনা থোইয়ুম কোলু হয়ববু থৌবাংদবা ওইগনি অসুম হায়না খন্দুনা টাবুমুংদা থমখিবা চীঙ্ পাম্বোম নিংখিববু পুখৎলক্তুনা নিংথৌ মাঙদা কৎলরে। থোকখিবা থৌদোক অপুম্বা নিংথৌ কাদা পাউদম্লে। য়ারা পাউদম তাবদা লৈফোনমবু নিংথৌনা পেনখিতুনা লাইবক ফবি নহাক্লি চীঙ্ নোংদম ফংবীনি। লৈমা নঙগী নপান্না নিংথৌ রাবা কোকনি অসুম্না পেনবিরবগী লৌচা পরি ৫ গা লাইনিংথৌ সনামহি থুমখোংগা নঙগীদমক পিরবনি হায়না লাউথোকলে।

অসুম্না অরাৎপা চীঙ্ পাম্বোম অতু হাপ্পুনা অমুক হন্না হয়বদা চীঙ্ চেংলৌ শক্তমবু হান্নগী মতৌ অতু ওইতুনা কোলু মপুঙ ফাখরে। কোরৌ অচঙবা য়েংদুনা নোংজা অকবা য়েংতুনা লমলেন রাঙ্গোই মকাইফমদা খিন্নবা থন্নরে। ইমুং অতু লয়থবা তাংলৌ খেংজিঙ্গক্রবদা মৈদিংঙু পামহৈবগী খোমলেন মঙলান্দা চীঙ্ তাইবং খায়বনা অসুন্না তাকপিখি। হে নিংথৌ য়াইফবা! ঐদি হৌজিক্তি চীঙ্ ঐগী ইকাইফম রাঙ্গোই লমলেন লমমুংশিদা লৈররোই কংলৈ * উফোং য়ুমফমদা ঐগী ফুরা লাইয়িম অমবু শারগা থমজোও অসুম্না তাকপিরম্লগা মাঙথরে। মতম অসিমক্তদা নিংথৌ মিকুপ থোক্তুনা মবুধো সনামহিবু থাগোম্লনা কপচরে! কোরৌ মশেক য়ৈরকপা নোংঙান মতম ঙাইরগা চীঙ্ খোংনাংথাবগী মফমদা লমলেন উফোং য়ুমফমবু মফম কৈদা লৈবনো হংজখি। চীঙ্ খোংনাংথাবনা নিংথৌরেলও! উফোং য়ুমফম হায়বদি কৈশামপাৎপু কৌবনে। উফোং পাংসু কৌবনে। পাং অতুগী মরিনবু

* উফোং য়ুমফম=হম্লিং খোংবাল মনাক।

হয়িং খোংবান কৌবনে ! উকোং য়ুম কৌবদি হক্কিং খোংবানগী মপাংবা পামেন থৈবোং হৌরিব। মকম অতুনি হায়না তাকপিরে। পণ্ডিত য়ারা তাবদা মৈদিংঙু, শান্তদাস অনিমানা পোইরৈ খুৎহৈব। মীয়াম খোয়া পুতুনা উফোং য়ুমফমদা ফুর। লাইরিম তম্না শাতুনা চৌঙ্ তাইবং খারবা খোইথুম শিদবা লাইবু লাইরিমনুংদা পুশিল্ল। ইরাৎ থৌমিজরে। চৌঙ্ মাগী খুয়াদা মৈদিংঙু থোংনাং মন্ত্রীমগা শান্তদাস মহন্তগা অনিমক্কা লাইনিং পৱে চেৎনা থৌজাল ললকুবিয়ে।। তোল্লবা ননাই ঐখোয়না নিঙজবা রামান্দি ধর্ম্মবু মৈতৈ লৈবাক অসিদা চৎহনবিয়ু হায়না নিজখি। মতৌ অসুম চৌঙ্ মাবু ঈরাৎচরবদা মৈতৈ হুপ্পা নাব-শিং মপারী শ্যামশাইস্তু অনা লাইকোক ফংজরে। মতুং লোইদাম থাবুম তরুকপু চাদ-থকনা চৌঙ্ মাবু থাগোন্নরবদা শ্রীরাম নামুংবগী মিংথৈরেনবু শোল্লবদা অকায়ব। অপনব। পিবিদ্রে। মতৌ অসুম পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কা শ্রীরাম নামুংবগী নামবু শোল্লবা য়ারবদা মহন্তগা মৈদিংঙুগা তারুতুনা পোইরৈ মৈতৈ মীয়ামদা অকনবা চৈরাক পিতুনা রামান্দি ধর্ম্ম চৎবা নিংথৌ য়াথং লাউথোক্লে। শরী নামুং শোলহন্ন। নোংথ্রং পায়না ইরুপনবা য়িরোং অহুম ফাংববু থিরবদা ইরোং অহুম লোঙবদি পংলে মরৈয়ে। চৌঙ্ লাইফম অরুবা তুরেল লাইজ য়িরোংবু য়িরোং অহুম ফাংববু মফম কৈদা লৈবনে। হায়না মৈতৈ পণ্ডিত অথোইব। খোংনাং-থাবগী মফমদা হংজরবদা লহানোং মবুধৌ পনলোনগী য়োইমোংবা তাউথিংমাং মচিল মনাউ অনিগী তুরেল তুদেং তুদৌবা রারী লীনা খঙহল্লবদা লিলওক (লিলোং) ইচিল অহুম ফাংবদি লাইফম অরুবা মফমনি তাকপিরে।

অসিগী মতুংদা মৈদিংঙুনা পোইরৈ হুপ্প থুংনা তয়ম নাইচা খাতুনা য়ুমথোং থুদিং পাউজেল্লে। লিলওক তুরেল য়িরোংদা পোইরৈ ঐগী মৈতৈশিং শরী শিদবা থাদোককে রাম নাম শোল্লগে অসুম শরী নামুংনা নোংথ্রং পায়না য়িরুপকনি। মৈতৈ কনা অমবু চিংথবা য়ারোই

পাউজেল্লে। মতৌ অস্তুম তৌদুনা নিংথৌ চৈরাক অকনবনা পোইরৈ শীন্না তারবগী নিংথৌ দণ্ডি কিবনা ইমুঙ অছু ভান্নগা লমলেন লিলোং য়িরোং অহুম ফাংবদা মৈতৈ পুম্বা তিল্লরে। রাম নামুংবগী মিংথৌ শোল্লগে শরী শিদববু খাদোক্লগে হায়দুনা নোংথ্রং পায়না ইন্নপলে। খোংরাই মতম অসিদা পণ্ডিত লাংওন ওইরকপা মাইচৌ হুরেৎ অছুঙ্গি রামান্দি ধর্ম্ম চৎখিদে রাম নাম শোনখিদে। নোংথ্রং ইরূপ্পা কোরৌদি শকাব্দ ১৬৫৪ কী লাংবন থাগী ৪ নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎকী অমুক নোংঙানপুং ৫ দগী হৌখরে। মতম অসিদা শান্তদাস গোষাইনা ত্রিবেনী তীর্থ ভাব লৌদুনা মৈতৈ পুম্বা খঙহল্লে। পোইরৈ মৈতৈ পুম্ববু মাগী মাগী য়েক শলাই হৌরককমবু গোত্র হায়না পানশিল্লা লেপহল্লে। মসিবু মৈতৈ মাইচৌ পণ্ডিত লাঙ্গোল লুখোইনা গোবিন্দদাস নোংথ্রং হায়না মিংথোন্দুনা থরান থাগী কার্ত্তিক থরানমিচাক্লা পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎতা পুয়া অমা ইখরে।

মতৌ অস্তুম্না লাইরবা লম্বোইবা শান্তদাসগী অরাবা কোকহনবা ভস্মী হায়বগী মৈদিংঙু গরিবনিরাজ হায়না মিংথোন্দুনা লৈবাক হুপ্না খঙহল্লে। মতুংদা গোবিন্দদাস নোংথ্রং নত্রগা গরিবনিরাজ নোংথ্রং হায়নসু খঙনখি।

(লোইরবা)